# ꯅꯣꯡꯃꯥ ꯍꯥꯌꯗꯨ ꯍꯥꯌꯔꯅꯨ

# নোংমা হায়দু হায়রনু

## (ঈশৈ শৈরেং)


জে এস কোনসম





ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর

*ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোঞ্জেল লূপ*

অবাং পোৎশংবম

# NONGMA HAIDU HAIRANU

(A collection of 276 Lyrical Poems)




অফোঙবা : ইমাখোল,
অৱাং পোৎশংবম



অইবা : জে এস কোনসম
খুরাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট

অহানবা ফোঙবা : আগস্ট, ২০১২

মখুম য়েকপা : লৈমহল প্রেস
খুরাই লম্লোং বাজার, ইম্ফাল ইষ্ট

কোপী মশিং : ৫০০

মমল : লু : ১৪৬/-

নম্ফম : লৈমহল প্রেস
খুরাই লম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড, ইম্ফাল ইস্ট

# লাইরিক্কী মরমদা ৱাফম খরদং

মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা ওইরিবা ঈশৈ শৈরেং (লিরিকেল পোইত্রি) গী লাইরিক অসি য়াম্না ফোঙনরকপা থেংনজে। মসিগী নুংঙাইবা ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈরিঙৈদা নোংমা অয়ুক অমা সনথোঙ চেফোঙগী এডিটর ইচানুপা মনীন্দ্র কোনসমগা, ৱারীমচা অমদি শৈরেংগী লাইরিক খরা ইদুনা ফোঙব্রবা ইচা 'জে এস কোনসম'গা অনীনা ডি. টি. পি. তৌদুনা লোইরবা, 'জে এস কোনসম'না ইবা 'নোংমা হায়দু হায়রনু' হায়না মিংথোনবা ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অমা পুরক্নগা ৱাফম খরা ইননবা থম্বীরম্মী।

লাইরিক অসি ঐ পাজরে, ফনা য়াম্না থায়। মসিদা য়াওরিবা ঈশৈ ময়েকসি মশীং ২৭৬ শুই। য়াম্না নুংঙাইরিবদি লাইরিক অসি 'অলফাবেটিকেল ওর্ডর'দা শেম শাবা অসিনি। ঈশৈগী অহানবা ময়েক অদু 'অ' দগী হৌবদুনা মথং মথং চৎথরকপনা 'ন' ফাওবনি। 'প' দগী 'য়' ফাওবগী অমসু অনীশুবা ঈশৈ শৈরেং ওইনা লৈরি হায়বা উজরে। য়াম্না নুংঙাইজে। 'জে এস কোনসম'না শৈরেং অমদি ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক মথং মথং পুথোকপিরক্নুনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবিরিবসি পূক্নীং হকচাং য়াওনা থাগৎচনীংই।

ঈশৈ-শৈরেংগী লাইরিক অসিদা মখল কয়াগী হিরমদা ইবা ঈশৈশিং থেংনজে — নুংশি-নুংওন, মহৌশা, সমাজিক, তাইবং পুন্সি, লৈবাকনীংবা, লাইশোন অসিনচিংবা কয়ানি।

শৈরেংশিং অসি পাবদা অনৌবা ৱাখল পোকহনবা, অনৌবা ওইনা থোকপা খরা থেংনৈ। 'অমোৎপা কৌই মখোয়গী মিংদি' হায়বসিমক অনৌবা

খুৎই অমনি। ওসিগী অচৌ-অশাংনি হায়দুনা লৈবাক্কী য়াইতোং-খমদোংবা ওইরিবশিংগী মরক্তা ওইজবা থিবা, নমথাক হৈবা, প্রজাবু লান্না লমজিংবা কয়ামকু য়াওরি হায়দুনা শৈরেংবনা মপূক্লীংদা ফাওরকপা ৱাখল ফোঙদোক্কুনা ইরি শৈরেংসিদা ।

অতোপপা ঈশৈ অমনা 'অহিংগী অমম্বতনা অমম্না নত্তে' হায়বসিনি। ঈশৈ অসিদা শৈরেংবনা অহিংগী অমম্বগা তাইবং পুন্সিগী অমম্বগা চাংদম্নবদু ময়েক শেংনা উৎলি ।

'অহিং চুপপা পুম্নি মপাল সিরিথক্তা' হায়বা ঈশৈ শৈরোল অসি কল্পনা (ক্রিয়েটিভিতি) গী শক্তি য়াম্না য়াওবা নুংশি-নুংঙনগী ঈশৈনি। হায়রি শৈরেংবনা অসুম্না —

'হৌগৎলো চান্নবী নঙবু তাদবরা / পূক্লীং হুরবা থাবলগী ঈপোমদা / লৈচীনগী হিনাউ নৌরেল পায়দুনা / কোয়রুসি নীংতম্না নুংশিবগী সাগরদা' ।

নুংশি মঙলানগী থম্মোয় ইথিলনি ।

মেরাগী থাবল শৈথাদুনা ইনবা ঈশৈ-শৈরোলগী মরক্তা শীংথাবা য়ারবা শৈরোল অমনি 'ইংলবী মেরাগী থাবলদা' হায়বা ঈশৈ অসি ।

'ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে' হায়বা শৈরোল অসিদা কবিনা নুংশিবদা ঙাওরবা কনাগুম্বা প্রেমীক অমগী নীংবা কায়ববু অৱাবগী অয়ৌবী থাক্তা ফোঙদোক্লি। শৈরেংবনা হায়রি —

শিম্বুরিবা পিরাং লেপপা লৈরনু / মূৎখরো নুংশি শক্তম / পুন্সি নঙনা লৈরিমখৈ / ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে ।'

'খুরুমজরি হে ইমা সরস্বতী' মতম কুইনা তারুদ্রবা সরস্বতী খুরুম্বগী ঈশৈ অসি পারুবদা থায়না অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনখিবা সরস্বতী পুজা অদু নীংশিংলুবদা থম্মোয়দা নুংশিবা ফাওরকই ।

নীংশিংবগী মতাংদা ইবা ঈশৈ শৈরেং-'নীংশিংহল্লেনে ঐবু নাকেন্থাসিনা' কায়না মৈচাক হাপ্পা শৈরেংনি। শৈথারি শৈরেংবনা অরেম্বদা মঙজরুবা নুংশি মঙলান্না মঙফাওনখিদ্রবদা —

'নীংখায়রবা নুংশি মুর্তি / লোইশিনখিদ্রবা নুংশি ৱারী / পম্বুং য়ৌখিদ্রবা নুংশি খোঙচৎ / নীংশিংহল্লেনে ঐবু নাকোন্থাসিনা'।

নিশা হায়বসি মীওইবগী য়েক্লবনি, অহোইনদুম নহা ওইরিবা ওইরিবীশিংগী মফমদা। অদুবু শৈরেংবনা ইবা - 'নিশানা কৌরি নখোয়বু' হায়বা শৈরোল অসিদি নিশা থিংবা, নিশা ফত্তে হায়বগী অতোপ্পা মাইওন অমদা তাইবং মীনা শিজিন্নবিদ্রবা নিশানা মদোম ৱাজবগী তেংথাখোলগা লোয়ননা হায়রি —

'থাদোকপিনু নিশা ঐবু হিংজবা ঙমজরোই / ইদোম কনা য়াওদনা নিশা ঐনা / য়ারোইকো য়ারোই থাদোকপিরম্বা / নিশানা কৌরি নখোয়বু'। নিশা থাদোকপগী 'নেগেটিব এপ্রোচ' ওইনা ইবা ঈশৈ ময়েকনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঈশৈ মশীং য়াম্বগা লোয়ননা অলফাবেটিকেল ওর্ডরদসু ইবা ওইবনীনা মান্নরপ চৎপা খরসু য়াওবা মথেংনৈ; অদুবু থোইনা কায়দে, কনটেক্সতদি অদুম খরা মখেন্নরম্মী।

'জে এস কোনসম'গী ঈশৈ ময়েকশিং ঈশৈ ওইবগী মগুণ চেল্লি। পাবদা শৈরেংগী ওইবা তাম্থা অদুম য়াওই। শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা 'লিরিকেল'ওই। পদশিং অমগা অমগা মরী লৈনহনবনা পাবদা অর্থ য়াম্না লায়না লৌশিনবা ঙম্মী।

'জে এস কোনসম'না শৈরেং অমদি ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবীরিবসি য়াম্না নুংঙায়জে থাগৎচে। মতুংদসু

অফবা লাইরিক কয়া ইবিদুনা অমদি ফোঙদোকপিদুনা লমদমসিগী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা থৌদাং চাউনা য়াবিরক্কনি হায়বগী আশা থমজৈ । সাহিত্যনা সমাজগী শকয়েং মিংশেলনি । সমাজ অমগী চাওখৎপগী পাদম সাহিত্যনা ওনগনি । সাহিত্য লৈতবা কাঙলূপতি কাঙলূপ ওইনা মশক তাক্লা হিংবদা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্নবা শোয়দ্রবনি ।

ইচা 'জে এস কোনসম'বু পুন্সি নুংশাংনা অমদি অৱা খুদোংথীবা য়াওদনা হিংহনবিদুনা মহাক্না পামজরিবা অইবগী শিনফম অসিদা নীংবা থুংনা থৌদাং পাঙথোকহনবীয়ু হায়না ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি ।

ইম্ফাল
জুন ১৯, ২০১২ খৃঃ

টি. জয়ন্তকুমার শর্মা
[illegible], ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদগু

ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেল লূপ (ইমাখোল) ইং ২০০৩ গী মার্চ তাং ২৩ দা ৱাখল মান্নবা সাহিত্যবু পামজরুবা অইবা অইবীশিং খরনা পুনশিন্দুনা শেমজখিবনি । লূপ অসিগী পান্দমদি কনা খঙদনা লোত্তুনা লৈরম্বা অইবা অইবীশিংবু পূক্লীং থৌগত্তুনা মখোয়গী অইবশিং অদু ফোঙদোকহনবনি । মীয়াম মাঙদা ফোঙদোকপা ঙমদনা লৈরম্বদু মখোয়গী পূক্লীংগী শৈথারোল, থম্মোয়গী পাউদম কয়া চিংথোক্তুনা মীয়াম মাঙদা পুথোক্তুনা ইমালোন অমসুং সাহিত্যবু চাওখৎহনবদা থৌদাং খরদং ওইরবসু য়াজবা ঙম্নবা হোৎনজবনি । ঙসি ফাওবদা লূপ অসিনা শৈরেংগী লাইরিক ১৮(তরানিপাল), ৱারীমচাগী ৬(তরুক), গাইয়দ বুক ১(অমা), পাউরৌ পাউতাক ২(অনী), দ্রামা ২(অনী), ফুঙ্গা ৱারী ১(অমা), পুন্সি ৱারী খোমজিনবা ১(অমা) অমসুং ঈশৈ শৈরেংগী ১(অমা) য়াওনা পূন্না ৩২(কুন্থানিথোই) পুথোকপ্রে । হন্দক পুথোকচরিবা 'জে এস কোনসম'(জিলা সিংহ কোনসম)গী ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক 'নোংমা হায়দু হায়রনু' অসিনা লূপ অসিগী ৩৩ শুবা লাইরিকনি । অইবা অসি মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা মখল মখেলগী লৈচল কয়া থূদোল তৌখ্রবা মীয়ামদা নৌনা শক্তাক্লীংঙাই ওইদ্রবা সাহিত্যগী থৌমী অমনি । মশাগী শৈরেং লাইরিক ৫(মঙা), ৱারী মচাগী ১(অমা) পূন্না লাইরিক ৬(তরুক) পুথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যবু পামজনা সেবা তৌজরিবা অইবা অমনি । অইবা অসি হায়নীংলিবা খরদু ময়েক শেংনা অকিবা লৈতনা হায়বা ঙম্বগী থৌনা লৈবা ইচং থৌবা অমনি হায়বসি মমাঙগী লাইরিকশিংনা তাক্লি ।

অইবা মশাগী ৭ শুবা লাইরিক ওইরিবা 'নোংমা হায়দু হায়রনু' হায়বা ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অসিগী তোপ তোপপা মশক অমদি 'অলফাবেটিকেল ওর্ডর' অমদা থম্না অসিনি। অ, আ, ই, ঈ, উ, ঐ, ও, না 'ভাবেল' খোন্থোক্কী অমসুং ক, খ, ঙ, চ, ত, থ, ন, না 'কোন্সোনেন্ট' খোন্থোক্কী ঈশৈগী অহৌবা মিংখোল ওইনা থম্লগা 'অলফাবেটিকেল ওর্ডর' দা লাইরিক অসি পুখোক্লি। অয়াম্বা ঈশৈ 'রোমান্তিক খিম'দা ইবা থেংনৈ। য়াম্না তাঙনা লাইশোল ঈশৈ অমসুং মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ শৈরেংসু য়াওরি। অইবগী লোল চম্মী, অরুবা বাহে বাতা 'সিমবোল' নচিংবা য়াম্না শিজিন্নদুনা অপাবশিংবু কোক ঙাওহন্দে। হায়নীংলিবদু শং শং হেক্তা হায়দোকই, লৌখুপ লোকোয় নৈতে। লাইরিক অসি পাবীনবা অমদি নৈনবীনবা সাহিত্যবু থবায় য়াওনা অমদি নুংশিনা সেবা তৌবীরিবা মীয়ামগী মফমদা "ইমাখোল"গী মহুৎ শিন্নদুনা নোম্লুক্কা শিন্নজরি॥

দাঃ চিঙাংবম চন্দ্রকলা
প্রসিদেন্ট
ইমাখোল

তাং ২০|০৮|২০১২

# অইবগী ৱারোল

লাইরিক অসি ২০১২গী এপ্রিলগী অনিশুবা তঙ্খায়দগী আগস্টকী অনিশুবা তঙ্খায় ফাওবগী মনুংদা ফোঙনবা হোৎনজখিবনি অমদি ফোঙজরিবনি । অশোইবা নৎত্রগা অরান অহুই খরদি য়াওরমগনি চিংনজে। হাপলোইদবনা হাপখিবা, হাপকদবনা চিখহৌবা কয়া য়াওরবসু মণিপুরি সাহিত্য ইমাগী সেবা চৎচরিবশিং, সাহিত্যকারশিং, সাহিত্য প্রেমীশিং অমদি ক্রিটিকশিং(নৈনরোয়শিং) গী মফমদা লাইরিক অসি পাবীনবা, নৈনবীনবা অমদি ঈশৈ ওন্থোকপীনবা অইবনা থম্মোই শেংনা শিন্নজরি।

থমজনীংবা ৱাফম অমনা 'জে এস কোনসম' ইশামক অসি ১৯৯০ দা আকাশ বাণী ইম্ফালদা ঈশৈ ময়েক ২৫ থাগৎপদা ২৫মক এপ্রোভ তৌবীরকপদগী আকাশ বাণী ইম্ফালগী শৈরেংবা অমা ওইখি । তৌবদবু ঐগী ঈশৈ অদু খুরাই খাবীশোইদগী কলাকার 'মুহম্মদ লিয়াকদ আলি'না অনি খক শকপীখিবা নত্তনা কলাকার অমতনা ঙসি ফাওবা শকপীখিদে । মসিগী মরমসু ঐ খঙজে । ইশানা থৱায় য়াওরুদবদগীনি হায়বা অদুমক খঙজে । আকাশ বাণী ইম্ফালদা থাগৎখিবা ঈশৈ ময়েক ৬৫ শুরে । থাগৎখিবা ঈশৈ ময়েক ৬৫ অদু লাইরিক অসিদা য়াওরি । অদুবু করম করম্না ময়েক থাগৎখিবনো হায়বা রেকোর্ড ইশাদগী মাঙখিবনা শুগায়না পঞ্জদরে (খরমখৈদি নীংশিংলি)। লাইরিক অসিদা পূন্না ঈশৈ শৈরেং ২৭৬ য়াওরি । 'ভারেল' ময়েকনা হৌবা ৭২ নি অদুগা 'কোন্সোনেন্ট' ময়েকনা হৌবা ২০৪ নি ।

ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অসি অসি 'জে এস কোনসম'গী অহানবা ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিকনি (ইশামক্কীদি অনিশুবা ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিকনি) । ঈশৈ শৈরেং অসিগী ঈশৈশিং অসি সুর য়াওনা থৱায় হাপ্পকপা মতমদা (সুর পানবদা) ৱাহৈ ৱাতা মতেক ময়াদা শেমদোক্লবদি সুর তাদবা কয়া লৈ হায়বীরকপদগী অখঙ অহৈ কয়াদগী পাউতাক লৌজরগা মরু ওইনা পাবুং জয়ন্তকুমার শর্ম্মাদগী পাউতাক লৌজরগা শেমদোকপা য়াবা শেমদোকচরে।

লমন তোনশিঞ্জবা:

অহানবমক্তদা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অৱাবা শরুক কয়া য়াবিখিবা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স'গী জেনেরেল সেক্রেটরি তোনজম সরোজিনি, প্রসিদেন্ট ডা: চিঙ্গাংবম চন্দ্রকলা অমসুং 'ইমাখোল' গী অতৈ মেম্বরশিংগী মফমদা লোয়ন লোয়ননা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, পাউতাক কয়া, লমজিং কয়া পীবিরকপা পুমমককী মফমদা পুন্সিগী ওইবা শিঙবা ঙল্লরোইদবা লমন কয়াসু অইবনা তোনশিঞ্জরে।

অনিশুবদা অমুকসু লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবীখিবা খুরাই লম্লোং কৈথেলদা লৈবা লৈমহল প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইনাউ ইবুংঙো থৌদাম কান্তা সিংহ লোয়ননা কম্পুটর পেজ মেকর তৌবিখিবা থৌদাম শ্রীতনকুমার (নাওচা) অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সন্দা লৈবীরিবশিং মিং ওইনা পঞ্জরবদা ৱাহেংবম ইবেতোন(ইবেম্মা) দেবী, মহমদ আমন অমসুং চান্দম ইনাও পুম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী শিংবা ঙল্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

চুমথোকচগে খঞ্জরিবা:

ইরোই লোইবদা লাইরিক অসিদা মরম কয়াদা লানখিবা বানানদা খঙদে, ৱাহৈ ৱাতাদা খঙদে লানখিবশিং থেংনবিরবদি অইবা মশামক্তা নৎত্রগা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স', অৱাং পোৎশংবম খুনৌদা ইরগা নৎত্রগা পাউ ওইনা পীবিরক্লবদি তরাম্না লৌজগনি অমদি মথংগী খৃৎনমদা শোয়দনা চুমথোকচগনি।

তাং ২২|০৮|২০১২ জে এস কোনসম

# য়াউফম তাকপা

| সে নং মমিং | ইথিবা তারিখ |
|---|---|
| (১) অঙাওবী কৌগে নঙবু | ১২/০১/৮৭ |
| (২) অচিকপা লৈকোলও | ২৮/০২/৮৮ |
| (৩) অদুঙৈগী থিংয়েংদি | ২৬/০২/১২ |
| (৪) অনিগী মমিনা অমত্তা ওইরি | ০৮/১১/২০০০ |
| (৫) অমোংপা কৌই মখোয়গী মিংদি | ০৪/০৪/৯৮ |
| (৬) অবাংবা পামেলদা শাংলিবী শিঙেলও | ২৯/১১/৮৭ |
| (৭) অসি ওইরেকো পুন্সি | ০৬/০৬/৮৭ |
| (৮) অসি ওইরেকো পুন্সি খোঙচং | ২৬/০৭/৮৬ |
| (৯) অহিং কয়ানা শারিবা নঙগী পুন্সিদা | ১৯/০১/১১ |
| (১০) অহিং তাংলৌ অচিকপা | ১০/০৬/০২ |
| (১১) অহিং তাংলৌ অখেঙবা | ১০/০৬/০২ |
| (১২) অহিংগী অমম্বতনা অমম্বা নত্তে | ২৫/০৭/০৯ |
| (১৩) অহিংচুপপা পুত্রি মপাল সিরিথক্তা | ১৬/১১/০৫ |
| (১৪) অহিংসি লোইরনু শিরাংসি লেপ্পনু | ০৮/০৯/২০০০ |
| (১৫) অহিংসিগী কাংশি খোঙ্গেল | ২২/১০/০৭ |
| (১৬) অহিংসিগী ফজবা য়েংমিন্নসি হায়না | ২২/১০/১১ |
| (১৭) অহিংসিমসু পোত্থাকম খঙলরোই | ১৪/০৭/৯৭ |
| (১৮) অহিংসিমসু পোত্থাকম খিররোই | ১৪/০৭/৯৭ |
| (১৯) আত্মানা চঙজরি ইবুংঙো নঙোন্দা | ০১/০৫/০৫ |
| (২০) আশাগী ময়োন কংশিন্নক্রে | ০৮/১১/৮৫ |
| (২১) আশাগী মৈরিনা মঙাল শান্নক্রবদা | ১৬/১১/০৫ |
| (২২) আশানা নাওশুন্নি নুংশি ফমুংদা | ০১/০৫/০৫ |
| (২৩) ইগনি ঐনা নঙগী বারী | ২০/১১/৯৮ |
| (২৪) ইত্তা চান্নবী নঙনা চংশ্রবদি | ২১/০৫/০৫ |
| (২৫) ইমা নঙবু নুংশিবী | ০৮/০১/২০০০ |
| (২৬) ইংলবী মেরাগী থাবলদা | ৬/০৯/৮৫ |
| (২৭) ইকায়খীবী মপোকনি কাউরবরা | ১৬/১০/০৪ |

| সে নং | মমিং | ইখিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (২৮) | ঈকাইথীবী মায়থোঙবু কুপ্লিবী | ২৯।১১।৮৭ |
| (২৯) | ঈচেল অসি লেপ্লমগনি | ০৮।০৮।৮৭ |
| (৩০) | ঈথক ঈপোম হৌরেহে | ০২।০৫।০৯ |
| (৩১) | ঈশৈ কয়া ইখিনি | ১৬।০৭।৮৯ |
| (৩২) | ঈশৈ কয়া শকখি | ১০।০৮।৮৯ |
| (৩৩) | উখিদবা কুইরেদা করম্না হিংলিগবা | ১৯।০৮।৮৭ |
| (৩৪) | উচেক নঙসু লৈরাং নঙসু | ১২।০২।১২ |
| (৩৫) | উজনীংবী মায়থোঙদো উদবা কুইরেদা | ৯।০৮।৮৭ |
| (৩৬) | উনসি লাকউ মঙলান্দা | ১৬।১০।০৪ |
| (৩৭) | উরশ্মী ঙসিদি পুন্সিগী মঙলানদা | ০৯।০৯।০৯ |
| (৩৮) | উহনবীরি করিগী নহাক্না তত্তনা | ১৯।০৪।০৭ |
| (৩৯) | ঐখোয় অনি নুংশিনৈ | ১৬।১০।০৪ |
| (৪০) | ঐগী অরোইবা মিংকৃপতা | ১৮।০৮।১০ |
| (৪১) | ঐগী আশাগী তেলঙ্গা | ১৯।০৯।১০ |
| (৪৩) | ঐগী ঈশৈদা নঙগী ৱারী য়াওরি | ১২।০২।৮৫ |
| (৪৪) | ঐগী ঈশৈনা তাক্লি | ০৬।১১।২০০০ |
| (৪৪) | ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ | ১৯।০৯।০৪ |
| (৪৫) | ঐগী তাইবংনা হংলি | ১৪।০৮।১০ |
| (৪৬) | ঐগী থম্মোইনা কপলিবসে | ২৪।০৭।১০ |
| (৪৭) | ঐগী থম্মোইদা তারি | ১৮।০৬।০৩ |
| (৪৮) | ঐগী থম্মোইনা হায়রি | ১৮।০৬।০৩ |
| (৪৯) | ঐগী থৱায়না লেপলি | ১১।০৩।০৯ |
| (৫০) | ঐগী নুংশিবা নঙোন্দা ওইখিদরে | ২৪।০৮।১০ |
| (৫১) | ঐগী নুংশিবা লৈতে | ১৮।০৮।১০ |
| (৫২) | ঐগী পুন্সি নুংশিবদা ঙাওজবীনি | ০৭।০৭।১০ |
| (৫৩) | ঐগী পুন্সি ৱারী | ২৮।১০।০৪ |
| (৫৪) | ঐগী মাঙদা নঙনা লেপসি | ২৪।০৭।১০ |

| *সে নং* | *মমিং* | *ইখিবা তারিখ* |
|---|---|---|
| (৫৫) | ঐগী বাখল মমশিল্লক্রে | ১৬/০৭/৯৮ |
| (৫৬) | ঐগীনি খল্লিবা নঙবু | ২৪/০২/৯৮ |
| (৫৭) | ঐনা ঈপাক্তি নঙনা ঈখৌ লাংজবীনি | ২৬/০৪/০৫ |
| (৫৮) | ঐনা ঐবু নুংশিজে | ১৪/০৭/৯৪ |
| (৫৯) | ঐনা করমনা লেললি | ২২/০৫/০৫ |
| (৬০) | ঐনা করি হায়খিদুনা | ২২/০৩/০৬ |
| (৬১) | ঐনা নঙবু নুংশিবা | ৫/০৩/০২ |
| (৬২) | ঐনা মৈরিনি নঙনা উরিনি | ১৮/০৫/৮৫ |
| (৬৩) | ঐনা শক্তনি ঐগী ঈশৈ | ১৩/০৬/৮৮ |
| (৬৪) | ঐনা য়েংলি লেপপা লৈতনা | ০১/০১/৯৭ |
| (৬৫) | ঐনি খঙনা হেনগৎখি নঙনা | ০৩/০৮/১১ |
| (৬৬) | ঐবু থম্মোই পান্দবী তাবনি | ২৬/০৭/৮৫ |
| (৬৭) | ঐবু লাকখিদবা খৌরাংনা ঙাইরনু | ২২/১০/৮৫ |
| (৬৮) | ঐসে নঙগী থম্মোইদা লৈবনি | ০৭/১০/২০০০ |
| (৬৯) | ঐসে নঙগী পুন্সি তোবর্বাননি | ২২/০৫/০৯ |
| (৭০) | ওইনজবনি নঙোন্দা | ২২/০৫/১০ |
| (৭১) | ওইরেদো ইরাল নিরুবা থম্মোই | ২৫/০৭/০৯ |
| (৭২) | ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা | ১৫/০৪/৮৫ |
| (৭৩) | কচ্চরগে ঐগী মিংলু পিরাংসে | ১৬/০৭/০২ |
| (৭৪) | কচ্চরবনি থম্মোই মন্দিরদা | ১৪/০৬/৮৬ |
| (৭৫) | কচ্চরে ঐগী নুংশিবা | ১২/১১/৮৮ |
| (৭৬) | কখোক্লুরে চৎলি মপোক অসিদি | ২৩/০৬/০৯ |
| (৭৭) | কদায়দনো খোঙথাং কদোমদনো পন্থুং | ২৮/০৮/০৯ |
| (৭৮) | কনাগী কায়নরমদাই মিংকৃপতা | ০৭/০৫/০৯ |
| (৭৯) | কনাগী বাখলদা লুপলুদরে | ১৮/০৯/০৯ |
| (৮০) | কনানো নহাক লেপ্পরিবী ইনাক্তা | ০১/০১/১২ |
| (৮১) | কপসি পেননা ঙসিদি | ১৪/০৬/৮৬ |
| (৮২) | করম্না থম্মোইদা তাখিবা মমিনো | ১৪/০৭/০৭ |

| সে নং মমিং | ইথিবা তারি |
|---|---|
| (৮৩) করি খন্না চৎখিবনো | ১৯।০১।০৭ |
| (৮৪) করি করমনা শৈথাসিগে | ২১।০৭।০৬ |
| (৮৫) করি হায়না শৈহৌসিগে | ২১।০৭।০৬ |
| (৮৬) করিগী নথন্তা নোকলিবা | ২৭।০৪।৯৮ |
| (৮৭) করিগী নীংশিংহল্লিনো | ০৭।০১।১০ |
| (৮৮) করিগুম্বা উনবা থোক্লবা | ১৩।০৭।৯৬ |
| (৮৯) করিনোমা হায়রদবোই নীংলুরে | ২৮।০৩।৮৪ |
| (৯০) করিবু খল্লিবনো করিবু য়েংলিবনো | ২৯।০৫।১০ |
| (৯১) করিবু খল্লিবা মহাক্লা | ২৯।১২।৮৭ |
| (৯২) করিবু ইসিগে করিবু হংসিগে | ০৫।০৫।৮৪ |
| (৯৩) কয়াদা ঙাওরিবনো থম্মোইসে | ০৮।০৭।০৫ |
| (৯৪) কয়াম কুইনা পুখিনি ঐবু | ২২।০৬।৯৯ |
| (৯৫) কাউখিদ্রনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবু | ২৪।০৭।১০ |
| (৯৬) কাউনরসিকো মতমদুগী নুংশিবা | ২৪।০৭।৯৮ |
| (৯৭) কাউবা ঙমগদরনে ঐবু | ২৪।০৯।১০ |
| (৯৮) কায়নখ্রবী অমদা কচ্চরি | ২১।০৫।১০ |
| (৯৯) কায়নবদি ব্রাবনি | ১৫।০১।০৪ |
| (১০০) কায়নরবী অমরা নঙবু | ৩০।০৩।০৪ |
| (১০১) কায়নরমদাই মিৎকুপতা | ০৩।০৩।৮৬ |
| (১০২) কায়নরসি পুন্সিগী ওইনা | ২৪।০৯।১০ |
| (১০৩) কুচু মুবীনা অমনি | ৬।১০।২০০০ |
| (১০৪) কুমজা কুমওন খুৎথেক খঙদনা | ০৭।০৯।২০০ |
| (১০৫) কৈদনো ঐনা হিংদোহ্বা | ০৭।০৮।৮৫ |
| (১০৬) কোক্লমদরি ঙসিসু ঈকাইথীবী মতৌ | ০৬।০৫।৮৬ |
| (১০৭) কোক্লরাই কৈদৌনুংদা চুপ্রবা নুংশিবা | ২৪।০৮।১০ |
| (১০৮) কোক্লরোই মৈচাকসে পুন্সিগী | ১৩।০৯।০৭ |
| (১০৯) কোক্লরোই শংপ্রবা মচু থম্মোইদা | ২৪।০৮।১০ |
| (১১০) কৌরৌগী মৈশা নণ্ডে শারিবদো | ০৭।০৩।৮৭ |

| সে নং | মশিং | ইশিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (১১১) | কোরৌবু নঙগী কনানো | ২১/০৭/৮৫ |
| (১১২) | কৌনীংনা কৌওমদনা লৈহৌই | ১৭/০৯/০৮ |
| (১১৩) | খঙহৌদে শিঙ্খিবা শিরাং | ১৮/০৮/১০ |
| (১১৪) | খুরুমজরি খবায় হকচাং অনিনা | ২২/০৪/০৭ |
| (১১৫) | খুরুমজরি নচা ঐখোয়না | ২৯/০৮/৮৬ |
| (১১৬) | খুরুমজরি শেংলবা পুক্নিংগী মন্দিরদা | ২৯/০৮/৮৬ |
| (১১৭) | খুরুমজরি হে ইমা সরস্বতি | ২২/০৪/০৭ |
| (১১৮) | খোইম্বু শাখল তোয়রিবৈ | ২৮/১২/০৮ |
| (১১৯) | খোইম্বুও শাখঙও | ২৮/০৩/০২ |
| (১২০) | খোঙলনু বাঁসি নিকুহল্লনু খম্মোই | ১৪/০৫/৮৬ |
| (১২১) | খোঙলনু বাঁসি নীংশিহল্লনু মাবু | ০৯/১১/৯৮ |
| (১২২) | খোঙলরোই ঐগী খম্মোইগী বিনা | ০৬/০৩/০৯ |
| (১২৩) | খোয়দাজে নঙবু নুংশিনা শামজনা | ২৮/০৩/০৮ |
| (১২৪) | খোয়দাবা কনানা মাঙদা লেপলরবদা | ২৮/০৩/০৮ |
| (১২৫) | ঙরাংতা খোযোন মীনোক্লবিবী নঙনা | ১৬/০৩/১২ |
| (১২৬) | ঙসি অসি করিনো | ২৬/১১/২০০০ |
| (১২৭) | ঙসি অসি পুন্সি অসিদা | ২৬/১১/২০০০ |
| (১২৮) | ঙসি কোরৌ নুমিত্তা | ৩১/০৭/০৮ |
| (১২৯) | ঙসিগী অহিং পুর্নিমাগী খাবল | ১০/০৫/২০০০ |
| (১৩০) | ঙসিগী কায়নরবী নঙবুও | ১১/০৭/০৮ |
| (১৩১) | ঙসিগী চিক্লবা অহিং অসিমদি | ০১/০১/১২ |
| (১৩২) | ঙসিগী খাবল য়ৌরক্তবরা | ২০/০২/৯৮ |
| (১৩৩) | ঙসিগী নুমিৎসি নুংঙাইরেহে | ১২/০৭/০৮ |
| (১৩৪) | ঙসিগী নোংলৈ নুংশিং মরক্তা | ৩১/০৬/৯৯ |
| (১৩৫) | ঙসিগী বজাই বেক্সুন খোজেলসিনা | ০৬/১২/০৩ |
| (১৩৬) | ঙসিগী বজাই বেক্সুন খোজেলসে | ২১/০৭/০৮ |
| (১৩৭) | ঙসিগী লোম্লোক্তবী ওইরবী নঙবুও | ২০/০৯/০৪ |
| (১৩৮) | ঙসিদি খুরুমে খত্রে ঐসে | ২৩/০৭/০৮ |

| সে নং | মমিং | ইখিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (১৬৭) | থম্বাল কৌগে নহাকপু | ১৪\|০৭\|০১ |
| (১৬৮) | থম্মোই অক্লাদগী থাদোকপীব্রবী | ০৬\|০৬\|০৪ |
| (১৬৯) | থম্মোই থম্মোই লোয়নরিঙৈ | ১৭\|১১\|৮৫ |
| (১৭০) | থম্মোই পান্দবীনি হায়বীনু | ২০\|০৭\|০৬ |
| (১৭১) | থম্মোই পান্দে হায়রসিরা | ১৭\|০৭\|০২ |
| (১৭২) | থম্মোইগী থম্বাল | ২০\|০৯\|০৯ |
| (১৭৩) | থম্মোইগী মৈরিসে | ২৮\|০৭\|০৬ |
| (১৭৪) | থম্মোইদা পানখিদ্রবদা | ০৫\|০৮\|০৬ |
| (১৭৫) | থম্মোইনা থম্মোইবু থেমখরে | ১৬\|১০\|০৪ |
| (১৭৬) | থবায় হাপলি নুংশিবা নঙনা | ০১\|০১\|১২ |
| (১৭৭) | থবায়গী শনারৈ কেল্লেদো ঙসিদি | ১০\|০৪\|০৬ |
| (১৭৮) | থাদোকপীনু ঐবু | ০৩\|০৭\|০৩ |
| (১৭৯) | থাবল মমি অমতা তাখিদ্রবা | ২৫\|০৫\|৯৮ |
| (১৮০) | থাবলনা য়ৌরমদ্রবা মালেমদা | ২০\|০৭\|০৭ |
| (১৮১) | থাশিগী অহিং অমদা | ০৬\|০৩\|০২ |
| (১৮২) | থুপচগে থম্মোইগী মন্দিরদা | ০৮\|০৬\|৯৬ |
| (১৮৩) | নকাদা য়েংলরোই | ২৩\|০৩\|০৯ |
| (১৮৪) | নঙোন্দা ঙাওজবীনি | ১৬\|১১\|৮৫ |
| (১৮৫) | নঙ ঐদি তোবর্বান অনিনি | ০৫\|০৯\|০৩ |
| (১৮৬) | নঙ লাকঅবোইরে | ০৫\|১১\|২০০০ |
| (১৮৭) | নঙগা ঐগা য়েংনৈ | ১৬\|১০\|৮৪ |
| (১৮৮) | নঙগী অবাবদা য়াওঙমদে | ২২\|১২\|০৮ |
| (১৮৯) | নঙগী থম্মোইনা ঐগী পুক্নীংনি | ১১\|১১\|০৪ |
| (১৯০) | নঙগী মিংচী লমহেনবী | ০২\|০৮\|১১ |
| (১৯১) | নঙগী থাখলদা তাউরি | ১৩\|০৭\|০৮ |
| (১৯২) | নঙগী থাহে অমদা | ১৫\|১১\|২০০০ |
| (১৯৩) | নঙদি অয়েকপা শক্তম ওইরবোইরে | ১৬\|১২\|৮৫ |
| (১৯৪) | নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে | ২৫\|১১\|৯৯ |

| সে নং মমিং | ইথিবা তারিখ |
|---|---|
| (১৯৫) নঙদি পুন্সিগী মরূপনি | ০৮/০৫/০৬ |
| (১৯৬) নঙদি লাইবকথীবীনি | ১৭/০৪/৮৮ |
| (১৯৭) নঙনা ঐগী থবায়নি হকচাংনি | ১৭/০৪/৮৮ |
| (১৯৮) নঙনা চৎলে ঐনা চৎলি | ২৫/১১/২০০০ |
| (১৯৯) নঙনা মাবু নুংশিবা | ২৩/১১/৮৫ |
| (২০০) নঙবু ঐগী কনানো | ২৩/১১/৮৫ |
| (২০১) নঙবু ঐগী থম্মোই থম্বাল্লা | ৩০/০৪/৮৭ |
| (২০২) নঙবু উরগা | ০৩/০৭/০৮ |
| (২০৩) নঙবু কাউথিদ্রনে ঐনা | ০৩/০৭/৮৬ |
| (২০৪) নঙবু নুংশিজে শোঙবা নত্তনা | ২৭/১০/১০ |
| (২০৫) নঙবু নুংশিবা ঐনি | ০৭/১১/১১ |
| (২০৬) নঙবু লাইরিক ময়েকলা | ০৭/১১/১১ |
| (২০৭) নঙবু য়েংনা য়েংনা | ০৪/০৩/০২ |
| (২০৮) ননাক্তা লাক্লরোই ঐদি | ০৭/১২/০৯ |
| (২০৯) নরাল ইরাল খঙনা কায়নব্রবী | ২৬/০৭/২০০০ |
| (২১০) নরোল থোক্লো লৈকোল থোইমু | ১৮/০৯/৮৬ |
| (২১১) নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে | ১৫/১১/১১ |
| (২১২) নহাক্লা য়েংলি খঙদনা | ০৭/০১/১০ |
| (২১৩) নাকেন্থনা লাক্লবদা থাজদনা য়ৌরক্লবদা | ০৩/০৭/৮৬ |
| (২১৪) নাকেন্থনা লাক্লবদা বসন্তনা লোইখ্রবদা | ০৩/০৭/৮৬ |
| (২১৫) নিজরি নঙোন্দা নঙগী নুংশিবা | ২৩/০৩/৮৫ |
| (২১৬) নিশানা কৌরি নখোয়বু | ২০/০৭/০৮ |
| (২১৭) নীংঙমদ পিরাংগী চৈথেং য়ৌরবী | ১৩/০২/০৮ |
| (২১৮) নীংঙমদবগী পিরাংসে | ১৩/০৫/০৯ |
| (২১৯) নীংঙমহৌদ্রবী অমদি য়াওরি | ০৩/০৭/১০ |
| (২২০) নীংজবা আশা থুংজগে | ০৩/০৭/১০ |
| (২২১) নীংজবা নত্তনা নীংজমনদি ফংলরোই | ০৯/০৭/৮৪ |
| (২২২) নীংজবা মপান তাংনা হিংলি | ০৩/১২/০৯ |

| সে নং | মমিং | ইথিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (২২৩) | নীংজরুবা ঐনা লানত্ত্রমানে নঙোন্দা | ০৬\|১১\|০৯ |
| (২২৪) | নীংশিং নীংশিং শুম্লি ঐনা | ০১\|১২\|২০০০ |
| (২২৫) | নীংশিং নীংশিং হিংজরি | ১১\|১১\|০৯ |
| (২২৬) | নীংশিংবগা লোয়নরিঙৈ মিৎকূপ খুদিংদা | ০৩\|০৭\|৯৯ |
| (২২৭) | নীংশিংবগী ইতিহাস ইরুরনু | ০৩\|০৩\|৮৫ |
| (২২৮) | নীংশিংবগী মমি তারি মায়থোঙদা | ০৩\|১১\|৮১ |
| (২২৯) | নীংশিংবা অঙকপনি নহাকসে | ২৪\|০৫\|৮৭ |
| (২৩০) | নীংশিংবা নুংশিবা অনিমক পুদুনা | ২৩\|১১\|৮৫ |
| (২৩১) | নীংশিংলকই নীংঙাইদবী নঙবু | ১৭\|০৭\|৮৭ |
| (২৩২) | নীংশিংলরোই খল্লি নীংশিংদবা ঙমদে | ১৪\|০৫\|০৯ |
| (২৩৩) | নীংশিংলি অদুঙৈ মতমদো | ২০\|১১\|৭১ |
| (২৩৪) | নীংশিংলি ঙসিসু নতারোই ঐনা | ১৬\|১২\|৮৫ |
| (২৩৫) | নীংশিংলিবরা নঙবু | ১৬\|১২\|৮৫ |
| (২৩৬) | নীংশিংলুই হৌত্রবা পুম্সিবু নৌহৌননা | ১৩\|১২\|৮৮ |
| (২৩৭) | নীংশিংহল্লনু ঐবু লাক্লনু নীংশিংবা | ২৮\|০২\|৮৪ |
| (২৩৮) | নীংশিংহল্লেনে ঐবু নাকেম্থাসিনা | ২২\|০৩\|৮৭ |
| (২৩৯) | নুজা ওইবীনা ঙাইজবা নত্তনা | ১২\|০৩\|১২ |
| (২৪০) | নুংশি করম্না হায়গনি | ১২\|০৩\|১২ |
| (২৪১) | নুংশি নুংশিনা নুংশিদ্রবী | ১৩\|১০\|৯৯ |
| (২৪২) | নুংশি পন্থুং থিজবা লাকপনি | ০৩\|০৭\|৮৬ |
| (২৪৩) | নুংশি হায়বা ঙমদবা কনাদা | ২৩\|০৪\|০৩ |
| (২৪৪) | নুংশি হায়বা ময়েকসে ইরবনি | ১৩\|১১\|৯৯ |
| (২৪৫) | নুংশিগী পোৎলুম পুদুনা | ০৩\|০৭\|০৯ |
| (২৪৬) | নুংশিদা নুংশি ফোংবিদবা | ১১\|০৮\|০৪ |
| (২৪৭) | নুংশিদে উৎলিবা নতাৎনি | ২৮\|১০\|০৪ |
| (২৪৮) | নুংশিদে হায়খিবরা নুংশিবনা লোইরে | ০৭\|০৭\|১০ |
| (২৪৯) | নুংশিদে হায়জদে | ২৪\|০৫\|০৯ |
| (২৫০) | নুংশিনা কায়নপ্রবী | ১৩\|০৭\|০৯ |

| *সে নং* | *মমিং* | *ইখিবা তারিখ* |
|---|---|---|
| (২৫১) | নুংশিনা নুংশি হায়ঙমদবা | ১১।০৭।০৯ |
| (২৫২) | নুংশিবগী ঙমখৈ লৈতে | ২১।০৫।০৮ |
| (২৫৩) | নুংশিবগী পম্বুংদি নুংশিবনি | ২৪।০৮।০৯ |
| (২৫৪) | নুংশিবদি ঙাওবনি | ০৩।০৭।৮৬ |
| (২৫৫) | নুংশিবনা হূ ওনখরে | ১১।১০।৮৫ |
| (২৫৬) | নুংশিববু লাননা লৌগনু | ১৬।১১।০৫ |
| (২৫৭) | নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে | ২৭।০৪।৯৮ |
| (২৫৮) | নুংশিবা করি থোক্লে ঐগা | ২৮।০৬।০৭ |
| (২৫৯) | নুংশিবা খঙদবী তারনি | ২৩।০৭।৯৯ |
| (২৬০) | নুংশিবা খঙদবী হায়রনি | ২৩।০৭।৯৪ |
| (২৬১) | নুংশিবা খঙদবীনি হায়রোই | ১৩।১০।৯৪ |
| (২৬২) | নুংশিবা নঙনা পুরি কনাবু | ২৩।১২।০৮ |
| (২৬৩) | নুংশিবা মরক্তা | ২৬।০৬।০৮ |
| (২৬৪) | নুংশিবা হায়বা ময়েকসে তারন্নবা | ২৯।১২।০৯ |
| (২৬৫) | নুংশিবা য়াদে পুগনি পাপ | ২৫।০৩।১২ |
| (২৬৬) | নুংশিবা য়াম্না ঋাই নঙসে | ১২।০১।০৭ |
| (২৬৭) | নুংশিবী ইতা নঙনা চৎপ্রবদি | ২৩।০৫।০৮ |
| (২৬৮) | নুংশিবীনি হায়খিনি নীংশিংলিমখৈ | ১৪।০৮।০৮ |
| (২৬৯) | নুংশিবীনু ঐবু নুংশিবিয়ু হায়জদে | ০১।০৫।০৫ |
| (২৭০) | নুংশিবীরনু ঐবু মপোকসিমদি | ২৭।০৪।০৫ |
| (২৭১) | নুংশিহল্লে ঐবু মাগী মতৌসিনা | ০৩।০৭।০৮ |
| (২৭২) | নোংজুগী অহিং অমদা | ০৫।০৮।০৮ |
| (২৭৩) | নোংমতসু থোঙাম্দা লেপ্পরূরাও | ০৭।০১।১০ |
| (২৭৪) | নোংমদি লাক্কে ননাক্তা | ২০।০৭।০৬ |
| (২৭৫) | নোংমা মায়থোঙ লাওশিন্না চৎখিবা | ২৮।০৮।০৮ |
| (২৭৬) | নোংমা হায়দু হায়রনু | ১৯।০১।১২ |

*********

## (১)

# অঙাওবী কৌগে নঙবু

অঙাওবী কৌগে নঙবু
অঙাওবা ঐগী অঙাওবী ।।

ঐদি অঙাওবনি নঙোন্দা ঙাওজবীনি
করিগুম্বদা মায় ঙম্মোই হায়গনু
অদুম্না হায়রক্লবা কায়গদৌই
মচেৎ তানা ঐগী থম্মোই ।।

চৎলু নঙনা চৎনীংবা মফমদা
ইন্নরক্কনি নতুং জগোই শানা
শকউ নঙনা শক্লীংবা ঈশৈ
খোঙলক্কনি বাঁশি তাহ্না নাইনা ।।

কপকনু নহাক কপলবাদি কপকনি
মিৎলু পিরাং থান্দ্রিক্কাওবা
নোকউ নহাক নোক্কে ঐসু
নতুং ইন্না মোমোন মীনোক্লনা ।।

* * * * * * * * * *

(২)

## অচিকপা লৈকোলও !

অচিকপা লৈকোলও !
বসন্তগী লৈরাংতনা থল্লবা অচিকপা লৈকোলও !
নঙনা নরোল খোল্লম্লবা
নুংশিবা নঙগী অথোই অহেন খঙলমগনি ॥

পাইরিবা লৈচিলও !
নঙনা করিগুম্বা ব্রায়েনবিরম্লবা
ঐগী নুংশিবা মাগী নুংশিবা
অরুম অয়াং উরমগনি ॥

লৈমায়থক্কী কোম্বিরৈও !
নুংশি চাংয়েংদা মায়থীরবোইরে
খোইমু কনা লাক্কুনা
লৈরাং নকাদা ঙংলদরে ॥

লৈরাংগুম্বী নুজাও !
শম্লাংনা শায়োন্না শুম্বিবা কনাবু
হো লৈরাংগুম্বী নুজাও !
নতৌদা ঙাওজখি নকাদা চঙজখিদে
নুংশিগী পোৎলুমদি পুহৌরে ॥

**********

# (৩)

# অদুঙৈগী মিংয়েংদি

অদুঙৈগী মিংয়েংদি নুংশি মিংয়েংনি
ঙসিগী অরোনবা মিংয়েংসিদি
নুংশিবসু নত্তে কল্লকপসু নত্তে
য়াইফ মঙ্গোল পিজবা মিংয়েংনিকো ॥

কপখিগে খনগনু নোক্লগে খল্লুকো
নুংশিখাৎ লেপকনু নীংলরোই খল্লেকো
হৌখ্রবা পুন্সি লামায় হাংলুরনু
কয়াদা য়াইফরিবা নঙগী পুন্সিসে ॥

উৎলরোই নকমদা ঐগী পুন্সিদি
শিহ্নল্লরোই পিরাং ঐগী মরমগী
শোঞ্জররোই ঐগী ওইনা নঙবু
পিজরবনি নকমদা অরোইবা দান॥

*********

# (৪)

# অনিগী মমিনা অমত্তা ওইরি

অনিগী মমিনা অমত্তা ওইরি
মুশি মুশি ঙৌরি ঙৌরিবা
অনিগী মমিনা অমত্তা ওইরি ॥

লৈচিন থাংলি থাংলি মঙানি থাজগী
থাবল শামলি শামলি মঙানি থাজগী
পুম্রি মপান সিরিথক্তা লেপলিবা
অনিগী মমিনা অমত্তা ওইরি ॥

হো কনানো ঈকায়খঙদবা কনানো
শোরোৎ শরাৎ ৱাপল মরক্তা
ইথক থক্কৎহনলিবা প্রেম্নি অনিগী
আশাগী মঙলানগী ঈপাক্তা তাউরিঙৈ ॥

তারকখিনু মঙাল মঙানিগী থাজ
পাইথোকখিনু লৈচিন থাজবু খুন্নিবা
নুংশিবা নুংশিবী অনিগী কুম্মৈ
তুমিননা লোন্না লোন্না য়েংউনে ॥

*********

## (৫)

# অমোৎপা কৌই মখোয়গী মিংদি

অমোৎপা কৌই মখোয়গী মিংদি ।।

মাঙদা উরিবা অচৌবা মানবসে
অমোৎপা কৌই মখোয়গী মিংদি ।।

খুন্নাইসিদা অমোৎপা পুরক্লিবা মখোয়সে
ঈশ্বরগুম উরি, ঈরৈচানা ভক্তি তৌরি
মাঙদা উরিবা অচৌবা মানবসে
অমোৎপা কৌই মখোয়গী মিংদি ।।

ঐখোয় লমজেল চেল্লি হৌনরদুনা
পম্বুংফমগী ওন্নতৈনবদা মায়ওল্লদুনা
অমোৎপা কৌবা মখোয়না লমজিংলদুনা
পাউতাক্লা ব্রায়েনশিরা, ঈনা লমজিংসিরা ।।

মখোয়না মকোক থোংনা লৈরমগনি
যমরাজগী ব্রায়েন লোইশংদা
মায়োক্লবা ঙমদনা মশাগী মরালবু
অমোৎপা কৌই মখোয়গী মিংদি ।।

*********

## (৬)

## অৱাংবা পামেলদা শাৎলিবী শিঙেলও

অৱাংবা পামেলদা শাৎলিবী শিঙেলও!
হো লাইৱকফবী লৈপানদা শাৎলিবীও!
লৈনমনা হেনখিনি লৈশাৎনা ৱাৎহৌনি
চেকশিল্লু শিঙেল পামেলনি কাওগনু ॥

লৈনমচাউবী নঙগী নখোঙদা শাৎচবী
গুলাপ কৌবী হৌমিন্নরকপী লৈরাংদি
লৈনম লৈশক য়েন্ননা শাৎচবীনি
য়েক্লবা কিবনা তিঙ্খং পান্না হৌজেনে॥

হৌব্রবা যৌবনগী পুন্সি নীংশিংনসি
হৈরাং কৎনসি লৈরাং লৌনসি
হৈরাং হৈকৎনা মরাল কোক্লসি
লৈরাং লৈকৎনা পুন্সি মহৈ য়ান্নসি॥

*********

# (৭)

# অসি ওইরেকো পুন্সি

অসি ওইরেকো পুন্সি !

অৱাবা মিৎকুপতো কাউথোকই
নুংঙাইরিঙৈ মতমগী পুন্সিদা
নুংঙাইবা মিৎকুপতো নীংশিংই
পুন্সিনা ৱারিঙৈ মতমদা ॥

নীংশিংবা নঙতনা শেন্নিয়ে
মাঙলক্লবদা পুন্সি লম্বী
নীংশিংবা নঙতনা লমজিংলিয়ে
চৎলু অসুম্না চৎলু হায়না ॥

পূক্নীংনা লৈতাদ্রবদা করিগুম্বদা
য়েংনীংদে ফজবা নিংথিবা
ৱাখলনা মমশিল্লক্লবদা তত্তনা
নুংঙাইফম খঙদে পুন্সিদা ॥

*********

## (৮)

# অসি ওইরেকো পুন্সি খোঙচৎ

অসি ওইরেকো পুন্সি খোঙচৎ !

পল্লেপফম খঙদবা পুন্সিদা
করিবু কান্নরি য়েংথিনবা
করম্বা মরম অমগী
অমর নত্তেকো মীওইবা॥

হৌরকফম পম্থুংফম মাননদে
খোঙথাংসু মখল মখলনি
মীনোক মীশা ঈরোয়নদুনা
থাংলিবা লমথুংফম য়ৌনবা॥

মায়োক্নরি হিংনবগী লালফমদা
লৈখা তারবা পুন্সি কয়া
থিনরি পামজবা পুন্সি লম্বী
তেল্লবা পুন্সি খোঙচৎসিদা ॥

*********

## (৯)

## অহিং কয়ানা শারিবা নঙগী পুন্সিদা

অহিং কয়ানা শারিবা নঙগী পুন্সিদা
অহিং অমদি ঐগী ওইরগে খনখিবা
হো মঙলাননিকো মঙফাওনররোইদবা
নীংজবনা থল্লবা মঙলাননি মঙলরোইদবা ॥

ওইনজবা কয়া য়াখিদে নহাক্লা
অদুঙৈ নঙগী ঐগী থৌদোক্তো
ঙসিনা থানিলনি মন্নিরবা অয়ুককী
বসন্তগী থাবল মঙাল পুরদুনা ॥

নুংঙাইয়ুকো নুংঙাইয়ু নোকউকো নোকউ
ঐগী নীংজবনা নঙগী নীংজবা ওইয়ু
ঐগী লাইশোননা নঙগী পেঞ্জবা ওইয়ু
নঙগী অরাবা ফাওজগে ঐঙোন্দা খাঙজরদুনা ॥

*********

## (১০)

## অহিং তাংলৌ অচিকপা

অহিং তাংলৌ অচিকপা
মীচিক মীরাউ তাদবা
থাজ মঙালনা তারি
নিঙোল থম্মোই লকানুংদা ॥

উইশিল্লি হায়বতা ঙাইরবা মিৎস্নানা
হৌখ্রবা পুন্সিবু য়েংলুরিবা
শিন্থরিবা মিৎলু পিরাংনা
নুজা মায়থোঙ লুপ্লম্লে ॥

লাইবক্তা তন্নমদ্রবা কায়নরবা নুংশিবা
নুজা মাবু থাদোক্কুনা চৎখিদো
কায়নরমদাই হায়রম্বা য়াব্রা খোঞ্জেলনা
নিল্লরি নিঙোলগী থম্মোইবু থেল্লদুনা ॥

**********

(১১)

## অহিং তাংলৌ অথেঙবা

অহিং তাংলৌ অথেঙবা
জীব কনাগী খোঞ্জেল তাদবা
পোখাদ্রবা হকচাংনা ঙাইহরি
পুন্সিবু মমল হাপপীরম্বা কনাবু ॥

নোকমি নোকমি মতৌদা
উন খৃদিং চীংয়াগী লম্বীদা
তত্তনা হায়খিবদাই অমুক্তি লাক্কনি
ঙাইবদি ঙাইহরি ঙাইখিনি পুন্সিসিমগী ॥

পুন্সিগী অহানবা ওইনা
চান্নবা হায়গে পাম্মুবা কৌগে
লাকপদি লাক্তে লাক্কদবোইদি নীংঙি
করিগী লাকপীদে হো চান্নবা হো পাম্মুবা ॥

খঙনরকঙৈ হায়হৌদবা অনীংবা
হৌজিকসু লৈরিবা থম্মোইনুংদা
পোখাদ্রবা হকচাংনা ঙাইহরি
পুন্সিবু মমল হাপপীরম্বা কনাবু ॥

*********

## (১২)

## অহিংগী অমম্বতনা অমম্বা নত্তে

অহিংগী অমম্বতনা অমম্বা নত্তে
মন্নি ঐগী তাইবং পুন্সিসু ॥

শক্লিবা ঈশৈ তাবদি তারি
য়ৌরকপদি লৈতে থম্মোই তাবূনুংদা
য়েংবদি য়েংলুই উবদি উদে
মন্নি ঐগী তাইবং পুন্সিসু ॥

অমম্বসি কোক্লবা অঙানবদু য়ৌরক্লবা
কখোকচৈ ঐনা ঐগী থম্মোই
শকখঙনরবী কনাগুম্বী অমদা ॥

লৌবীগদবনা লৌবীদে উবীগদবনা উবীদে
কনাবু ৱারৌনি কনাদা হায়জনি
অহিংগী অমম্বতনা অমম্বা নত্তে
মন্নি ঐগী তাইবং পুন্সিসু ॥

*********

(১৩)

## অহিংচুপপা পুস্ত্রি মপাল সিরিথক্তা

অহিংচুপপা পুস্ত্রি মপাল সিরিথক্তা
পোত্থারি নগুগী বাখল মরুমদা
পূর্ণিমাগী থাজনা থোক্লকপা য়েংঙি
অহিংগী থয়োনা কুপায়না শাংঙি ॥

হৌগংলো চান্নবী নগুবু তাদবরা
পৃক্লীং হুরবা থাবলগী ঈপোমদা
লৈচিনগী হিনাউ নৌয়েন পান্নদুনা
কোয়ন্নরসি নীংতম্না নুংশিবগী সাগরদা ॥

পাম্মুবগা পাম্মুবীগা চান্নবগা চান্নবীগা
চংমিন্নরি খুংশিন্ননা পঙ্গুং য়ৌনবা
নুংশি পঙ্গুং তান্নবা য়ৌমিন্নখিনি
হয়াও হয়াও মোমোন মীনোক্ত ॥

*********

# (১৪)

# অহিংসি লোইরনু পিরাংসি লেপ্পনু

অহিংসি লোইরনু পিরাংসি লেপ্পনু
করিগী অসুক নীংহল্লবনো
পুন্সি ইচেল্দসে লেপ্পবরা
নীংলিবসি করিনো পন্থুনা কদায়নো ??

উইশিল্লিবা মিংসি তুল্লিবরা
ঐ তুল্লিবরা হে ঐ তুল্লিবরা
অরাপপদে অমনা অমনা কৌবগুম
অনকপদা উনা উনা যাওবিবগুম ॥

অউরল্লনি নুংশি মঙলান অমদা
যাইফবী কনাদি যাইফবা কনাগা
অহিংসি লোইরনু পিরাংসি লেপ্পনু
মখোয় অনিগী মঙলানসু কায়রনু ॥

*********

# (১৫)

# অহিংসিগী কাংশি খোঞ্জেল

অহিংসিগী কাংশি খোঞ্জেল
য়ৌরক্কি ইনাক্তা ইদোমলিবা ঐগী
হো হো খৌগনবীদ্রবা নীংশিংবা
নঙসু করিগী য়ৌরকপনো ??

ইংলবা অহিংসিগী কাংশি খোঞ্জেলদা
লুপ্পুরি ঐনা ঐগী পূক্নীং
খেন্নুরি ঐনা ঐগী থম্মোই
নীংশিংলুরি হৌত্রবা খৌদোক্তো ॥

কাংশিনা খিংলকপগা খোক্লক্লিবা মানা
ফন্নরি পুত্রি মপান লৈকোন্দুদা
মাবু খৌরাংনা ঙাইহরিবা ঐসু
চঙশিল্লুরি মাগী মনাক নক্না ॥

ইকাই নুংশি য়ান্নরবী মায়খোঙনি
খোক্লিবা থাজগুম থাজরিবা থম্মোইনি
অনৌরবী খোঞ্জেলদা হায়খিবনি
চংমিন্নসি পুন্সি শঙ্কুং য়ৌনা ॥

**********

# (১৬)

## অহিংসিগী ফজবা য়েংমিন্নসি হায়না

অহিংসিগী ফজবা য়েংমিন্নসি হায়না
লাক্লম্মনি ঐ হৌদোকে খনদুনা
তুমখুন অনগ্রবী নঙবু
কাউজুমলোই পুক্নীং হনা ফজে ॥

থাজগী ইংলবা মঙাল
লৈচিলগী অওনবা ময়েক
মচু মচুগী অতিয়াগী পাউখোঙ
চন্নীংবনি নঙগা ঐগা ॥

বাঁসিগী খোল্লেল তাদবরা
ঐনা লাকপগী শউম ফংদবরা
নামিবনা পাউখাঙ য়ৌরক্তবরনে
হো নুংশিরবী হো চান্নথোইরবী ॥

*********

# (১৭)

# অহিংসিমসু পোত্থাফম খণ্ডলরোই

অহিংসিমসু পোত্থাফম খণ্ডলরোই
শক্লগনি ঈশৈ লেপপা লৈতনা
থাজগী মঙালদা থাবলগী ঈপোমদা
ঙসিগী অহিংসে লোইদ্রিফাওবা ॥

লাক্লদবোই নীংলুরে লাকখিদরে
ঙাইবদি লেপতে লাকপদি লাক্কে
কনানা কনাদা করি হায়খিবা
ইদোম ব্রাজখি ইদোম খাণ্ডজখি ॥

কান্নদরে খল্লনি অরেম্বা তারনি
নুংশিবা কুম্মৈদো মচু মচুগী
হাংলবা অতিয়াগী মহৌশাগী খূদোলদা
অদুঙৈগী নঙ ঐগী পুন্সিদা॥

*********

## (১৮)

# অহিংসিমসু পোত্থাফম থিররোই

অহিংসিমসু পোত্থাফম থিররোই
কনানো অমা লেপ্লিগুম মাঙদা
মুশি মুশিনা ব্রাহং কয়া হংলদুনা
মায়থোঙনা তাক্লদুনা পাউখুম্সু ঙাইরদুনা ॥

করম্বা ব্রাহৈনা পাউখুম্লি
ঐগী ব্রাহং কয়া কয়াদা
লোম্থোক্তবী ওইত্রবী মাঙোন্দা
লাক্লনুসু হায়রুদে পাউখুমসু পীরুদে ॥

লাকখিনি কুমজা কুমওন খুদিংগী
নিনি কোনবা লমতা থাশিগী
পিরাংতনা থুম্লবা অহিংসি
মায়থোঙনা তাক্লদুনা পাউখুম্সু ঙাইরদুনা ॥

**********

(১৯)

## আত্মানা চঙজরি ইবুংঙো নঙোন্দা

আত্মানা চঙজরি ইবুংঙো নঙোন্দা
পুক্লীংনা নোঙ্ঙরি পলেম পষ্টৌদা
সিনিকো সিনিদা নুংশিনা নুংশিবা
হৌরকফম লৈতবা পম্লুংফম খঙদবা ।।

তাউথনরি মঙলানগী ঈপাক তম্না
নঙসু ঐসু মাসু মঙলাননিকো মঙলান
সিদা সিদা সিদা লৈরে নুংশিবা
নক্লা নক্লা নঙগী নঙগী আত্মাদা ।।

হি হোল্লি মতমগী হিহোনবী ঐনা
পুন্সি ঈপাক লান্না পম্লুং য়ৌনবা
ৰাখলগী হিনাউনি পুন্সিগী নৌরেননি
চেম্থরি ঈচেলসু ঈপাক তম্না ।।

*********

(২০)

# আশাগী ময়োন কংশিল্লক্লে

আশাগী ময়োন কংশিল্লক্লে
কায়নবগী লম্বী উরক্লে ।।

পামজবা পম্পুং থৎলরে
পাক্লবা ঈপাক অমনা
আশাগী ময়োন কংশিল্লক্লে
কায়নবগী লম্বী উরক্লে ।।

করম্মা য়ৌগনি পম্পুংসে
চৎনীংদনা চৎলরে কায়নবগী লম্বীদা
য়েংনা য়েংনা তামহৌরে
নীংজনা পামজবা পম্পুং ।।

থম্মোইনা মতমগী ইচেলদা
হকচাংনা মীনোক মীশা মরক্তা
কনানা কনাবু বদনাম পীগনি
করম্না লানগনি ঈপাকসে ।।

**********

# (২১)

# আশাগী মৈরিনা মঙাল শান্নক্লবদা

আশাগী মৈরিনা মঙাল শান্নক্লবদা
মঙলানগুম মঙতাক্লনা ঐবু হিংখিসিরনে
আশাগী পম্বুংফম তাম্না উরক্লবদা
করিবু কান্নখিনি হিংলুবা হিংদগুম ॥

মরু মরা কংশিল্লক্লে আশাগী পামেল
কান্নররোই চায়রুবগী লাইজ পামেলখোঙদা
হিংনীংদরে ঐ নাইতোম তারনি
তাইবংসিদা অমম্বদা অমম্বা হাপলনি॥

লৈতাফম খঙদনা খল্লুরি ব্রাখলনা
মীমান্নদনা মী মরকসিদা ঐবু হিংখিসিরনে
মীনোক মীচৈনা থল্লবা তাইবংসিগী
মম্বদগী মম্লবা মোংলবা কাচিন অমদা ॥

*********

## (২২)

## আশানা নাওশুন্নি নুংশি নঙবু

আশানা নাওশুন্নি নুংশি নঙবু ॥

চেংলৌ শকখঙনরকঙৈ মিংস্না মিংচানরকঙৈ
লৈনামানবী মায়খোঙ তোয়না উরকঙৈ
পেন্নাইদবা পূক্নীংনা পেনজবা ফংলিঙৈ
আশানা নাওশুন্নি নুংশি নঙবু ॥

থাবলনা লৈতেংবা অহিং কয়াদা
লৈকোলদা শাখিবা বারী কয়ানা
থম্মোইগী লামায় খূদিং কনস্রবদা
আশানা নাওশুন্নি নুংশি নঙবু ॥

মিংস্না পিরাং লাইজনা খপত্রিঙৈ
নুংশি পেল্লবা থম্মোইনা লৈরিঙৈ
লেপচরি নকাদা ভিক্ষারী ওইনা
হো হো হাপপীরো নঙগী নুংশি ভিক্ষা ॥

*********

## (২৩)

## ইগনি ঐনা নঙগী ৱারী

ইগনি ঐনা নঙগী ৱারী
নিঙাইদনা চৎলিবা মতমগী খোঙচত্তা
লৈরাংতনা থল্লবা লৈকোলদা
ৱাশক পরৈ লোমগ্রবী হো চান্নবী ॥

যৌবনগী অরোইবা মিৎকূপতা
নুংগী মুর্ত্তিগুম লেংদবী হে অথোয়বী
পিরাংতনা থল্লবা ঈচেলদান্ন
তাউথহনগনি ঐনা নঙগী ৱারী ॥

হৌব্রবা পুন্সিবু নীংশিংজরগা
পিরোয়ননা চান্নবা কয়াবু ঙাইরিবী
লাঞ্জদ্রবী মখোয়গী মফমদা
তমগনি ঐনা নঙগী ৱারী ॥

*********

# (২৪)

## ইতা চান্নবী নঙনা চৎস্নবদি

ইতা চান্নবী নঙনা চৎস্নবদি
ওইহৌরনি মাদি পুন্সিগী অঙাওবা ॥

অহিংবা অশিবা অনিগী খেন্নবা
উররোই, খঙলরোই, ফাওররোই
ইতা চান্নবী নঙনা চৎস্নবদি
ওইহৌরনি মাদি পুন্সিগী অঙাওবা ॥

চৎখিনু শিরাং পুদুনা
লাইবককবা মাগী মবানয়াইদা
থনম্মু চিঙ্খদনা শিরাংদুদি
মাগী নীংশিং-মমি তাহৌনবা॥

খারৌ খাহে অমতসু থপ্পীরমগনু
নতারোই ওইবী ঐগী ইফমদা
হংলক্কনি তত্তনা নঙগী নপাউ
তমখিগে নুংঙাইনা হিংলি হায়না ॥

**********

## (২৫)

## ইমা নঙবু নুংশিবী

ইমা নঙবু নুংশিবী ইমা ইমা কৌজগে
কুমওন খুদিং লাংওন পুম্না ॥

ইমাগী চরৈফি অমনবা
থাবুম থাশিং লোয়নরি
কাউজদে থাজদে নচানা
ইমা নঙবু নুংশিবী ইমা ইমা কৌজগে॥

ইমাগী বরনা নচাগী পঙ্খুংনি
ইমা য়াওদবা পুন্সিবু পুন্সিরা
লাক্রো ঐখোয় খুদিং লাউরসি
জয় ইমাগী জয় পলেম ইমাগী জয় ॥

ইমাগী করি বাংলি
নচা ঐখোয়না খঙজে
ইমানা করি পামলি
নচা ঐখোয়না শিনগনি ॥

**********

## (২৬)

## ইংলবী মেরাগী থাবলদা

ইংলবী মেরাগী থাবলদা
নুংওন্নজে ঙসিগী চিক্লবা অহিংসে ॥

পঙ্খৌ য়াইফকোন্দা ইদোম লৈরিঙৈ
নুংশিনা চিক্লবা অহিং কয়া কয়া
চামথোকপিখি পূর্ণমাগী থাবলনা
হন্না হন্না মক্লবী নুরাগী পৃক্লীংবু ॥

শামিন অমা লাকখি লৈকোন্দা
মালংবনা পুরকপা কুন্দো লৈনমদা
লুপ্লিঙৈ ঐনা ঐগী পৃক্লীং লৈনমদা
লাক্লবোহ নীংলুরে ঙাইজরিবা কনাবু ॥

হে থোক্লিবী মেরাগী থাবল
হে শাৎলিবী কুন্দো লৈনমপুবী
য়েল্লুরো মালেম পুম্বা শিন্থুংনা
থাবল মশেক্লা লৈরাং লৈনম্না ॥

**********

(২৭)

## ঈকায়থীবী মপোকনি কাউরবরা

ঈকায়থীবী মপোকনি কাউরবরা
ঋাকৎ হৈতবীনি খঙদবরা
ননাক্তা লাকচৈ করিগী য়েংবীদে
শকচবা ঈশৈ করিগী তাবীদে ।।

পামজনা কেজবা নহাক্না য়েংবীনবা
করিগী য়েংবীদে করিগী খোয়দাবীদে
ঈকায়থীবী মপোকনি কাউরবরা
ঋাকৎ হৈতবীনি খঙদবরা ??

হংজনীংবা ঋাহং হংঙমদনা তোকচৈ
হায়জনীংবা ঋাকৎ হায়ঙমদনা লৈজে
করিগী হংলক্তে পামজবা ঋাহং
পাউখুমজগে ঙাইহিরিবা নঙগী নফমদা ।।

নাপগী লৈরাং নঙগীদমক থেৎচবনি
নুজা মপোক নঙগী ওইদবরা
লাইবক্কী শিন্দুর নঙগীদমক নমজবনি
নুজা পুন্সি নঙোন্দা কৎথোক্তবরা ??

**********

(২৮)

# ঈকাইথীবী মায়থোঙবু কুপ্লিবী

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঈকাইথীবী মায়থোঙবু কুপ্লিবী
অমুবা শন্নাংসে হাংদোক্লগে
নৌদা নৌবী তনৌবী মায়থোঙসে পেন্না থোইনা য়েংহৌরগে ।

মায় মায় ঙমজরোই ঈকাইখঙদবা নঙগী মিংশ্নাদো
মিংচানজবা ঙমজরোই, ঙমজরোই মায় মায় ঙমজরোই ॥

ঈকাইথীবী মায়থোঙবু কুপ্লিবী
অমুবা শন্নাংসে হাংদোক্লগে
নৌদা নৌবী তনৌবী মায়থোঙসে পেন্না থোইনা য়েংহৌরগে ।

তৌবিনু তৌবিনু অদুম্না তৌবিনু
লমহেন্নবী শন্নাংগী মরাল নত্তে
শন্নাং মাদি থোইবী মাগী সেনুনি
থোইবী নিঙাই থেমঙমদ্রগা সেনুদা মরাল শিবিনু ॥

সনা লুপা হিরা মনিমুক্তা থোনবীনি
নঙসু ঐগী ওইনি ॥
ঈকাইথীবী মায়থোঙবু কুপ্লিবী
অমুবা শন্নাংসে হাংদোক্লগে
নৌদা নৌবী তনৌবী মায়থোঙসে পেন্না থোইনা য়েংহৌরগে ।

**********

# (২৯)

## ঈচেল অসি লেপ্পমগনি

ঈচেল অসি লেপ্পমগনি
নঙগী ঐগী মরক্তা লৈরিবা
ঈচেল অসি লেপ্পমগনি ॥

নঙবু খঙনীংবগী অপাম্বা লৈরমদ্রবা
নঙগী পুক্নীংগী চিংনবা লৈরমদ্রবা
নঙগী ঐগী মরক্তা লৈরিবা
ঈচেল অসি লেপ্পমগনি ॥

থোংলবী লৈনানা নঙগী শক্তম ওইরসি
পাম্লিবা তিঙ্খংনা ঐগী শক্তম লৌরসি
করিনো কদায়নো করিনো কদায়নো
নঙনা চিংনরিবা ঐনা খঙনীংলিবা ??

অওইবদু ওইদ্রবোই নীংনরি
অচুম্বদু চুমদ্রবোই খন্নরি
নঙগা ঐগা লম্বীসিবু পুম্লিরা
করিনো কদায়নো করিনো কদায়নো ??

*********

## (৩০)

## ঈথক ঈপোম হৌরেহৈ

ঈথক ঈপোম হৌরেহৈ
ঐগী নুংশিগী ঈচেলসে
ঈরৈ কয়া থোক্লি
ঈথৈ কয়া লাক্লি ॥

ঈরৈসু ঈথৈসু তিনখিনি ঈচেলদা
ঈথক ঈপোম হৌরেহৈ
ঐগী নুংশিগী ঈচেলসে
ঈরৈ কয়া থোক্লি ঈথৈ কয়া লাক্লি ॥

য়ৌরনি নুংশি ঈচেলনা নুংশি পম্বুং
তিল্লনি পাক্লবা নুংশি ঈপাক্তা
অসিনি নুংশিবা অসিনি পম্বুং
খুংশম্লনা চৎলিয়ে ঈচেলগা পম্বুংগা ॥

কায়দোংফম পুল্লিনে নঙগী ঐগী পুন্সি
হোম্বুরি পুন্সি হিনাও অমদা
লাক্লে য়ৌরক্লে নঙগী ঐগী নুংশিবা
খুংশম্লনা চৎলিয়ে ঈচেলগা পম্বুংগা ॥

**********

# (৩১)

## ঈশৈ কয়া ইখিনি

ঈশৈ কয়া ইখিনি ঈশৈ কয়া শকখিনি
নুংশিবগী লম্বী ফংদ্রিফাওবা ॥

ঈশৈগী মরোলনি সুরগী মথেলনি
ঈশৈ কয়া ইখিনি ঈশৈ কয়া শকখিনি
নুংশিবগী লম্বী ফংদ্রিফাওবা ॥

অহিংসিমসু হৌখ্রনি ঈশৈ ইনা ইনা
পম্বুংফমসু উদে পল্লেপফমসু লৈতাদে
নুংশি ঈচেল্দা উখিদরে কনাবু
পুন্সি ঈপাকসিদা লম্মুক্লখরে ॥

নুংশিবদা অচুম অরান খায়বরা
তত্তনা খিরি নুংশিববু ফংনবা
ফংবসু ফংদে উবসু উদে
ঈশৈ কয়া ইখিনি ঈশৈ কয়া শকখিনি
নুংশিবগী লম্বী ফংদ্রিফাওবা ॥

**********

# (৩২)

## ঈশৈ কয়া শকখি

ঈশৈ কয়া শকখি
তাহল্লীংবা কনাবু কৌরদুনা ॥

মতমদো অমুক হল্লা লাক্করোই
পুর্ণিমাগী থাবলদা লৈকোলগী লৈনমদা
শকখিবা ঈশৈ শৈহৎক্লবা সুরদা ॥

মিংলুগী পিরাং শিক্স্রীবী
কথোক্লবী থম্মোই অমদি
লুপলি মিংকৃপসিসু কাউগুমদনা
শক্লিবা ঐগী ঈশৈদা ॥

ফংলরোই নুংশিবা লাংচবদা মগাই
ফংলরোই পামজবা কপচবদা মগাই
লেপলরোই লেপপদি শক্লিবা ঈশৈ
তানীংবা থম্মোইনা তাদুনা লৈরিঙৈ ॥

**********

# (৩৩)

## উখিদবা কুইরেদা করম্না হিংলিগবা

উখিদবা কুইরেদা করম্না হিংলিগবা
মথায় থায়নগী মোমোন মায়থোঙদো
মঙলানদসু লাক্কে তাইবংদসু উদে
পকচরোইদা পিরাংগী পিরম ওইখিবদি ॥

ঐগী থম্মোইবু তত্তনা থেমখিবা
হো মিৎম্না থম্বাল খোয়দাবী
উরেনে লৈরেনে মিৎম্নামাঙদা
মিৎফম হোংদনা মিৎয়েং কায়দনা ॥

শাইনোন শম্লাং শউমদা নিঙোলগী
তত্তনা ঙাওজখিবা পাখঙ পুন্সিনি
অরেম্বনি হায়ররোই অবাবনি উৎলরোই
বিদায়না পম্বুং ওইখিবা নুংশিবা ॥

*********

## (৩৪)

## উচেক নঙসু লৈরাং নঙসু

উচেক নঙসু লৈরাং নঙসু
তুমিন তুমিন লৈরিবা করিগীনো
নুংশিবা কৌখিবরা নখোয়না
নুংশিবা নীংশিংবগীরা ঐনা ॥

ঐনা করি হায়খিবা ঐনা করিদা লানখিবা
মহাক্না করি খুমখিবা মহাক্না করিদা য়ারৌখিবা
ঙম্লমক নুংশিবগী কুম্মেনি পাউখোঙনি
হায়খিবা খুমখিবসে নুংশিবা নত্তরা ॥

পরপ পরপ মতৌ ইমান মান্দনা
লাক্লমবনি মনাক্তা মতৌবু য়েংজনীদুনা
নুংশিবা নত্তে মরুপনি মহাক্তি
মিংকৃপসিগী নুমিৎসিগী মপোকসিগী ॥

**********

## (৩৫)

# উজনীংবী মায়থোঙদো উদবা কুইরেদা

উজনীংবী মায়থোঙদো উদবা কুইরেদা
কদায়দা করিগী চংলবনো নঙবু ॥

পম্বৌ লৈকোননুং লৈরাং লৈথোঙদৈ
মিংম্না থম্বালনা মুনা য়েংলকপা
পম্বৌ খরাই থোঙ্গাল ঝাংমদা
গুইজরিবা পাখঙ মিংম্নাবু য়ৌরকখিবা ॥

পুন্সিগী পুন্সি লৈপুন ফংলদুনা
য়ুম্নাক শাগৈ অমদা হোংখ্রবরা
নুংশিরবা নপাউখোলবু তাদনা
নীংজমনবু অরেম্বদা তারদরা ॥

পলেম পম্বৌ শঙ্গাইনুং
নিঙোল কাদা লোৎলিবরা
অপোকপী পলেম ইমাগী
ইপাম লমদমদা লৈপ্রবরা ॥

**********

## (৩৬)

# উনসি লাকউ মঙলান্দা

উনসি লাকউ মঙলান্দা
ফনেক খোয়খা শেৎলদুনা
নাপ লৈরাং হাইর হুন্নদুনা
নিঙোল শন্নাং থাদোক্লদুনা ॥

অদুঙৈগী বারী লোইশিন্দনা কায়নখিবা
শান্নহৌসি ঙসিগী তাংলবা মঙলান্দা
মায়থোঙবু কুপ্লিবা পারবা ইন্নফিবু
হাইদোক্লুনা ইখুৎসিনা নখুৎপু মুন্নদুনা ॥

ফম্মিন্নসি পুম্রি মপানগী লৈকোন্দা
অদুঙৈগুম নোকমিন্নসি অদুঙৈগুম ওইনরকউ
থাজগী মঙালদা মায়থোঙগী ফজবা
য়েংজহৌনি খোয়দানা নানজহৌনি পাম্মুনা ॥

নাপগী লৈরাং লৌহৌগে
নুজা শন্নাং চিংহৌগে
অয়ো ফাউনা লৈজহৌগে
নুজা নাপ ঙসিগী মঙলানসিদা ॥

**********

# (৩৭)

# উরন্মী ঙসিদি পুন্সিগী মঙলানদা

উরন্মী ঙসিদি পুন্সিগী মঙলানদা
ফনেক ফিগোন ফিরেপতা ইন্নফিগা
মহৌশাগুম কৌরক্তে মহৌশাগুম য়েংলক্তে
মতমদুগী ইংলবী মায়থোঙ হোংলমদরি ॥

পুন্সি ঋাশক ঋাহে ঋাংমা লান্না
নোংমতা ওইহ্রবসু উজগে খঞ্জবা
করি পাউজেলবু পুদুনা লেপ্লবনো
করিবু নীংশিংদুনা লাকপনো মঙলানদা ॥

উখিদরে নঙগী মতমদুগী মিংয়েং
মিংফম হোংদবী মিংচানবী মিংয়েং
লাক্কনুকো মঙলান নত্তনা তাইবংদদি
কাউনগুমসি ঋাশক লৈইনা খল্লিবনি ॥

**********

## (৩৮)

# উহনবীরি করিগী নহাক্লা তত্তনা

উহনবীরি করিগী নহাক্লা তত্তনা
পিরাং পিরোয়নররী মায়খোঙবু ॥

নীংঙমদ পিরাংগী চৈথেং য়ৌরবী
যৌবন পুল্সিগী লমন তোল্লবী
নহাক্কী মোমোন মীনোক অমত্তং
উজনীংবা ঐবু অরোইবা ওইনা ॥

তপ্লা ইংলবা ঈচেলদা শান্নজে
নীংশিংহল্লি করিগী নহাক্লা তত্তনা
ঈচেলদুদা তিনখ্রবা থৌদোকপু
অচিকপা নৈকোন্দা পোত্থাজে ॥

নুংশি থৌদোক থৌগনবী
চীংয়া'ই নাপোম নিংথিবী
শিন্থহল্লি করিগী নহাক্লা তত্তনা
মিংলু'ই পিরাংসে নীংশিংলগা থৌদোক্তো ॥

**********

# (৩৯)

## ঐখোয় অনি নুংশিনৈ

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঐখোয় অনি নুংশিনৈ
ঐখোয় অনি চৎমিন্নৈ ।।
ঐনা নঙবু খোয়দাজেনে ।।
ঐবু নঙনা পাম্মুজেনে ।।
নামিবনা য়ারি লৈরাংনসু হায়রি
নঙগা ঐগা নুংশিনৌ নঙগা ঐগা চৎমিন্নৌ ।।
খোয়দামিন্নবা কনা লৈরমগনি
নঙ-ঐগুম মতম পুম্বদা ।।
ঙসিসু চৎমিন্নৈ হয়েংসু চৎমিন্ননি
চৎমিন্নগনি পুন্সি পচ্চুং য়ৌদ্রিফাওবা ।।
লৈশাং তপ্লিবা লৈরাংশিংনা
মূনা মূনা য়েংলি নঙ-ঐগী ইতৌসিদা ।।
লৈহি চুপ্লিবা খোইমুশিংনা
মোমোন মোমোন নোক্লি নঙ-ঐগী ইতৌসিদা ।।

**********

# (৪০)

## ঐগী অরোইবা মিংকৃপতা

ঐগী অরোইবা মিংকৃপতা
নহাকপুদি শোয়দনা নীংশিংগনি
মসিমদি হায়রম্লনি থৌনা ফনা
ঙসিগী ঐনা মিংকৃপসিগী নঙোন্দা ।।

অমুকসু উরি অমুকসু মাঙখি
মোমোনসু নোক্লি ঈকায়রদুনা লুকথরি
হায়নীংগুম উরি হায়ররোই লেপ্লি
লাপ্লা লাপ্লা মমি শামি উরি ।।

ময়ি চংলবা পুন্সিগী বারীনি
মমি শেংদ্রবা থবায়গী বাকৎনি
মুশি মুশিরবা শক্লোন অমনি
সুর য়াউদ্রবা ঈশৈগী তাম্বানি ।।

*********

# (৪১)

## ঐগী আশাগী তেলঙ্গা

ঐগী আশাগী তেলঙ্গা
ননীং তম্না পাইয়ুকো
নোংমদোন খেৎনা ঝাংনা
থম্মোইগী হাংলবা অতিয়াদা ॥

কয়াদা হরাউজরিখবা থম্মোইনা
কয়াদা খোয়দাজখিবা পূক্নীংনা
য়েংজখিবা মিৎমা পেন্না
নোকচখিবা মায়থোঙ চোন্না ॥

ওহ্নোক্লা নিংখিরেদা তেলঙ্গা
লংলা তত্তুনা মাঙখিনুকো
লংজীন খঙদনা পাইথোকখিনি
অমুকসু হল্লকউ চিংলগে লংলা ॥

**********

# (৪২)

## ঐগী ঈশৈদা নঙগী ৱারী য়াওরি

ঐগী ঈশৈদা নঙগী ৱারী য়াওরি
নঙগী ৱারীদা ঐগী পূক্লীং লুপ্লি ॥

অরোনবা শক্লোনগী লৈচিননা খুমস্রবা
পুর্ণিমাগী থাজবু ঙাইনা শক্লিবা
ঐগী ঈশৈদা নঙগী ৱারী য়াওরি
নঙগী ৱারীদা ঐগী পূক্লীং লুপ্লি ॥

হো নারক্কী শিঙেলও ঈকায়চাউবী
নঙগী পামজবা সূরদা শকখিবা
ঐগী ঈশৈদা নঙগী ৱারী য়াওরি
নঙগী ৱারীদা ঐগী পূক্লীং লুপ্লি ॥

করম্বা শিঙেলগী অওনবা পূক্লীংনো
লৈকা ফন্না লৈশাং তম্লিবা
মীনোক চঙলবা লৈকোলসিদা
থাদোক্লদুনা নারক্কী খোঙলোয়বু ॥

*********

## (৪৩)

# ঐগী ঈশৈনা তাক্লি

ঐগী ঈশৈনা তাক্লি
ঐ নুংঙাইবি ঐ হবাউরি ।।

তুমিন তুমিন ইথন্তা নোকচবা
অউবনা ঙাওবেদি হায়রিনি
ঐগী নুংঙাইবা নঙনা য়ৌবোই
নঙসু য়ৌরোই হো নঙসু নঙসু ।।

মৈচাক করিনো খঙদে
কায়নবগী অৱাবা ফাওদে
নীংঙমদবা কনাগী নুংদা লৈবনো
অৱাবা করিনো তাক্লম্মু খঙলগদি ।।

ঐ করিনোমা তৌরেদা
নুংঙাইবদা নুংঙাইবগী নুংঙাইবা
ফজবদা ফজবগী ফজবা
নুংশিবদা নুংশিবগী নুংশিবা ।।

*********

(৪৪)

# ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ

ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ
মশাকসু চান্নবী মমিংসু চান্নবী
য়াবা খোঙ্জেলদি তাখিদরে
ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ ॥

নোকমি নোকমিনা ঐবু য়েংলি
অশংবা কিজোলনা ঐবু পুম্লি
খাদোকপিনু হায়রি থম্মোইদা থম্নি
ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ ॥

য়াবা খোঙ্জেলদি তাখিদরে
সূন্না থল্লবা মিন্নবা খোঙ্জেল
য়ৌরককিদরে মালংনসু পুরককিদরে
য়াবা খোঙ্জেলদি তাখিদরে ॥

মরক মরক্তা মমি শামি ওইনা
উহল্লিবা শক্তমসে চান্নবী মাগীনি
ঐগী চান্নবী থম্মোইদা লৈ
মশাকসু চান্নবী মমিংসু চান্নবী ॥

**********

# (৪৫)

# ঐগী তাইবংনা হংলি

ঐগী তাইবংনা হংলি
কদোমদনো খোঙথাং কদোমদনো পুন্সি
ঐগী মঙলাননা হংলি
লাকখিদরা নুংশিবা য়ৌরকখিদরা পম্বুং ??

য়ৌররোই হায়রি নুংশিবী মানা
য়ৌখিনি হায়রি নুংশিরব্বা অমনা
লাক্লরোই হায়রি তাইবংনা খুন্নাইনা
লাকখিনি হায়রি মঙলাননা নীংজমননা ।।

চংলি পুন্সি অসি অসুম চংলি
পুর পুরদুনা পুনীংবা মায়কৈদা
মতমগী ঈচেল্লনা নুংশি ঈচেল্লবু
পুর পুরদুনা পুনীংবা মায়কৈদা ।।

ঈচেল্লদা ঈচেল য়াওরি
কদায়দা থুংলুনি ঈশাক্তুগী কদায়দা
খুমফম খঙদে তাইবংনা
লেপলি অমদি মঙলাননা ।।

**********

(৪৬)

## ঐগী থম্মোয়না কপলিবসে

ঐগী থম্মোয়না কপলিবসে
নঙগী থম্মোয়দা ফাওদবরা ॥

পুশি'সিমা লেল্লদরা পিরাংলক্তা
পুক্লীংসে পোত্থাকম থিররোইদ্রা
ঐগী থম্মোয়না কপলিবসে
নঙগী থম্মোয়দা ফাওদবরা ॥

থাজগনবী থম্মোয় লৈঙমদরে
থাবুম কয়া লাকপিদবনা ইনাক্তা
লৈকোলদা চংলুই শোত্থরি পুক্লীং
তোবর্বানদা ফমলুই শিত্থরি পিরাং ॥

হাংনা পাইহিবা উরোক পরেংনা
শেমলিয়ে অতিয়াদা থোং অমা
নুংশি কায়ন-ঈচেল লান্নবরা
নুজা ওইহীগী ইতৌদা লক্লরিবরা ॥

**********

## (৪৭)

# ঐগী থম্মোইদা তারি

ঐগী থম্মোইদা তারি
নুজা নঙগী নুংশি মুর্ত্তি ॥

নিঙোলগী নুংশি-মায়থোঙ
মিংকৃপ কাঙদনা উররি
ঐগী থম্মোই লৈকোলদা
ঐগী পৃক্লীং ঈপোমদা ॥

মোমোন্নবী মায়থোঙনা য়েংলরি
পাখঙ থম্মোইনা কাউঙমদরি
নহাক্কী মোমোন মীনোক্তা
ঐহাক্কী মীনোকসু তিল্লরি ॥

মিংচানরুবা মিংস্নানা মিংস্নাদা
থম্মোই থম্মোইদা পাল্লরি
ঐগী থম্মোইদা তারি
নুজা নঙগী নুংশি মুর্ত্তি ॥

**********

# (৪৮)

## ঐগী থম্মোইনা হায়রি

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঐগী থম্মোইনা হায়রি নঙনা ঐবু নুংশি ॥
নুংশিবগী অরোনবা মিৎয়েং মান্নদে অমগা অমগা

নঙগী মীনোক্কুদা খঙঙি নঙনা ঐবু নুংশি ॥
ঐগী থম্মোইনা হায়রি নঙনা ঐবু নুংশি ॥

পামজবা শক্লোননি নুংশিবা মায়থোঙনি
লোৎপা য়াদে মদোম উৎচরি
নঙগী মীনোক্কুদা খঙঙি নঙনা ঐবু নুংশি ॥

ঐগী থম্মোইনা হায়রি নঙনা ঐবু নুংশি ॥
অহাংবা মালংদসু উরকই নঙগী নুংশিবা মায়থোঙ

ঐগী থম্মোইনা হায়রি নঙনা ঐবু নুংশি
অচিকপা চীংয়াদসু য়ৌরকই নঙগী থুম্ল-খোঞ্জেল ॥

য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা নুংশিবী নঙনা লেপ্লম্মী ॥
চিক্ল-চিক্লবা মফমদা নুংশিবা নঙনা ঙাইরম্মী ॥

*********

(৪৯)

## ঐগী থবায়না লেপলি

ঐগী থবায়না লেপলি
নুংশিবা সুরগী ঈপোমদা
চান্নবী নঙবু ঙাইনা ঙাইনা ॥

ঙাইবদি লেপলোই লাক্লবসু নঙনা
শোঙ্গবসু তোক্লোই তাদ্রবসু নঙনা
মৈচাক মুৎলরোই মৈবায়রক্লিবা থম্মোইদা ॥

অরোইবা উনখিবা চিক্লবা অহিংগী
মচু মচুনা লৈতেংবা ফিজোন্দা
নঙগী মায়থোঙনা কয়াদা খোয়দাজখিবা ॥

কাউররোই নীংশিংদুনতা লৈরনি
উররোই খোয়দাজবা চেংলৌসু
ওইররোই মঙজখিবা লৈপুনসু ॥

*********

# (৫০)

# ঐগী নুংশিবা নঙোন্দা ওইখিদরে

ঐগী নুংশিবা নঙোন্দা ওইখিদরে
ঐগী চান্নবা নহাক নংখিদরে
হায়জরি তোল্লবী লৈরাংগী মপোক ওইরবীনা
থদংপীরনু লৈরাং লৈকাদি পামজরবসু ॥

থম্মোইনা লেপপীরবা পূক্নীংনা য়াবীরবা
শাংচগে লৈরাং লৈকা পাননা
নীংজ মপোক লাংওন অমদা
নঙগী ওইবা নুংশিবা লৈকোলদা ॥

কখোক্লুবা কৌবনা মপোক অসিদি
নুংশি চান্না মাঞ্জ কনাদা
ঙল্লোই চঙজবা নঙগী নুংশি নকাদা
য়াররোই লুপচবা নঙগী নুংশি ঈপাক্তা ॥

*********

(৫১)

# ঐগী নুংশিবা লৈতে

ঐগী নুংশিবা লৈতে
মায়ানি তাৎনি মীনম্বনি ।।

উবা ফংদবা  কল্লবা শক্তি অমনা
নহাকপু ওন্নীংবা অমা ওলহনম্রবসু
ওনম্রবী নহাকসে হান্নগী নহাক্লি খন্না
নুংশিখিগনি অদুঙৈগী নহাক্তু ওইনা ।।

নহাকপু নুংশিদনবা হোৎনরবসু
নহাক্লি তশেংনা খঙলবদি
ওনম্রবী নহাকসে হান্নগী নহাক্লি খন্না
নুংশিখিগনি অদুঙৈগী নহাক্তু ওইনা ।।

অসিবু নীংজনা নঙোন্দা উহনদ্রবা
হায়জরবনি ঐনা নঙোন্দা হ্মাহৈসে
ঐগী নুংশিবা লৈতে
মায়ানি তাৎনি মীনম্বনি ।।

*********

(৫২)

## ঐগী পুন্সি নুংশিবদা ঙাওজবীনি

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঐগী পুন্সি নুংশিবদা ঙাওজবীনি
ঐগী পূক্লীং নুংশিবদা লুপচবীনি ॥

ঐগী পুন্সি নুংশিবদা ঙাওজবনি
ঐগী পূক্লীং নুংশিবদা লুপচবনি ॥

নুংশিবা লৈবিযু ইনাক্তা লেঙদনা পুন্সিগী
লেঙদবা কিশি কিজগে থম্মোইদা ॥

নুংশিবী চংখিনু লাপ্না ইনাক্তগী
নঙগী শক্তম লাংচগে থম্মোইদা ॥

শাংনীংদনা শাংগী লৈরাং ওইজরোই
ঙংবিযু নাক্তা লেঙদনা পুন্সিগী ॥

ঙংনীংদনা ঙংবা খোইমু ওইজরোই
শাংশিযু ঙংজগে ননাক্তা লেংদনা পুন্সিগী ॥

(পুন্না)নুংশি পম্বুং তামইকো
নুংশি ঈপাক লাম্দুনা
পম্বুং য়ৌসি খুংশম্লনা ॥

**********

# (৫৩)

## ঐগী পুন্সি ৱারী

ঐগী পুন্সি ৱারী ঐগী নুংশি ৱারী
নীংজ নীংজনা খঞ্জ খঞ্জনা
খঙহৌদে লোইদাম থাবুম হৌখিবা ॥

কাংথোকপদি ঙমজদ নীংজবসু হোংজদ
অসুম অসুম হৌখিবা পুন্সিনা
কনাদসু ৱারৌররোই ইদোম ৱাজরনি
ঐগী পুন্সি ৱারী ঐগী নুংশি ৱারী ॥

চৎলিবা পৃথিবী ওল্লক্লিবা মালেম
অহোংবা লৈতে ঐঙোন্দা
থাজগা কোরৌগা পূর্ণিমাগা থাশিগা
অহোংবা লৈতে ঐঙোন্দা ॥

শাইনোন শন্নাং চাইখিদ্রবী
ফনেক খোয়খা শেৎখিদ্রবী
নাপ লৈরাং থেৎখিদ্রবী
মাবুদি হোংইনে ঐগী তাইবংনা ॥

**********

## (৫৪)

# ঐগী মাঙদা নঙনা লেপলি

ঐগী মাঙদা নঙনা লেপলি
কাউরুরবী মায়থোঙনা মকা লান্নি ।।

ঙসি অসি পুন্সি অসিদা
নুংঙাইবদগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি
কাউরুরবী মায়থোঙনা মকা লান্নি ।।

কুমজা থৃৎথেক কাউখরে
নিঙোল পুন্সি নীংশিংদবা
অদুঙৈ ইখৃৎনা য়েকচখিবা
নিঙোল নঙগী শক্তম শোকখিদবা ।।

মশেক মঙাল করিমতা তাখিদ্রবা
নিনি পানবা থাজগী অহিং অমদা
নৎতরা পিরাংলক্তা অরোইবা উনখিবা
পাউখুমদি পীরম্মুকো উনরিঙৈ অসিদা।।

*********

# (৫৫)

# ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে

ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে ।।

মাঙদা করি লৈরি
তুংদা করি তৌরি
উবা খঙবা ঙমদরে
ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে ।।

পৃক্লীংগী পামজরবা তুরি পায়দুনা
থম্মোইদা য়েক্লিবা নুংশি শক্তম
মমি শামলে মশক মচু থোক্তরে
অমুবা ফিরাংজিনা কৃপখরে ।।

পায়ররোই তুরি চিংলরোই ময়ি
মৃৎলো মাঙখরো নুংশি শক্তম
লাৎলিবা থম্মোই তাবুনূংদা
ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে ।।

শিম্থুরিবা পিরাং লেপপা লৈরনু
মৃৎখরো নুংশি শক্তম
পুন্সি নঙনা লৈরিবমখৈ
ঐগী ৱাখল মমশিল্লক্লে ।।

*********

# (৫৬)

## ঐগীনি খল্লিবা নঙবু

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঐগীনি খল্লিবা নঙবু
কখোল্লুবনি হায়য়ু ঐঙোন্দা
পুন্সি চুপপা থব্রায়সু হকচাংসু ॥

নঙগী ওইজরো হায়রি
ঐগী থম্মোইনা নঙগী থম্মোইদা
পুন্সি চুপপা থব্রায়সু হকচাংসু ॥

লৈমন চনখিনি কিজবনা
শোকচগে খঞ্জদে ঙাকচনি তিংখংদৈ
কোরৌ মশেক মমখিনু শাৎচবা ঙমজরোই নুমিৎলৈনা ॥

মঙলান কয়ানি নুংশিগী ব্রাখলদা
নঙতবু মউই নঙতনা কৌরি ॥

নুংশি নুংশি য়েংনসি পাম্মু পাম্মু মিৎচানসি
চুংশিন্নখিবা মিৎস্না থানরোইসি ॥

*********

(৫৭)

## ঐনা ঈপাক্লি

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঐনা ঈপাক্লি নঙনা ঈখৌ লাংজবীনি ॥
ঐনা ঈচেলনি নঙনা ঙাক্লিবা তোবর্বান্নি ॥

ঐনা মৈরিনি নঙনা মৈচাক হাপচবীনি ॥
ঐনা থাজনি নঙনা মঙালদা ঙাউজবনি ॥

ঐনা কোরৌনি নঙনা মৈশা খাঙজবীনি ॥
ঐনা লৈরাংনি নঙনা লৈশক্তা শৈদাজবনি ॥

হো পুন্সিসে বসন্তনি
নঙসু ঐসু বসন্তনি
নুংশিবগী শায়োন্নি - থাদোক্নোইনে নুংশিবা ॥

লৈকোল খূদিং য়ৌরুনি
লৈরাং ওইনা শাৎচনি
লৈনম ফংজবা ওইরুনি ॥

*********

# (৫৮)

## ঐনা ঐবু নুংশিজৈ

ঐনা ঐবু নুংশিজৈ
নঙসু নঙবু নুংশিঘ্নু
মাসু মাবু নুংশিসনু ।।

নুংশিবা অমগী অব্বাবা
নুংশিবা অমগী নুংঙাইবা
নুংশিবা নঙতনা খঙবনি ।।

নুংশিবা
উঙমদবী তাঙমদবী শোকঙমদবী
নঙবু শোঙ্জৈ তত্তনা
নঙবু নীংজৈ লোননা ।।

শোঙ্জবা নত্তনা ফংঙমদে
নীংজবা নত্তনা উঙমদে
নঙবু নুংশিবা নঙবু ।।

**********

# (৫৯)

# ঐনা করমনা লেললি

ঐনা করমনা লেললি
অসিমতংদি খঙবীয়ুকো ॥

পোলোই ফিজোল শেৎলদুনা
অঙৌবা কুন্দো পরেং থোল্লদুনা
চৎশ্রবদা চান্নবীনা বিদায়গী লম্বীদা
ঐনা করমনা লেললি অসিমতংদি খঙবীয়ুকো ॥

নীংশিংবা নঙনা নোকহল্লি মতম অমদা
ঙসিদি ওইহল্লে ঈকায়খঙদবা কপচেৎপা
চান্নবীগী শৈশক্তা লুপচখিবা থম্মোই
ঙসিদি কায়হল্লে থম্মোই নীংশিং সূরনা ॥

নুজাই ঈকায় নুংশি মতৌগা
পাখঙ থোয়চং শাজং মতৌগা
চাংদমনরকঙৈ অদুঙৈ চাংদমনরকঙৈ
কয়াদা পেঞ্জখিবা কয়াদা হুরাউজখিবা ॥

**********

# (৬০)

## ঐনা করি হায়খিদুনা

(পুন্না শকমিন্নবা)

ঐনা করি হায়খিদুনা নঙগী করম্বা লিচিঙনা
পুবিরিনো ঐবু ননাক্তা থবায়সু হকচাংসু মীরেলসু ॥

ঐনা করি হায়রদুনা নঙগী করম্বা লিচিংনা
পুবিরিনো ঐবু ননাক্তা থবায়সু হকচাংসু মীরেলসু ॥

থাজগী থাবল থবানচাগী মিৎচি পামজৈ হায়রি থম্মোইনা ॥
থাজনা নঙনি ওইজগে থাবল ॥

থাবলনা নঙনি ওইজগে থাজ ॥
থাজগী থাবল লৈরমদ্রবা থাজগী ফজবা উররোই ॥

য়েংখি য়েংখিবদা নঙবু ঐবু শুন্নিবা থাজনি থাবলনি
থানরোই থানরোই থাজগা থাবলগা ॥

চৎসি চৎসি পুন্না চৎসি লৈরমনি মফম অমদি
ঐনিনে নুংশিবা হায়রদুনা মিৎম্না মিৎয়েং থলহল্লদুনা
পামজবা মচুগী মশক অমনা ॥

*********

## (৬১)

# ঐনা নঙবু নুংশিবা

(পূন্না শকমিন্নবা)

ঐনা নঙবু নুংশিবা নঙনা ঐবু নুংশিবা
হো নুংশিবা অনিগী নুংশিবা
চাংদম্নবা তারবা ঐনা হেনগনি ।।

ঐনা হেনগনি ।।
ঐনা হেনগনি ।।

ঐনা নঙবু নুংশিবা নঙনা ঐবু নুংশিবা
হো নুংশিবা অনিগী নুংশিবা
চাংদম্নবা তারবা ঐনা হেনগনি ।।

নঙোনদা করিদা লানখিবা
করমবা মিংকৃপতা নঙনা হায়বা ইনখিদবা
হো হায়য়ুনে হায়য়ুনে হায়য়ুনে ।।

তৌশিন্নবা নতাং অমা
নঙগী থম্মোইদা লৈরিবা খঙঙিনে
হো খঙঙি খঙঙি খঙঙি ।।

*********

# (৬২)

## ঐনা মৈরিনি নঙনা উরিনি

(অহুম পূন্না শকমিন্নবা)

ঐনা মৈরিনি নঙনা উরিনি ॥

মানা উপালনি
উরিনা য়েৎচনীংখি উপালদা উপালনা মরুপ ওইখি মৈরিগা
মৈরিনা পামখি ঙাকচবা উরিবু ॥

পুন্সিগী থৌদোক অমদা মৈরিনা হায়খি উপালদা
উরিবু ঙাকচগে উরিবু থাগোন্নজগে ॥

খঙই উপালসু উরিগী আশা লেঙদ্রবা ৱাশক্লি উপালগীদি
কনাবুসু খঙহন্দ থম্মোইন্নুংদা উরিবু য়েৎহঞ্জবা, মৈরিবু মৈচাকচবা ॥

মৈরিসু চিংনখি উপালগী অরোনবা ॥

উরিনা হায়দোকখিদে কনাদসু ॥

উপাল লেপ্পা লেপ্পা কংখি মৈরিগী মৈচাক্তা মৈশাদা
মৈরি উরিনা কপচখি উপালগীদমক॥

*********

# (৬৩)

## ঐনা শক্কনি ঐগী ঈশৈ

ঐনা শক্কনি ঐগী ঈশৈ
নঙনা লুপকনি ঈশৈগী সুরদা ।।

পিক্লবা সুর মন্দিরদুনা ওইখিবনি
নঙগী ঐগী পুন্সি মতমদুগী
মতমদো ঈশৈনা থৱায়নি
ঈশৈনা পুন্সিনি নঙগী ঐগী ।।

ঈশৈগী ময়েক্লা ঈশৈগী সুরদা
তিনখিবা য়েংনা য়েংনা
অহিং কয়ানি হৌখিবা
পিক্লবা সুর মন্দিরদা নঙ ঐ ।।

ফজরবী পুর্ণিমাগী থোক্লিবা থাবলনা কৈদৌনি
নিংথিরবী পুর্ণিমাগী থোক্লিবা থাবলনা কৈদৌনি
মাঙদা লৈরি নঙ ঐগীদি
লোইবা নাইদ্রবা ঈশৈগী সুর ।।

*********

# (৬৪)

## ঐনা য়েংলি লেপপা লৈতনা

ঐনা য়েংলি লেপপা লৈতনা
অরি অনৌ খুৎশিন্নরিবা অহিংসিদা ॥

মোমোন মীনোক্নরি অমসু অমসু
অরি অনৌ খুৎশিন্নরিবা অহিংসিদা
মীনোক্কী হৌরকফম তিন্নদে অমগা অমগা
থক্লা নীক্লা ইংলবা অহিংনি ॥

নোকমিন্নরি লাংমিন্নরি য়েংমিন্নরি
অরি অনৌ খুৎশিন্নরিবা অহিংসিদা
কয়াম কুইনা নোকমিন্নগনি খম্বক্রদনা
নোকলি অমসু অমসু ঙাওবু ঙাওবরা ॥

থক্লা নীক্লা ইংলবা অহিংনি
হরাউ মীনোক্লা থল্লবা অহিংনি
পুন্সিনা হংলি য়াহং অমদি
মীওইবনা ঙাইরিবসি করিনো ॥

*********

## (৬৫)

# ঐনি খঙনা হেনগৎখি নঙনা

ঐনি খঙনা হেনগৎখি নঙনা
লৈহৌরবা ঐনা নঙনি খঙখিবনি
অতোপপা কনাগী ওইথ্রবী নঙনি
নঙগীদমক লুপচরিবা ঐনিকো ঐ ॥

উরম্বদা খঙদি হয়া মেংন্দ্রকনোই
মেংবনু মেংনকখিদরে মেংজবা নত্তনা
তামখরে উখিদরে লামশিঙবা নত্তনা
অদুঙৈগী মীনোক তিন্নরিঙৈ শক্তমদো ॥

হয়া মেংনকখিরবী নত্তোনা
পেঙরিবা ঐগী থম্মোইনি
নুংশিবগী শেংলবা থূদমনি
ধর্ম্ম চেনবী মোগী মত্তোনি ॥

**********

# (৬৬)

## ঐবু থম্মোই পান্দবী তারনি

ঐবু থম্মোই পান্দবী তারনি
লাক্লোবা নঙবু লাক্লোগবা ॥

তুমিননা লৈজবী ঐবু
নুংশিবা তম্বিবা নহাক্লি
নুংশি চৈনাখোল পীবিরম্লগা
করিগী নঙনা লাক্লিবা ইনাক্তা ॥

অহিং ইচিক হুল্লক্লে
ইনুং শোরা ঙাল্লনি
লিরি হুম্বা মালংবা
হুম্লব্লনি অযুক্কী থৌগলদা ॥

পলেম য়াব্রা ইল্লোরা
পঙ্খৌ ইজজৎ কল্লোরা
পিরাংলক্তা চৎলোরা শকখঙদ ময়ানয়াইদা
গাবা নঙবু লাক্লোগবা ॥

*********

# (৬৭)

## ঐবু লাকখিদরা খৌরাংনা ঙাইরনু

ঐবু লাকখিদরা খৌরাংনা ঙাইরনু
পঙলবী চীংলৈবাক্কী নুজা নঙনা ।।

বিথিনা থীনা তন্নমবোইদা
চৎলমদাইগী চিরবা মিৎকুপতা
উনজবসু ফংজহৌদে নুজা নঙবু
পাউজেলজখিবসু পাউফাওবিরক্তে ।।

নঙবু পুন্সিগী বিদায় বীরমদনা
হল্লেদো ঐদি ঐগী ইরমদমদা
ৱারৌনগুমসিকো নুজা নঙবু লাইরবীও
খোয়খা লিনখা থানগুমসিকো লাইবকথীবীও ।।

নীংশিংনরগুমসিকো নঙ ঐগী ৱারীশিং
পোত্থাফম খঙলরোই থম্মোই থম্মোইনা
পেনফম থোক্লরোই পূক্নীং পূক্নীংনা
নীংশিংনরগা ৱারী শিংবুন কয়াদো ।।

*********

## (৬৮)

# ঐসে নঙগী থম্মোইদা লৈবনি

(পূন্না শকমিল্লবা)

ঐসে নঙগী থম্মোইদা লৈবনি
নঙসে ঐগী নুংশি মুত্তিনি ॥

থম্মোইদসু তারি মমি অমা
মূৎলরোই হোংলরোই হায়রি ॥

কনাদসু হায়রব্লু হো কনাদসু তম্লু
লোননা চিন্না অসুম অসুম
তাউথমিন্নসি ঈপাকসিদা অমত্তা ওইনা ॥

লৈ অমা শাৎলিয়ে কেনখিনি পাম্মুজে
নুংশিনা শোকপিমু থদংকে মীংগল্লু
তান্থোকপীমু লৈহৌদা ওাওজবা খোইমু ॥

হাইনা হয়রা শাৎলু লৈকোলসিদা পামজবা লৈকোলসিদা
নুংশিনা শোকনি পামজনা ম্যেংগনি
পুন্সি চুপপা নঙগী মালি ওইজবগেনে ॥

**********

# (৬৯)

# ঐসে নওগী পুন্সি তোবর্বাননি

ঐসে নওগী পুন্সি তোবর্বাননি ॥

তোবর্বান অনিনা উনখিদ্রবসু
পুন্সি ঈচেলদি ঈপাক য়ৌখিনি
ঙাক্ল ঙাক্লদুনা তোবর্বান অনিসিনা
ঐসে নওগী পুন্সি তোবর্বাননি ॥

ঙাকচগে পুন্সি তোবর্বান ওইনা
পুন্সি ঈচেলদা নওগী ঐগী
ওইবীয়ু পুন্সি ঈচেল পুরিবা লাইজ
ঐসে নওগী পুন্সি তোবর্বাননি ॥

তিনবীয়ু মঙলানদা নোকপীয়ু তাইবংদা
ইতুং ইনবীয়ু পুন্সি ঐতগী ওইনা
লুপচগে লাইজনা শেন্লিবা ঈচেলদা
ঐসে নওগী পুন্সি তোবর্বাননি ॥

**********

## (৭০)

# ওইনজবনি নঙোন্দা

ওইনজবনি নঙোন্দা খঙনা খঙনা
ওইররোইদবা ৱাখলনি মঙলানগী আশানি
কায়হৌবিরে নহাকসু মতম চাদনা
ঐগী থম্মোইদা মরক মরক্তা ॥

নুংনাংবনা থল্লি মরক মরক্তা
অহাঙবা মালংদা পাইশুমই
শাখপ তোয়ঙমদবা ঐগী ৱাখল
করিনো খঙদে কদোমদনো ঐবু ॥

লৌশিনগে ঙমদে থাদোক্কে খন্দে
থেংনরুবা নঙবু পুন্সিগী লমখাংদা
ৱারৌফম নৈতে পোত্থাফম খঙদে
মপোক্না তন্নন্নে চয়েংনবা অসুম্বা ॥

**********

## (৭১)

# ওইরেদো ইরাল নিরুবা থম্মোই

ওইরেদো ইরাল নিরুবা থম্মোই
খঙলুবা নত্তবনা লৈরাংগী মতৌ ॥

লাল্লবনি খঙনা চঙজরুবা
য়ারকলোই নীংনা ওইনজরুবা
ঙাকপীয়ু হায়ররোই ইরালনি হায়রগে
ওইরেদো ইরাল নিরুবা থম্মোই ॥

শাৎচরগা থরো থম্বাল ঈয়ায়দা
য়েংজরগা লাইজ ঈপোম হৌরিবা
ওইরেদো ইরাল নিরুবা থম্মোই
খঙলুবা নত্তবনা লৈরাংগী মতৌ ॥

লৈরম্নি মোমোন মীনোক কনাগী
লৈরিবনি অপাম থম্মোই ঐগীসু
অনিসি তিল্লজয় পেঙনি খল্লুবা
ওইরেদো ইরাল নিরুবা থম্মোই ॥

**********

# (৭২)

## ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা

ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা ।।

মাঙলমচৎতা করি অশোয়বা য়াওখিবনো
ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা ।।

অমুবনা অরংবা ওইখিবা
অরানবনা অকনবা শকখিবা
থাজবনা অচুম্বা লোৎখিবা
ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা ।।

পামজ পামজ পাম্মু পাম্মু
থাদোক্কনি খোয়দানা নুংশিবা কনাবুসু
নীংশিংবনা কপহল্লি তাইওন্নরি ঐগী তাইবং
ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা ।।

চৎনদ্রবা মল্লি মল্লিবা লম্বীসিদা
শরু শয়াংনা থল্লবা লম্বীসিদা
চৎলবনি চৎনীংদ চৎনীংদনা
ওইহৌই ঐনা পাঙদ্রবা মচা ।।

*********

# (৭৩)

## কচ্চরগে ঐগী মিৎলু পিরাংসে

কচ্চরগে ঐগী মিৎলু পিরাংসে
কায়নশ্রবা লাজদ্রবা কনাগী মফমদা ।।

কায়রবা থম্মোইংগী ৱারীনি
তিন্নখিদ্রবা থম্মোই অনিনা
তোখায় তোখায় তানখিবা
শেংলবা মিৎলুগী পিরাংনি ।।

চেংলৌ শকফমসু কুইরে তামখিবা
য়াৱা খোঞ্জেলসু কুইরে তাখিদবা
পুন্সি অমনা হংলি পুন্সি অমবু
পুন্সি অমনা থিরি পুন্সি অমবু ।।

কদায়দনো লৈরিবা কনাননো উরিবা
পিরাংগী পাউজেল অসিমতদি য়ৌহনবীয়ু
মঙাল ওইনা মালংবা নঙনা পুরদুনা
শিন্থরিবা পিরাংগী পিরাংমল ওইজরগে ।।

*********

(৭৪)

## কচ্চরুবনি থম্মোই মন্দিরদা

কচ্চরুবনি থম্মোই মন্দিরদা
অঙৌবা কুন্দো পরেংসে
চঙজরুবনি নহাক্কী পূক্লীংদা
পুন্সিগী শেংলবা অয়ুক অমদা ॥

ঙাইজরুবনি পুর্ণিমা থাজবু
ঈপাক ঈয়ায়থক্কী থরোনা
য়েংজনীংলুবনি পেন্না অমুক্তদি
লুপা মচু মান্নবা থাবলবু ॥

মিংকৃপতু হৌখিবা পামখিবনি
খৃংশারক্কী কুন্দো পরেংগী
লৈনাশিংনা অমমমতা কেনখিবা
মচোই মচোই লৈমায়থক্তা ॥

**********

# (৭৫)

# কচ্চরে ঐগী নুংশিবা

(পূন্না শকমিন্নবা)

কচ্চরে ঐগী নুংশিবা
নিজরি নওগী নুংশিবা
অমর ওইহল্লসি নুংশিবা
থম্মোই অনিনা শেন্না নুংশিবা ॥

শংবান্নবা অতিয়া মকোয়দা
শাইরিবা অমুবা লৈচিলসে
ফজৈদি হায়রমগনি ফজদরা
অরেপপা শক্তমবু লৈবরা ॥

লৈচিলদি লৈচিল ওইবনি
মশক মচু হোংবদি
মতমগী য়াওন্দা হোংবনি
নুরা'ই পুন্সি খোঙচং হোংগুম্নি ॥
অওইবরনে
অওইবনে
অদুদি কচ্চরে ঐগী নুংশিবা
নিজরি নওগী নুংশিবা
অমর ওইহল্লসি নুংশিবা
থম্মোই অনিনা শেন্না নুংশিবা ॥

*********

# (৭৬)

## কখোক্লুরে চৎলি মপোক অসিদি

কখোক্লুরে চৎলি মপোক অসিদি
কনাগুম্বা অমদা লোন্না থুপনা
থাদোকপীরো ঐগী ওইবা নুংশিবা
কাউবীরো ঐগী ওইবা নুংশিবা ॥

ঙাইজগে তোল্লবী ননাইনা
নীংজ মপোক লাংওন অদুদা
চেংলৌ শকফম হোংদনা
ইশানৌ খোঞ্জেল কায়দনা ॥

লাংওনবীযুকো ঙসিগী লমলানবা
নীংজ মপোক লাংওন অদুদা
চেংলৌ শকফম হোংদনা
ইশানৌ খোঞ্জেল কায়দনা ॥

থম্মোই পান্দবীনি হায়বীরনু
নুংশি খঙদবীনি হায়জরগে
থৌজাল হৈতবীনি খনবীরনু
মিংচি মিংয়েং উদবীনি লৌজরগে ॥

*********

## (৭৭)

# কদায়দনো খোঙথাং

কদায়দনো খোঙথাং কদোমদনো পম্বুং
পূক্লীং লৌশিং অমতা থোকখিদরে
নুংশিবদা ঙাওজরম্বা নুংশিবদা লুপচরম্বা
ঐগী পুন্সি কায়দোংফম খঙদরে ।।

মতম কৌবী নঙগী ঈচেলনা
পুবীখিবা ঐবু নুংশি ঈপাক্তা
তিল্লরে ঙসিদি ঐগী থম্মোইদা
কায়নবা কৌবা মচু অমনা ।।

মৃৎলি মৃৎলি পাইবগুম তন্দননা
হৌগ্রবা স্মৃতি কয়া পাইররি
মিরবা সুরগা লোয়ননা বাঁসিগী
মশেন মরাং পূক্লীং অতিয়াদা ।।

*********

# (৭৮)

## কনাগী কায়নরমদাই মিংকুপতা

কনাগী কায়নরমদাই মিংকুপতা
মাগী মিংস্না থম্বালনা হংখি
নীংঙমদ পিরাংগা লোয়ননা
পাউখুম ফংলরোইদবা ৱাহং কয়া ॥

মাগী অৱা শকলোন উবদা
লৈকোল লৈরাংনা খুইথখি
মালংবসু তুমিননা লৈখিদো
থাজসু লৈচিল্লক্তা লোংখিনে ॥

খঙহৌদ মঙলম্বা নোংনা চুরকখিবনি
অকি অখাক অরাওগা লোয়ননা
অরংবা নোংলিক্লা চামথোকপিরম্বী
মক্ল মায়থোঙদা চেম্থরক্লিবা পিরাংবু ॥

*********

# (৭৯)

# কনাগী ঝাখলদা লুপলুদরে ঐদি

কনাগী ঝাখলদা লুপলুদরে ঐদি
ঙসিগী খুন্নাইদা মিংকুপসিগী তাইবংদা
হিংনা হিংনা অশিবা ওইরবা ঐনি
হিংলিবরা নখোয়দি শিনা শিনা ।।

মৃৎখরো নুংশিবা ইতিহাসকী ঈরোন্নুংদা
পুখরো থাপনা নোংলৈনা হুমদুনা
লৈহৌরনি ঐদি নীংঙাইদনা হিপতুনা
কায়রবা আশাগী লৈতেংদ্রবা ফমুংদা ।।

পুবীখিবদাই নুংশিবা নহাক্না মতম অমদা
মকা লামলবা পুক্লীংগী লৈকোলদা
ঙসিদি পুবিরে তামনা উরিবা ঈপাক্তা
খুৎসু নৌরেন য়াওদ্রবা হিনাউদা ।।

**********

# (৮০)

## কনানো নহাক লেপ্পরিবী ইনাক্তা

কনানো নহাক লেপ্পরিবী ইনাক্তা
করি হায়নীংবা লৈদুনা লেপ্পবনো
করম্বা ঋাকৎ পুদুনা লাকপনো
হায়রোনে খুম্লোনে মোমোন নোক্লদুনা।।

ঙসিগী অহিংসে শক্তম অনিনা ঙাম্ব্লোইরে
মিৎকুপসিগী শক্তমসে অদুঙৈগী শক্তমগুম উরি
করিগীনো চান্নবী কৈদৌবগীনো লমলানবী
করিগী কনানা করিদা কমদৌনা হায়নখিবা ।।

ঋারৌনা হংলিবা ঋাহংগী পাউখুম
পীরি নহাক্লা ঋাহং খরগা লোয়ননা
পীরো পাউখুম হায়নসু ওইনরি
করি পাউখুমবু পীগনি হংলুবা নত্তনা।।

*********

# (৮১)

# কপসি পেন্না ঙসিদি

কপসি পেন্না ঙসিদি
কপপু কংলৈ ইমা নঙসু ॥

লাইবকথীরবা থীরবী মচাশিং কয়াগী
মিংলু পিরাংশিংনা লাইজ ঈপাক শেন্ননি
লাইজথক্কী থরো থম্বাল লৈমন চল্লনি
কপসি পেন্না ঙসিদি কপপু কংলৈ ইমা নঙসু ॥

লৈমনচল্লবী লৈরাং লৈনাশিং তাউরনি
পিরাংতনা শেন্নবা লাইজথক্তা
পাক্লবা লাইজ ঈমায় কূপলদুনা
কপসি পেন্না ঙসিদি কপপু ইমা নঙসু ॥

লেপপা লৈরোই নীংতম্লীংবগী ঈচেলদি
থীংবা ঙম্লোই কল্লবা শক্তি অমত্তনসু
নীংতল্লখিনি ঐখোয় নোংমদি শোয়দনা
কপসি পেন্না ঙসিদি কপপু কংলৈ ইমা নঙসু ॥

**********

# (৮২)

## করম্মা থম্মোইদা তাখিবা মমিনো

করম্মা থম্মোইদা তাখিবা মমিনো
য়ৌরক্লে নুংশিবা ঐগী থম্মোইদা
উদুনতা লৈরে মিৎস্নাদা নঙবু
মঙলাননা করিনো তাইবংনা কদায়নো ।।

ঐগী থম্মোইবু তত্তনা ইরাং হৌহল্লিবা
হো নুংশিবা মশক মচু লেপঙমদবা
খাংজরে নঙগী মিৎয়েংদা তনিক্লা
লুপচরে নঙগী মীনোক্তা পেঞ্জনা ।।

শুমখরে ঐগী থম্মোইসু পৃক্লীংসু
নঙগী মীনোক্লা তাক্লিবা নুংশিবদা
কচ্চরে ঐগী থৱায়সু আত্মাসু
নঙগী মিৎয়েংনা উৎলিবা কখোকপদা।।

*********

(৮৩)

# করি খন্না চৎখিবনো

করি খন্না চৎখিবনো
মিৎচীনা ফাওবা য়েংলমদে ॥

নোংমা ইদোম লেপলিঙৈ
চৎখি তুমিন্না ইনাক্তা
করি খন্না চৎখিবনো
মিৎচীনা ফাওবা য়েংলমদে ॥

উরুবা মিৎকৃপতা য়েংঙমদে হন্না
নুংশিবগী মতৌ অসুমনা তৌবরা
তামতক তামতক লাপথ্রবা তুংদা
য়েংলুই অমুক্তি য়েংখি খঙদনা ॥

যৌবনগী পাম্মুরবা তাংকক্তা
বসন্তগী নুংশিরবা মীনোক্তা
অথোইবী নঙগী নশুংলাং
মচেৎ তাথ্রবা থম্মোইনিকো ॥

*********

# (৮৪)

## করি করমনা শৈথাসিগে

করি করমনা শৈথাসিগে
করি হায়না শৈতাকসিগে
নঙমুক নুংশিবা অনি শুদবী
নঙমুক পামজবা অনি লৈতবী ॥

শিয়ু হায়য়ু শিবীগে
হূ থকউ হায়য়ু থকপীগে
চান্নিবা মৈসু পায়বীগে
নঙতবু ইনাক্তা লৈজরবদি ॥

নঙনা শারে জগোয় শানি ঐসু
নঙনা শক্লে ঈশৈ শক্কনি ঐসু
নঙমুক নুংশিবা অনি শুদবী
নঙমুক পামজবা অনি লৈতবী ॥

কনা খঙহন্দনা কনা উহন্দনা
মালেমগী ফজরবা মতায় অমদা
মঙালনা থল্লবা সুর মন্দির অমদা
য়েংজবদুনি নঙবু লেজরদুনা পুন্সিনা ॥

**********

## (৮৫)

# করি হায়না শৈহৌসিগে

করি হায়না শৈহৌসিগে
করি হায়না শৈদমসিগে
ইশানা শৈরাংবা ঐগী ঈশেসে
শক্লুরগা লোইশিন্দনা তোক্লদরা ??

কায়নবনা পম্বুংনি হায়রসিন্না
থুংনবনা লমখাং তারদরা
কায়ননা নুংশিবা নুংশিনা কায়নবা
পামজন্নবা পম্বুং ঙাক্তনি ।।

পুন্সিগী অপাম্বা শক্লোন অমা
উৎনীংলুবনি কনাগুম্বীগী মাঙদা
অওই ওইদ অনিগী চাংয়েংদা
মায়থীহৌরে নুংশি বন্দী ওইনা ।।

**********

# (৮৬)

# করিগী নথন্তা নোক্লিবা

করিগী নথন্তা নোক্লিবা লাইজ মীরেনবু য়েংলগা ।।

নুংশিবদি ঙাওবনি ঙাওরদি নুংশিবনি
য়েংনীংবা য়েংঙমদে হায়নীংবা হায়ঙমদে
পীবিখো মীগী ব্রাহংগী পাউখুমদি
খুম্মুনে নুজাও নুংশিয়ে হায়না ।।

পোখাদরে তাক্লিনে মায়থোঙনা
লাক্লগসু য়েংলিনে তথীনা চৈবীশ্রগা
পাউখুমসু পীবীদনা মীগী ব্রাহংগী
খুম্মুনে নুজাও নুংশিয়ে হায়না ।।

মিংস্লানা লোত্তে মায়থোঙনা হায়নে
ব্রাহংগী পাউখুম মায়থোঙনা পীরেনে
মিংস্লানা তাকলি লানখিবা মীচৈনি
ইরালবু ঙাকনসি নুংশিনা নুংশিদা।।

*********

# (৮৭)

# করিগী নীংশিংহল্লিনো

করিগী নীংশিংহল্লিনো
হে চিক্লবা ঙসিগী অহিং ॥

বজাই বেঙগুন খোঞ্জেলদা কপখিবা
তুমিননা ইদোম কনা য়াওদনা
করিগী নীংশিংহল্লিনো
হে চিক্লবা ঙসিগী অহিং ॥

থেংলবা অহিং পোত্থাফম খঙদ্রবদা
চংখি নীংজবা কনাগী মনাক্তা
হৌত্রবা নীংশিং মমি পুদুনা
হল্লকখি মিংস্না পিরাং পিরোইননা ॥

কুন্দো পরেং য়ৌরকখি মাঙদা
অনৌরবী খুৎ অনিগী খুৎশালক্তগী
মোমোন্নবী মায়থোঙনা শমজিরৈ থেংলদুনা
মাঙখি অম্বুকসু কম্না ঈশাক্তগী ॥

**********

# (৮৮)

## করিগুম্বা উনবা থোক্লবা

করিগুম্বা উনবা থোক্লবা
কৌনসিকো তরাম তরাম ॥

নীংশিংবগী পূক্লৈনা ময়েং তারমদ্রবা
কাউগে খল্লসু কাউবদি ঙমলরোই
নুংশিবগী ঙমখৈনা মশক লৈরমদ্রবা
লান্দেকো নুংশিরবা হো নুংশিরিদা ॥

কমদৌনা খঙনরবা নঙবু
অঙকপনি বিথি নঙগী লিলা
করিগুম্বা উনবা থোক্লবা
কৌনসিকো তরাম তরাম ॥

অদুঙৈ নঙগা ঐগা কায়নখিবা
পুন্সিদা নীংঙমদবা থম্মরগুমসি
তম্লম্লবনি নঙগী ঐগী লাইবক্তা
লান্না লৌনগুমসি লান্না লৌজদে ॥

**********

# (৮৯)

# করিনোমা হায়রদবোই নীংলুরে

করিনোমা হায়রদবোই নীংলুরে
তুমিন লৈখি লোম্নোক্তবগুম ॥

ইনশিল্লকপা ইথিন অমনা পূরদুনা
লেপলি খঙদনা লেপলুবনি
তৌফম খঙদনা খূৎশা নোয়রদুনা
করি হায়রক্কদরা ঙাইরুবনি ॥

চিক্লুবা লৈকোলগী অচিকপা
চিক্লি য়েৎপীনবা কনা য়াওদনা
করিবু খল্লিবা করিবু নীংলিবা
লেপল্লি ঐদি মাগী বাবু ঙাইরদুনা ॥

নীংলুবদু অরানবা ওইরম্লে
লাল্লুবদু মনাক্তা লেপ্লুবী ঐনি
করিবু খল্লিবা করিবু নীংলিবা
লেপ্লি ঐদি মাগী বাবু ঙাইরদুনা ॥

**********

## (৯০)

# করিবু খল্লিবনো করিবু য়েংলিবনো

করিবু খল্লিবনো করিবু য়েংলিবনো
পুম্রি মপান সিরিথক্তা সনাবুন শেগা য়েপ্লা।।

লৈতেংবিদ্রবা মাইথোঙদা তারি ফজবগী মমি
করিবু খল্লিবনো করিবু য়েংলিবনো
পুম্রি মপান সিরিথক্তা সনাবুন শেগা য়েপ্লা।।

থোক্লম্বী তারমদাই কোরৌনা
লোংখিবদা ঙৈহাক্কী লৈচিল্লক্তা
পিরাং পিরোইনরি মাইথোঙদা
করিবু খল্লিবনো করিবু য়েংলিবনো
পুম্রি মপান সিরিথক্তা সনাবুন শেগা য়েপ্লা।।

পিরাং শিঙ্গুরিবা করিগীনো খন্না
হৌখিবা খঙহৌদে মিংকুপতো
লোংলুবী কোরৌ মশেকপু উরগা
মোমোন্নরি মাইথোঙ মকা লাম্না।।

*********

# (৯১)

## করিবু খল্লিবা মহাক্লা

করিবু খল্লিবা মহাক্লা
ঐসু হংলুদে মাসু হায়রক্তে ॥

বা বা চুরক্লিবা নোংজুবু থুপলদুনা
লেপ্লি তুমিন ঐখোয় অনি শঙ অমদা
চোৎলবা শমলাংবু শেমজিন্নরদুনা
য়েংনরি অমনা অমবু লোন্না লোন্না ॥

অঙৌবা অরংবা নোংলিক্লা
অশংবা হানৌদা তারক্লি
পামেল উশাদগী খোংলক্লি
পোম্বী চেক্লানা মখৌপোঙনা ॥

চুরিবা নোংদি লেপখিসনু
নুংশি ঈচেলদি লেপ্লরোই
খোঙবীনা লৈমায় তক্লদুনা
করিবু খল্লিবা মহাক্লা ॥

**********

## (৯২)

# করিবু ইসিগে করিবু হংসিগে

করিবু ইসিগে করিবু হংসিগে ।।

ঐগী নুংশি ৱারীবু ইসিরা
মাগী নুংশি ৱারীবু হংসিরা
করিবু ইসিগে করিবু হংসিগে।।

নোংমদি উনখি মাগা ঐগা
ৱাহং কয়া কয়া হংনখি
ৱারী কয়া কয়া শানখি
করিবু ইসিগে করিবু হংসিগে।।

ঐগী কোলোমনা ময়েক চৎখিদে
অহাংবা চেবাংনা করিনো হংখি
ঐগী ৱাহং করিনো খঙখিদে
পেনদ্রবা পৃক্লীংনা করিনো হংলি।।

মহাক্লা খঙখিদ্রবা নুংশি ৱারীনা
তিনখরি লোইনাইদ্রবা মতমগী ইহুমদা
করিবু ইসিগে করিবু হংসিগে ।।

**********

# (১৩)

## কয়াদা ঙাওরিবনো থম্মোইসে

(পূন্না শকমিন্নবা)

কয়াদা ঙাওরিবনো থম্মোইসে
লাংতক্লরি পূক্লীংসু নুংশিরুবা নঙবু
ঐনা নুংশিরিসি নঙনিকো নঙনিদা ॥

কনাগী নাপদা চিরোল তৌরুনু
চিরোল চিরোল তৌরুনুকো চিরোল
শেংনা হায়রম্মু ফোঙনা উংলম্মু
ঐনা নুংশিরিসি নঙনিকো নঙনিদো ॥

লাক্লোই হায়রোই য়েংলোই ঙম্লোই
সিনিকো সিনিদা নুংশিবা নঙগী ঐগী মরক্তা
তংন থানবা য়াদ্রবা নুংশিবা হো নুংশিবা ॥

কয়াদা ঙাওরিবনো থম্মোইসে
লাংতক্লরি পূক্লীংসু নুংশিরুবা নঙবু
ঐনা নুংশিরিসি নঙনিকো নঙনিদা ॥

লাক্লনি হায়রনি য়েংলনি তাক্লনি
সিনিকো সিনিদা নুংশিবা নঙগী ঐগী মরক্তা
তংন-থানবা য়াদ্রবা নুংশিবা হো নুংশিবা ॥

**********

# (১৪)

## কয়াম কুইনা পুখিনি ঐবু

কয়াম কুইনা পুখিনি ঐবু
নঙনা অসুম্না হে আশা হে আশা ॥

পেঙদ্রবা পূক্নীং নুংনাংনরবা থম্মোই
পুদুনা চংলি মায়কৈ খঙদনা
চিংথরি নঙনা তুমশিং তুম্নাং মরক্তা
হে আশা হে আশা ॥

হিংবগী মহাও লেপত্রবা
মমল নৈত্রবা হকচাং পোলাংবু
পুবীরি নঙনা পুনীংবা মায়কৈদা
হে আশা হে আশা ॥

পন্থুংফম কায়দোংফম নৈত্রবা ঐনি
নঙদি নৈহৌরোকো ঐদি হল্লক্করোই
হল্লক্করোই হল্লক্করোই হল্লক্করোই
হে আশা হে আশা ॥

**********

(৯৫)

# কাউখিদ্রনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবু

কাউখিদ্রনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবু
কাউখিবদি য়াই নুংশিবা খঙলক্তবদা
হৌখিবা থৌদোক থম্মোইদা তারক্তবদা
কাউখিদ্রনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবু ॥

চোইজননা কেনখ্রবী লৈরাংও
কোক্লরোই থম্মোই চৈনাখোলদি
নুংশি ঈপাক ঈয়ায়দা লুপখ্রবীও
কাউখিদ্রনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবু ॥

মমশিল্লক্লে পুন্সি নহাক য়াওদ্রবদা
পাইখিগদৌরে থবায় ঐবু থাদোক্তনা
বসন্তগী নুংশিরবা মীনোক ফংখিদ্রবীও
কাউখিদ্রনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবু ॥

লাক্লো মঙলান্দা তিল্লরো কল্পনাদা
ঙানবীররো লেঙদনা থম্মোইদা
অশেংবা মুক্তি ওইনা চোংথোক্লদুনা
ফজরবা পুন্সিগী পম্বুং শেন্নগুম ॥

**********

# (৯৬)

# কাউনরসিকো মতমদুগী নুংশিবা

কাউনরসিকো মতমদুগী নুংশিবা
নীংশিংনরগুমসিকো অদুঙৈগী মীনোক ॥

নঙগী অমুবা শল্লাং শউমনা
মতমদুদা হুখিবা থম্মোইদি হনবীরম্মুকো
কাউনরসিকো অদুঙৈগী নুংশিবা
নীংশিংনরগুমসিকো অদুঙৈগী মীনোক ॥

ঋারৌহৈবী মিৎমল্লা ঋারৌগনবী থম্মোই
ঋারৌরনুকো ঋারৌফম লৈরিনে খল্লবসু
তমলমদে খল্লোকো নীংশিংলরোই হায়রোকো
মুৎপা ঙমদ্রবসু নীংশিং নুংশি মমিদি ॥

থাবলগী ঈপোমদা পামজবা মচুদা
লৈরাং নদোম তুমিননা শাৎকনবী
কনাগীদমক শাৎখিবনো হংলরোই
ঙসিগী ঐনা মতমদুগী নঙোন্দা ॥

**********

# (৯৭)

## কাউবা ঙমগদরনে ঐবু

কাউবা ঙমগদরনে ঐবু নঙগী পুন্সিদা
নীংশিংলুনু য়ারোই নীংশিংলক্কনি ॥

হৃদোকপীরম্নে ইদোম থম্বীরম্লগা থম্মোইদা
কাউঙমদ্রবা নুংশিগী থৌদোক কয়া
লোৎখিনুকো নদোম ঈচেলসে পুদুনা
চেম্থখিবা নঙ-ঐগী অপুনবা পুন্সিদা ॥

তম্বীরমখো অরোয়বা কায়নবা
নত্তনদি চৎখিনু থাদোকপীরম্লগা ঐবু
তম্বীরমখো অনৌবা মীনোক
নত্তনদি চৎখিনু থাদোকপীরম্লগা ঐবু ॥

পুন্সিগী ওইনা কায়নরবনি খল্লবসু
নুংশিখিনি হেন্না হেন্না নুংশিখিনি
নুংওনখিনি হেন্না হেন্না নুংওনখিনি
তেংথাখিনি কুমওন বসন্ত খৃদিংদা ॥

**********

## (৯৮)

## কায়নশ্রবী অমদা কচ্চরি

কায়নশ্রবী অমদা কচ্চরি
শেংলবা মিৎলুগী পিরাংসে ॥

হো তখেল লমদম লমনুংশি
হো তখেল্লে কৌবী লৈরাংও
চংলগেসু তাক্লমদে লাকখিনিসু হায়রমদে
নগুগী থম্মোইদা চৈনা পীরমলে ॥

পুন্সিদা অমুক উনবা থোক্লবা
মায়থোঙ মকা লাম্লসিকো
পৃক্লীং কিশি কিদনা উনসিকো
হরাও মোমোন নোকমিন্নসিকো॥

পিরাং পিরোইনরদুনা কনাবু য়েংলিনো
কনাবু ঙাইহিরিনো লাক্লরোই নীংদবরা
পীরমদবা বিদায়না বাহল্লবী নগুবুও
লাকখিনি ঐহাক উনরখিনি শোয়দনা ॥

**********

# (৯৯)

# কায়নবদি ৱাবনি

কায়নবদি ৱাবনি পূক্নীং কিশি কিননু ॥

খোইমুনা ঙংলি লৈরাংদা
লৈরাংনা শাৎলি খোইমুগী
লৈখোঙশেংবা মালিনা লৈরাংতবু নীংজবনি
কায়নবদি ৱাবনি পূক্নীং কিশি কিননু ॥

মায়খোঙনা মিংশেলনি নুংশিবগী
মমি অনি তাফদে মিংশেল অনি শুফদে
পূক্নীংনা ৱায়েনবনি নুংশিবা
কায়নবদি ৱাবনি পূক্নীং কিশি কিননু ॥

থম্মোইগী ইহুন থম্মোইদা পীসনু
পূক্নীংগী ৱারোল পূক্নীংদা লৈসনু
চীঙ্খি চিরোল তৌরুনু কায়নরক্কনি
কায়নবদি ৱাবনি পূক্নীং কিশি কিননু ॥

**********

## (১০০)

# কায়নরবী অমরা নঙবু

কায়নরবী অমরা নঙবু
নঙসু মাবু নুংশিবা মাসু নঙবু নুংশিবা
নুংশিবদি কায়নবনি কায়নবদি থাবনি
কায়নরবী অমরা নঙবু ॥

কায়নরবী ওইরবী নহাকসে লেল্লমগনি
অঙাওবীগুম নদোম তুমিন তুমিন
থাঙজদ মৈচাকী পিরাং শিল্লুরিনি
অচিকপা থিরিনি নদোম লৈনীংলিনি ॥

হল্লকখো হায়বা ঙমদবা নুংশিবা
মৈচাক্তা মৈচাক হাপপনি
থম্মোইদা থম্মোই লাকপনি
অচিকপা থিরিনি নদোম লৈনীংলিনি ॥

অচিকপনা থাহনবর্নি হেল্লা হেল্লা
তুমিন তুমিন মৈচাক থাঙবনা
নুংশিরুবগী পক্তুং ওইরেদো
নুংশিবা তস্নু নুংশিবা থঙলুনু ॥

**********

# (১০১)

## কায়নরমদাই অরোয়বা মিৎকূপতা

কায়নরমদাই অরোয়বা মিৎকূপতা
কপখিদো ইনাক্তা ৱারৌনা লাক্কুনা
হৌখিদো মতমদো থেমসি থেমঙমদ
হো নিঙোল ওইবী নহাকপু ॥

যৌবন পুন্সি নুংশিবা খঙখিবা
বিথিগী ঈচেলনা পুথ্রবী নিঙোলও
পীনীংদনা বিদায় পীনরদুনা
কায়নখিদো পুন্সিগী ওইনা ॥

পিরাংনা মায়খোঙ চোন্দুনা
শন্নাংনা নিঙোলবু ৱারৌগুম
পীনীংদনা বিদায় পীনরদুনা
কায়নখিদো পুন্সিগী ওইনা ॥

লাক্লরোই অমুক হন্না পুন্সিসিদা
মতমদুগী অৱা নুংঙাই খৌদোক্তা
ঐগী থম্মোইবু তত্তনা থেমখিবা
মোমোন মীনোকসু পিরাংনবী মায়খোঙসু ॥

**********

# (১০২)

# কায়নরসি পুন্সিগী ওইনা

কায়নরসি পুন্সিগী ওইনা ॥

ঝারৌ পূক্নৌ থম্নদনা
কায়নরসি পুন্সিগী ওইনা
বিথিগী পোৎলুমনা হেনখিনে
নুংশিবা নঙগী মীচং শোম্লিনে ॥

নীংঙমদবা থম্লোই নীংশিংবা নত্তনা
কায়নবগী অঝাবা খাঙজনি থম্মোইনা
নুংশিবগী পূক্কেদি ময়েং তাররোই
উনখিদ্রবসু নঙ ঐ মপোকসিমগী ॥

নুংশিনা কৌনসি থেংনবা থোক্লবদি
নীংশিংনসি অদুঙেগী নুংশি ঝারী
মিংসন্না থম্বালদা লাইজ ঈহৌরক্কনু
য়েংজবা ঙজরোই কপচেংপা তাহনবীনু ॥

*********

# (১০৩)

# কুচু মুবীনা অমনি

কুচু মুবীনা অমনি
কুচু ঙৌবীনা অমনি
হো হো নুংঙাইবনিদা
যৌবন পুন্সি নুংঙাইবনিদা॥

অঙৌবী অমুবী ফজবী রাশিলৈবী
খেন্নবা লৈতে যৌবন পুন্সিদা
হো হো নুংঙাইবনিদা
যৌবন পুন্সি নুংঙাইবনিদা ॥

শাবী শানৌ থানা
লাক্কনি থাওন খূদিং
নুংশিবা ঈচেল পুদুনা
মফম শুনা ইনিন থন্না॥

নিঙোল শন্নাং শউম্না পাখং থম্মোই য়ৌখিবা
ঙাওবনিদা হো হো ঙাওবনিদা
হো হো নুংঙাইবনিদা
যৌবন পুন্সি নুংঙাইবনিদা ॥

**********

# (১০৪)

## কুমজা কুমওন খৃৎথেক খণ্ডদনা

কুমজা কুমওন খৃৎথেক খণ্ডদনা
উখিদ্রবী নণ্ডবু নণ্ডদি নণ্ডনিদা
মাণ্ডদা চৎলিসে ফিজিনা মায়খোঙ খুমদুনা
নীংশিং মমি হাপ্লদুনা মিৎম্লাদা ॥

হো যৌবন লৈরাং লৈনৌবী
মল্ল মল্ল লৈনম পল্লানবী
শাগৈগী মৌনি মীমাঙ চোপ্তে
ইনেম্ফগী মনিনি হায়রোইদবা লৈতে ॥

পুন্সি ঈচেল তিন্নদে যাংম যাংমনি
মায়খোঙসু হোংলম্লে শম্লাংসু ওম্লম্লে
যারে কৌবা সিমদি নীংলরোই
নুংঙাইবদি মপোক্কীনি হায়রমগে ॥

কনাবু যারৌনা লেপ্দোয়নো
নণ্ডগী ঐগী খায়বা অইবন্দা
খেন্নবা লৈতে তিন্নদ্রবসু ঈচেল
অমুক্তি তিন্নরখিনি হায়নখিবা নংতরা ??



## (১০৫)

# কৈদনো ঐনা হিংদোইবা

কৈদনো ঐনা হিংদোইবা
কৈদনো ঐনা চঙ্তোইবা ॥

মায়কৈ খুদিং অমস্তগী অমস্তা
অপাইবা থবায় গুঙ্গা য়েংসু ওইসু
কৈদনো ঐনা হিংদোইবা
কৈদনো ঐনা চঙ্তোইবা ॥

অমংবা নোংনা লৈচিন ওনখরে
তারকখিদরে নোংলিক অমত্তসু মালেমদা
কৈদনো ঐনা হিংদোইবা
কৈদনো ঐনা চঙ্তোইবা ॥

মৈরিগুম্না শারে মলয়া নুংশিং
হুগুম্না খারে লাইজ ঈশিং
কৈদনো ঐনা হিংদোইবা
কৈদনো ঐনা চঙ্তোইবা ॥

**********

# (১০৬)

## কোক্লমদরি ঙসিসু ঈকাইথীবী মতৌ

কোক্লমদরি ঙসিসু ঈকাইথীবী মতৌ
মপোক্কী পিথোক্লবী ঈকাইথীবীরা
মতমদুগী ঐবু নীংশিংলি তাকপরা ??

চহী কুমজা থীঙমদ লাল্লবনি
শকফমগী অহোংবা কয়া লৈরবনি
পূক্নীংগী অওনবা কয়াসু লৈরম্লনি ।।

লম্বী চিদায় অমমমদা চৎনরি
নঙনি খঙনা য়েংলুবা নত্তে
ওইরম্বনি অদুঙৈগী কায়নখ্রবী নঙবু ।।

মপোক অদু কয়া কুইনা ঙাইখিগবা
মরক মরক্তা পূক্নীংদা লাকপা নত্তনা
ঐনা করিবু য়েংদুনা লেন্দোইনো ??

*********

# (১০৭)

## কোক্লরোই কৈদৌনুংদা

কোক্লরাই কৈদৌনুংদা চুখ্রবা নুংশিবা
মক্তুবা থম্মোইগী শেংলবা লামায়দা ।।

মশক মচু মমিং ওনশ্রবসু নুংশিবা
নোংদম্বনা তম্বীবা লেপত্রবা ঈচেলদা
কোক্লরাই কৈদৌনুংদা চুখ্রবা নুংশিবা
মক্তুবা থম্মোইগী শেংলবা লামায়দা ।।

কায়নবৈ শায়োল ওইরিবা লৈচিলও
মখল মখলগী শক্তম উৎলিবা
তাম্থা কায়দবা লিরি মালংবদা
নুংশি মপাউদি তোয়না তম্বীরকউ ।।

অরোইবা লাইশোলনি তোল্লবা নায়ককী
কখোকচগে পোকগুমদ মপোক অসে
লাঞ্জদবী মকাদা লাল্লুরবী থম্মোইগী
লেপতনা চেম্থরক্লিবা পুন্সি ঈচেলদা ।।

*********

(১০৮)

## কোক্লরোই মৈচাকসে পুন্সিগী

কোক্লরোই মৈচাকসে পুন্সিগী
অসুক নুম্না পুবা মৈচাক্তি
লাক্লরোই পুন্সিদা অমুক হন্না
পল্লরোই ৱারে কৌবদি চিনসিনা ॥

চন্নীংদনা লৈমন চনস্ত্রবী লৈনাশিংবু
য়েংজরি মিংফম হোংদনা ঙসিসু
য়ৌরক্লি সংস্কারগী মৈরি মৈশা
লেপপা লৈতনা মিংকৃপসিসু ॥

ঐসু লাক্লগে ননাক্তা লেংদনা
খৃৎলাম তোয়না তোয়না কৌরকলো
হায়নীংবা ৱাকং লৈহৌবা তারগে
ৱাংহৌবা পুন্সি লমন শিংজরগে॥

**********

# (১০৯)

## কোক্লরোই শংথ্রবা মচু থম্মোইদা

কোক্লরোই শংথ্রবা মচু থম্মোইদা
চামথোক্লবসু তত্তনা লাঞ্জদ্রবী পিরাংনা
নরালনি হায়খিদে ইরালনি য়েংখিদে
শিংবদি ওল্লরোই নুংশিরুবগী নুংশিমল ॥

অমম্বদা অমম্বা হাপলবা নুংশিগী অহিংদা
মৃৎলমদাই থাওমৈগুম ওানখিবী নওবুও
হায়জরিনে য়াইফবা ওইয়ু নুংঙাইনা হিংঙু
মফম খৃদিংদা মতম লৈবা খিবিক্তা ॥

শিম্থুরদুনা পিরাং হন্না হন্না
চামথোক্কে খল্লনু ঐগী থম্মোইবু
তাদবরা নঙোন্দা ফাউদবরা পুক্লীংদা
নুংশিবা ঈহল্লা য়ৈরিবসি থম্মোইদা ॥

*********

# (১১০)

## কোরৌগী মৈশা নত্তে শারিবদো

কোরৌগী মৈশা নত্তে শারিবদো
নীংঙমদ থম্মোইগী মৈশানি ॥

শরৎথাগী লুপাগুম ঙৌরবা থাবলদা
থাবলনা কুপ্লবা মায়থোঙদা তারিবা
অরংবা মশেক্লা শানৌগী পৃক্লীং হুখিবা
লামশিল্লুরনু ঙম্নমক অরেম্বদা তারনি ॥

ওলাংথাগী মচু পুরবা থাবলদা
শমজিরৈনা শমজিগী লৈতেং ওইরদুনা
নুংঙল্লুরনু পুর্ণিমা থাজবু য়েংলগা
নখন্তা তুমিন চিক্লা ফম্লদুনা ॥

য়াওল্লক্লিবা পুন্সিগী অনৌবা ঈচেলদা
নীংশিংবগী হিনাউ নৌরেন পায়রদুনা
থাগোন্নজবা থম্মোইনা থম্মোইবু কৌখিবা
নীংশিংলুরনু পুম্নমক অরেম্বদা তারনি ॥

**********

# (১১১)

## কোরৌবু নঙগী কনানো

কোরৌবু নঙগী কনানো
নঙবু কোরৌগী করিনো ॥

কোরৌ মশেকপু পামজবী
হে নুমিৎলৈ কৌবী লৈরাও!
করি ৱাবু হায়রিবা
থোক্লিবা কোরৌ মশেক্তা ॥

লাইনীং পরৈ চেংনা
লৈরা লৈশাং তন্নদুনা
করি পারা তাক্লিবা
হৌরক্লিবা শাবী শানৌদা ॥

কোরৌ মশেক উদ্রগা
করিগী নুংশুক নুংজানবনো
কোরৌ মশেক উরগা
করিগী মিংচানরিবনো ?

**********

# (১১২)

# কৌনীংনা কৌঙমদনা লৈহৌই

কৌনীংনা কৌঙমদনা লৈহৌই
পুন্সিগী কায়নরবীনি খলহৌই ॥

উশিন্নদা মিংয়েংদা থৈনখিবা
নোংমা লম্বী কৈথেন নাকন্দা
মবুংঙোগা লোয়ননা চংখিবদা
পারি শেগা য়েন্সনা পমদুনা ॥

কপনীংনা কপঙমদ লেনখিবরা নুমিত্তো
নঙগী মবুংঙোগী মশাইকোন্দা
করিনুংগী থেংনরবনো খনখিবরা
অদুঙৈগী নীংশিং মমি তামখ্রবা ঐবু ॥

নৌহৌনা নীংশিংহল্লে নাইতোন্নবা ঐবু
শাউখিবদো চিক্লবা অহিং অমদা
তুমিননা করিসু হায়রমদনা চংখিবা
লৈহৌইদো শিরাং শিদু শিরোইননা॥

**********

## (১১৩)

# খণ্ডহৌদে শিন্থখিবা পিরাং

খণ্ডহৌদে শিন্থখিবা পিরাং
নীংশিংলকপদা লোয়নজরকপা নখোয়বু ॥

মমাঙ পুন্সিগী লাইজসে
থরো থম্বাল শাংলমদরে
মনিং বাপল লমহেনবা
অকি অখণ্ড লৈরমদরে ॥

নুংশিবা কৌবা মতৌগা
লেনখিবা পুন্সিগী থৌদোকশিং
মোমোন মীনোক্কী মিংকৃপশিং
নীংশিংলকইনে অমমমতা ওইনা ॥

নিঙোল শঙ্কাই থাদোক্তুনা
ঐহাকপু তাক্লমদনা চৎপ্রবদা
থাদোক্লেদো নুংশিবা নঙনা
থাজদে ঐবু থাদোকপীরম্বা ॥

**********

# (১১৪)

## খুরুমজরি থব্বায় হকচাং অনিনা

খুরুমজরি থব্বায় হকচাং অনিনা
চঙজরি প্রভু নঙগী খুয়াখাদা ॥

লাল্লবসু ইরাল ঙাকপিনি
চঙজবসু চঙজফম পীবিনি
হৈজদে লৈরাং লৈচন কচ্চবা
প্রভু নহাক্না পেনবীনবা ॥

থম্মোইগী শেংলবা বাহৈ খরনা
নিজরি নঙোনদা পুন্সিগী ওইনা
অসুম্না হিংজবা অসুম্না লৈজবা
পীনবীয়ুনে প্রভু পুন্সি চুপপা ॥

কল্লকচদে পামজদে করিসু
নিজদে নীংজদে অহেনবা
অসুম্না হিংজবা অসুম্না লৈজবা
পীনবিয়ুনে প্রভু পুন্সি চুপপা ॥

**********

# (১১৫)

## খুরুমজরি নচা ঐখোয়না

খুরুমজরি নচা ঐখোয়না ইমা নঙগী খূয়াখাদা ।।

ইংনা চিক্লা ঙাল্লিবী
শাউদ-চৈদ পূকফবী
পূকচেল তপপী ইমাও
খুরুমজরি নচা ঐখোয়না ইমা নঙগী খূয়াখাদা ।।

লমজিংবীয়ু পঙলবা নচাশিংবু
ওইহনবীয়ু মীথোই মীহৈনবা
ঙমহনবীয়ু ইথৌ পাঙথোকচবা
লমন তোনশিঞ্জদুনা নহাক্কী ইমাও
খুরুমজরি নচা ঐখোয়না ইমা নঙগী খূয়াখাদা ।।

খূজেং পালোইনবীয়ু নচাশিংবু
পূন্সি লম্বীদা লম্মুক্লরবদা
ওইবীয়ু নহাকনা ঐখোয়গী লমজিংবী
মাঙখ্রবদা থৌনা লিংজেল ইমাও
খুরুমজরি নচা ঐখোয়না ইমা নঙগী খূয়াখাদা ।।

**********

# (১১৬)

## খুরুমজরি শেংলবা পুক্লীংগী মন্দিরদা

খুরুমজরি শেংলবা পুক্লীংগী মন্দিরদা
কচ্চরি থম্মোই লৈকোলগী লৈরাংসে ॥

মীহুলগী খোঙচৎনা অরাত্তি কাংশিনি
শেংদোকচরি মিৎস্না মিৎলু পিরাংনা
মন্দিরসে অসুম্না তত্তনা নুংত্তিগী ॥

হে ইমা জগৎকি ইমা
হৈজদে ৱাহৈ ৱাতা ইমানা পেনবীনবা
লৈজদে হৈরাং লৈরাং ইমাদা কচ্চনবা
খঙজদে করম্না ইমাদা চঙজবা ॥

মায়ানা কুপ্লবা মালেমসিদা
পাপনা থল্লবা নচা ওইরিবা
ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু ইরালসিদগী
লুপহনবিয়ু নচাবু পুন্যাগী ঈচেলদা ॥

*********

# (১১৭)

## খুরুমজরি হে ইমা সরস্বতি

খুরুমজরি হে ইমা সরস্বতি
তোল্লবা নচা ননাই ঐখোয়না
চণ্ডজরি ইমা নণ্ডগী খূয়াখাদা
নিজরি বুথি লৌশিং পীনবীয়ুনে ইমাও ॥

লৌশিং লৈবী পীনহৈবী ইমানি
করিসু খণ্ডজদ্রিবা নচা ঐখোয়নি
পীনবীরো নচা ঐখোয়দা ইমানা
থনবা লৈত্রবা লৌশিংগী পূক্কে ॥

শোঞ্জগে ইমাগী নীংথিবী কোলোয়
নুংতি নুমিৎ অয়ুক নুংথিল খায়দনা
ওইজগে লাইশোন ইমাগী কোলোয়না
চাবা থকপা অবা অনা খণ্ডদনা ॥

**********

# (১১৮)

## খোইমু শাখপ তোয়রিঙৈ

খোইমু শাখপ তোয়রিঙৈ
ঙংজরুই হৌমিন্নরকপী লৈরাংদা
ঙাওরি ফৈরি ঙাওদ শাশিন্না
পামজনা নুংশিনা কল্লকনা ॥

খোইমু শাখপ তোয়রিঙৈ
লক্লরুই পোমশাংনবী লৈরাংদা
ঈকাইদা ঈকাইগুম হাইনা হুন্নিদো
মোমোন্নরি লৈরাং নৌজরিবীনা ॥

খোইমু শাখপ হল্লক্লে
ঙংবদি লেপতে ঙংলিয়ে হৌমিন্নরকপীদা
ঙংবদি লেপতে ঙংলিয়ে শাংলিবীদা
ঙংবদি লেপতে ঙংলিয়ে পোমশাংনবীদা॥

খোইমু শাখপ লেপ্লবদা
যৌবনগী মমল থিরদুনা
নীংশিংলুরি অদুঙৈ লৈশাং-তমথিবী
লৈরাংশিং অমমমতা ওইনা ॥

*********

# (১১৯)

## খোইমুও পাখঙও

(পূন্না শকমিন্নবা)

খোইমুও ! পাখঙও !
লৈকোলসিসু নঙগীনি লৈরাংসিসু নঙগীনি
লৈরাং পাম্বক ওইহিরিবী ঐবু
হো হো হেকপিররো হো হো হেকপিররো ॥

লৈরাংও ! নুজাও !
থব্বায়সিসু নঙগীনি হকচাংসিসু নঙগীনি
লৈরাং পাম্বক ওইহিরিবী নঙবুও !
হো হো লৌশিনবিররো হো হো লৌশিনবিররো ॥

লাইজথক্তা শাৎলে থম্বাল কৌগেকো
মালংদা ঙাল্লে থাজ হায়গেকো ॥
পুন্সি খোঙলোয় কায়দনা চৎমিন্নসি
নোক্কে নোকমিন্নসি ব্বারে ব্বামিন্নসি ॥

পৃথি ইমাগী তম্পাক্তা
থাজগুম কোরৌগুম ঙানমিন্নসি ॥
শজিকুম থবাগুম লোয়নমিন্নসি
পুন্সি পচ্চুং য়ৌনবা খৃৎশম্মিন্নসি ॥

**********

## (১২০)

## খোঙলনু বাঁসি নিকহল্লনু থম্মোই

(পূন্না শকমিন্নবা)

খোঙলনু বাঁসি নিকহল্লনু থম্মোই
নতাং তৌরিনি মীনম্বা ওইরিনি ॥

খোঙখিনি বাঁসি নিকহনগনি থম্মোই
ইতাং হৈতে মীনম্বা পামদে ॥

চিংনজৈনে ঐনা নঙবু
শাখপ তোয়বা খোইমুদি লৈরাং খূদিং তোংবনি ।
লৈহি চুপ্প হনখিনি লৈকাগী লৈরিক মাঙখিনি ॥

চিংনরুনু কৈদৌগে
শাখপ তোয়বা খোইমুগুম লৈরাং খূদিং তোংজরোই
লৈহি চুপ্প হঞ্জরোই ॥

ফুগায়না শাৎলো লৈরাং পাইরক্লগেনে খোইমু
ইনীং তৌনা ঙংজরগেনে লৈহিনা থল্লবা লৈকাদা ॥

শাৎচনীংদে লৈরাংনা শাৎলুদুনা কৈদৌনি
লৈমন চনবা পাম্মুজে লৈরাং পুন্সি লোইজনীংদে ॥

*********

# (১২১)

## খোঙলনু বাঁসি নীংশিহল্লনু মাবু

খোঙলনু বাঁসি নীংশিংহল্লনু মাবু ॥

লৈকোলসিদা নীঙাইদনা ফল্লদুনা
নঙগী বাঁসিনা খোংল খোংলদুনা
হৌদোক্লুরনু তুমখুন তানখ্রবী মাবু
খোঙলনু বাঁসি নীংশিংহল্লনু মাবু ॥

অহিংসিদা থামল্বা অহিংসিদা
নঙগী বাঁসি খোঙ্গেল তারগা
অহিংগী ফিজোলদা ঈকায় ঈকি থাদোক্লুনা
থিরকখিবনি নঙবু হল্লা হল্লা
খোঙলনু বাঁসি নীংশিংহল্লনু মাবু ॥

য়ুম্লাক শাগৈ হোংখ্রবী মহাক্কি
পারি নাহোং শেগা য়েপ্লবীনি
থবায় মাগী খোঙ্গানদা লেপ্লদুনা
খোঙলনু বাঁসি নীংশিংহল্লনু মাবু ॥

**********

# (১২২)

## খোঙলরোই ঐগী থম্মোইগী বিনা

খোঙলরোই ঐগী থম্মোইগী বিনা
য়েরুবনবা থম্মোই অমদা খোম্থাং নাইনা
উবীনবা লৈররোই কায়নবৈ মৈচাক
তাবীনবা লাক্লরোই খায়নবৈ পাউজেল ॥

নীংজবা উপাল তুখরে মরু ফুক্লা
কায়দোংফম লৈতরে নাইতোম্লবী পোম্বীগী
আশাগী মন্দির নিংখায়খরে থাজদনা
মাঙখরে কল্পনালক্তগী প্রেমগী মুর্তি ॥

পাইররোই অমুক হন্না চেক্লা
তোংলরোই মহৌশাগুম অক্লাদা
লেল্লগে মপোক লাংওন অসিমদি
নীংনা নীংনা মায়ানি নুংশিবা ॥

*********

# (১২৩)

## খোয়দাজৈ নঙবু নুংশিনা পামজনা

খোয়দাজৈ নঙবু নুংশিনা পামজনা
থদৎকে খঙ্গদে লৈরাং লৈনা
লৈনমদি ফংজৈ মালং শউমদা
শোকচদেনে লৈরাং লৈকাদি ॥

লৈখোঙ ঙাকপা পাখৌ লৈরমলে
শাখপ তোয়বা খোইমু ঙংলমলে
লাইবকথীবা পাখঙ ওইরেদো
মপোক অসে তোল্লবা ঐগীদি ॥

শাৎনীংনা শাৎলো কেজ মৌজ
নীংতম্না নীংজবা আশা পুদুনা
হো হো লৈরাং লৈনম য়েনবী
চাকহল্লু থম্মোই লাংহল্লু পুক্লীং ॥

**********

## (১২৪)

## খোয়দাবা কনানা মাগুদা লেপ্পরবদা

খোয়দাবা কনানা মাগুদা লেপ্পরবদা ॥

লৈরাংনা থল্লবা নিংথিবা লৈকোল
য়ৌরকলে নুংশিবা লৈনম পুন্না
খোয়দাবা কনানা মাগুদা লেপ্পরবদা ॥

খোইমু শাবপ তোয়না পাইররি
লৈরাং লৈকা য়েংনা শুংলরি
খোয়দাবা কনানা মাগুদা লেপ্পরবদা ॥

লাউ গাল্লরো লাউ নুংশিরবা থাবল
নগুগী নগালনা থকহল্লু মালেমসে
লাউ হ্মলরো লাউ লিরিবা মালংবা
নহমনা শুমহংহল্লু নুজাই পৃক্লীংবু ॥

নুংশি পঙ্কুং ফংগমদনা গাইরিবী
করমনা য়ৌসিগে কদুনা শাংচরিবী
লৈরাং ঐদি শাংলগে গুসিদি
লৈকা কল্লা লৈশাং পাল্লা ॥

*********

# (১২৫)

## ঙরাংতা মোমোন মীনোক্লখিবী নঙনা

ঙরাংতা মোমোন মীনোক্লখিবী নঙনা
ঙসিনা পিরাং পিরোইনবদি করিগীনো
নুংশিবা কনাগী কায়ন-পিরাংনো
কায়নখিবা কনাগী পিরাং-খূদোলনো॥

চঙজফম য়্যারেকফম তিন্নদে কনাসু
থাংলিবা খোঙথাংসু মখল মথেলনি
পুন্সিগী পম্বুংফম য়ৌঙমদবীরা নঙবু
খোঙচৎ কায়হৌরবী অমা ওইরিবরা ॥

কায়ন মৈরি কয়ানা কাথেক্লবী
মৈশা ফাওরবী মায়খোঙদো য়েংঙমদরে
নুংশি মৈচাক খাংলিবী নঙবু
খোঙচৎ কায়রবী হায়বদো ওইরবরনে॥

*********

# (১২৬)

## ঙসি অসি করিনো
(পূন্না শকমিন্নবা)

ঙসি অসি করিনো
নঙবু য়েংদুনা অসুম লৈনীংলিবা
ওইদা পৈরে ওইদা ফজরে
য়েত্তা পৈরে য়েত্তা ফজরে ॥

ঈশৈসু শক্লীংই জগোয়সু শানীংই
নতম্বাক্তা ঙানখোইগে নীংজবা ইতৌ তমজগে ॥

পৃথি অসি চৎলি নঙবু ঐবু পুদুনা
পজুংফম য়ৌনবা পামজবা নঙগী ॥

মশকসু উদবা মতৌসু তমদবা
মখোলসু তাদবা শামিনসু ফংদবা
নুংশিবনি হায়নৈ ঐগী নুংশিদি নঙনি ॥

*********

# (১২৭)

## ঙসি অসি পুন্সি অসিদা

ঙসি অসি পুন্সি অসিদা
খাইদগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি
ঐগী মাঙদা নঙনা লেপলি
কাউরুরবী মায়থোঙনা মকা লামলি ॥

কুমজা খুৎথেক কাউখরে
নিঙোল পুন্সি নীংশিংদবা
ইখুৎনা য়েকচখিবা নিঙোলগী শক্তম
কয়াদি কুইরে শোকখিদবা হো নীংশিংলিবরা ॥

মশিং থিঙমদ্রবা থবাননা লৈতেংবা
পুর্ণিমা থাজগী ঙাল্লবা অহিং অমদা
হংখিবা খাহংদা তৃমিননা লৈখিবা
পাউখুমদি পীরম্মুকো উনরিঙৈসিদা ॥

*********

# (১২৮)

## ঙসি কোরৌ নুমিত্তা

ঙসি কোরৌ নুমিত্তা
নুজা ঐগী পূক্নীংসে
করি মতৌনি হায়সিগে ॥

খোয়দাবা নঙনি পাম্মুবা নঙনি
থম্মোই লৈতেং ওইবিয়ু
লাঙলবা পূক্নীংবু থেম্বিয়ু ॥

নুজা মায়থোঙ মোমোন্নজগে
কুমজা কুমওন কাঙদনা
মাঞ্জ নঙগী নকাদা ॥

নিঙোল মপোক লাংওঞ্জগে
মপোক লাংওন বৃদিংদা
থবায় নঙতগী ওইনা ॥

*********

# (১২৯)

## ঙসিগী অহিং পুর্ণিমাগী থাবল

ঙসিগী অহিং পুর্ণিমাগী থাবল
কুমগুন থৃদিং লাকখিনি
কুমজা থৃৎথেক থিঙমদনা
ঙসিগী অহিং পুর্ণিমাগী থাবল ॥

নুংশিবা ঈপোমদা তাউরদুনা
শান্তিগী মপাউ পুরদুনা লাকখিনি
ঙসিগী অহিং পুর্ণিমাগী থাবল
লাক্রোইদবদি নঙতনিকো হো লাইবকথীবী ॥

পিরাং শিঙ্খুরি লেপ্লো য়াদরি
লেপতনা শিঙ্খুরি মায়থোঙ চোন্না
করিগীনো খঙদে মসিরা নুংশিবা
হো নুংশিবা ঐগী নুংশিবা ॥

থাম্মনগী লৈরাং লৈমনবীনি
মল্ল মল্ল হেন্না লৈনুংশিনি
লৈশকসু লৈচুসু মান্নবীনি
লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নখি মতমদো ॥

**********

# (১৩০)

## ঙসিগী কায়নরবী নঙবুও

ঙসিগী কায়নরবী নঙবুও
মপোক লাংঙন বৃন্দিংবদি
খুংনরবী ওইনা লাংঙনসিকো ॥

ঈকায়খীবী নত্তৌ পুরকউ
চেংলৌ শকক্ষম হেংলকনু
মিরবা ঈশৈগী সুর পুদুনা
ইশানৌ খোল্লেন কাম্বরকনু ॥

চংলোকো লাইবক্তা তম্নবা
য়াইফবা মাগী ফশাইকোনদা
লেল্লগে ঙসিদি কপ্পা কপ্পা
লাংঙন অদু ঙাইনা ঙাইনা ॥

চৎখিনু পুদুনা নীংশিং মখি
হাংলুগনু হৌরবা পুন্সিগী লামায়
লেল্লুকো নোক্না নোক্না খোযোন্না ॥

**********

# (১৩১)

## ঙসিগী চিক্লবা অহিং অসিমদি

ঙসিগী চিক্লবা অহিং অসিমদি
কখোক্লবনি নঙগী নফমদা
মিংলু পিরাং খরসিগা ।।

নোংমতসু নঙগী অৱাবদা
শরুক য়াবা ঙমজদ্রবা
ঐসে মতম অমগী শান্নরোইনি ।।

বিথিগী কল্লবা লৈপুললনা
পুল্লিনে ঙসিসু অদুঙৈগুম
করিগীনো ঐনা করিগীনো
হংলুবা ঙমদ্রিবা নঙগী অৱাবদা ।।

য়াইফরবা পুল্সিনি ঐসে
উরমগনি নহাক্লা অসুম্না
করি খোক্লে নঙগা ঐগা
নঙতনা খঙগনি নঙতনা ৱাগনি ।।

**********

## (১৩২)

## ঙসিগী থাবল য়ৌরক্তবরা

ঙসিগী থাবল য়ৌরক্তবরা
পূক্লীং ইহুল পীরক্তবরা ??

থম্মোইদা পানবনি মঙালসু খোঞ্জেলসু
য়াওশং থাগী য়াওশং থাবল
ঙসিগী থাবল য়ৌরক্তবরা
পূক্লীং ইহুল পীরক্তবরা ??

থাবলগী মঙালগা থাবলগী খোঞ্জেলগা
অমত্তা ওইরিবা য়াওশংগী থাবল
শাবি শানৌ মিংস্না তথক তথক্লিবা
মায়থোঙদা হরাউবগী মমি তারিবা ॥

শাইনোন শন্নাং হাইনা চোংবা
শাবি শানৌগী থম্মোই হুবা
মিংস্নাদা তানরিবা অপাম নুংশিগী
থাবলসে নীংশিংদবরনে নঙবু ॥

**********

## (১৩৩)

## ঙসিগী নুমিৎসি নুংঙাইরেহে

ঙসিগী নুমিৎসি নুংঙাইরেহে
নুংশিরেহে পাম্মুরেহে নুংঙাইরেহে ॥

য়েংসু ওইসু মাঙসু তুংসু
নুংশিবীগী নুংশিবী ঙাক্তা
নুংশিবী মরক্তা হেন্না নুংশিবী
হো হো হেন্না হেন্না নুংশিবী ॥

য়েংলিবা মিংচীদুনি ঐনা নুংশিরিবা
য়েংশিন্নদ য়েংলিবা মিংয়েংদো
ঐঙোন্দনি হো খঙদবোই নীংবরা
হো সিনিকো সিনিদা নুংশিবা ॥

নঙগী নুংশিবা ঐগী নুংশিবা
পম্বুংবু তিন্নরম্নবা লম্বীবু মান্নরম্নবা
কায়নগে য়ারোই কায়নদে হায়নি
হো ঙসিগী নুমিৎসি নুংঙাইরেহে ॥

**********

# (১৩৪)

## গুসিগী নোংলৈ নুংশিং মরক্তা

গুসিগী নোংলৈ-নুংশিং মরক্তা
হিংবিনি খোঙকম কায়দনা
অশানবসিগী অমুবা মৈরিলক্তা
কমদৌনা হিংদোইনো নাচুংদনা ॥

য়েংবিনি গুসিগী মালেম থুংনা
পুন্সিনা পুন্সিবু পুন্সিগুম উদবা
থস্মোইগা থস্মোইগা লাপথোক্লরবা
হকচাংনা হকচাংবু ললোনবা ॥

অবিনি মালেমসিগী থৌদোক
মৈচাক-মৈশা খোঙ্গোয়নখিবগী
নাহে-খোঙ্লেল তুংহংগীখিবগী
য়াক্ল-খোয়াউ পাক্লল খোক্তবগী ॥

*********

# (১৩৫)

## ঙসিগী বজাই বেঙ্গুন খোঙ্গেলসিনা

ঙসিগী বজাই বেঙ্গুন খোঙ্গেলসিনা
নিলহৌরনি থম্মোইসিদা কুমওন খুদিং
অহিংসিগী থাবলদা থাজগী মঙালদা
ঙসিগী বজাই বেঙ্গুন খোঙ্গেলসিনা ॥

লৈরম্মি হায়খিনি হুংলকপা তারবা
থাজগুম ইংজবী থম্বালগুম লৈনমচেংপী
কুমওন খুদিং ওইনজখিবী ইনাক্তা
অবাবদা বাবীবা কনাগুম্বী অমা ॥

হো অহিংসিগী থাবলও থাজগী মঙালও
লাকখিনি ঙাল্লখিনি কুমওন খুদিং
নীংশিংহল্লনু লমলানবী ওইগ্রবী কনাবুদি
শিল্পহল্লনু নৌহৌননা মিংলু শিরাং ॥

**********

## (১৩৬)

## ঙসিগী বজাই বেঙ্গুন খোঞ্জেলসে

ঙসিগী বজাই বেঙ্গুন খোঞ্জেলসে
চৈনাখোলনি ঐঙোন্দদি কোক্লরোইদবা পুন্সিগী
খোঞ্জেলনি ঐঙোন্দদি শেন্নবা পিরাংত্তনা
পুন্সি পন্থুংদৈ থৈদোরক্লবা ঈচেলগী ॥

লক্লরনি তত্তনা ঐগী পুন্সিবু
বজাই বেঙ্গুন খোঞ্জেল কয়ানা
থম্মোইদা য়েররনি নুংশিবৈ তেনজৈনা
খাঙ্গনি চৈনাখোল পুন্সিনা হিংলিবমবৈ ॥

শিন্থুরিবা পিরাংসে খঙলরোইদো নত্তদি
পুন্সি লৈপুলগী মেংলবা সূরলক্তো
কচ্চরবনি পিরাংসে খূদোল ওইনা
অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা লৈপুনগী ॥

*********

# (১৩৭)

## ঙসিগী লোম্বোক্তবী ওইরবী নঙবুও

ঙসিগী লোম্বোক্তবী ওইরবী নঙবুও ॥

নীংশিংগে খনগনু মবুংঙোনা খারৌখিনি
অদুঙৈগী বারী অদুঙৈগী থৌদোক
মিংন্না মায়খোঙদা মমি তাহনগনু
ঙসিগী লোম্বোক্তবী ওইরবী নঙবুও ॥

লোন্না থুপনা য়েংজবা নুংশিগী মলোমনি খনগনু
ইরাল লংজবা ওইজগে নুংশিববু মীনম্বা থোক্লবা
খরাই থোক্সান লাননা করিগী লাক্লি মরক মরক্তা
হেন্না হেন্না খাহল্লিবা নুংশিগী নিঙাই হাপলিবরা ॥

থাবল থামৈ ওইরকপা মতমদা
অমুবা লৈচিলনা থাজ মঙাল থংলকপা
পূক্লীংদা অরি থম্মোইদা নিল্লি
অদুঙৈগী বারী অদুঙৈগী থৌদোক ॥

**********

## (১৩৮)

## ঙসিদি খুন্নগে খল্লে ঐসে

ঙসিদি খুন্নগে খল্লে ঐসে
লাকপু লাক্লদি হংবু হংলরদি ।।

ঙরাংসু খুমহৌদে ঈকায়বনা হানখি
হঞ্জিন হঞ্জিন তত্তনা হংলিবা
লোম্বোক্তবা ৱাহংগী পাউখুম
ঙসিদি খুন্নগে খল্লে ঐসে ।।

ৱাজবা ঐনি খঙভুকো নঙগীদমক
চাকচবা ঐনি চাকহল্লিবা মায়খোঙনা
পামজবা ঐনি থাজৌকো নহাক
নুংশিজবা ঐনি পুনবীয়ু ননাক্তা ।।

মায়খোঙদো য়েংনীংঙি পেন্না
ঙমজদে য়েংজবা লোন্না নত্তনা
নুংশিবা খোঞ্জেলদো তানীংই
কাংখোরক্তে করিগী চিনবান ।।

*********

# (১৩৯)

## ঙাইখিনি ঐদি লাকখিদরা নঙবু

ঙাইখিনি ঐদি লাকখিদরা নঙবু
পুম্সি খোঙচৎ লেপত্রিফাওবা
বসন্ত ইহুম লোইহ্রিফাওবা
পৃক্লীংগী পল্লেপফম হোংদ্রিফাওবা ॥

ঐগী ৱাহৈদা নঙনা ৱাশকখি
নঙগী ৱাশক্তা ঐনা ৱাজখি
থাজবা অচেৎপা অনিনা পুজরি নঙবু
পুম্সিগী ফিরেপনি লেঙদ্রবা খোঙফম্লি ॥

শিন্থুরিবা পিরাং মীনম্বা নত্তে
চেন্থুরিবা ঈচেল লেপপা লৈরোই
ইরাৎচনি হন্না হন্না নীংশিংলি'মখে
থম্মোইবু ৱাহল্লিবা নীংশিংবা নঙবুসু॥

**********

## (১৪০)

# ঙাইহরি ঐনা নঙবু

ঙাইহরি ঐনা নঙবু
লাক্লো লাক্লোগবা ঙাইহরি ঐনা নঙবু ।।

নঙ ঐ পুন্না থামিন্নখিবা
শিঙেল চারা নৈশাং তম্নে
মোমোন মোমোন য়েংলে ঐবু
লাক্লো লাক্লোগবা ঙাইহরি ঐনা নঙবু ।।

য়েংলি মৃনা মৃনা শিঙেল নৈরাংনা
ঐবু উরি খৃদিং নৈকোলসিদা
হংলি খুমঙমদ্রবা ঝাহং কয়া কয়া
কদায়দা চংখরে নঙগী ঝাশক ??

হিংজরি ঙসিসু হান্নগুম হোংদনা
নৈখোক কংলবী নৈনা খৃদিংনা
কেল্লরে নৈখোঙদা অমমমতা ওইনা
লাক্লো লাক্লোগবা ঙাইহরি ঐনা নঙবু ।।

**********

# (১৪১)

## ঙাইহরি ঙসিসু ঙাইখিনি নঙবু

ঙাইহরি ঙসিসু ঙাইখিনি নঙবু
পুন্সিগী অরোইবা মিৎকূপ ফাওবা
লোইশিনখিদ্রবা ঋরীবু নিংশিংদুনা
থাজবা মাঙলফাও থাজবা থমদুনা ॥

পনখৈ লৈত্রবা ঋাখলগী ঈপাক্তা
শাংলবা পুন্সিগী লম্বী কয়া
নোক্লা নোক্লা চৎমিন্নখিবা ঐখোয়নি
কাওরবরা নঙবু থবায় ওইবীও ॥

হন্না হন্না কয়ারক য়েংলিবনি
লাক্কদরা খন্না লৈকোলসিদা
নুংশি পম্বুংবু য়ৌগে তান্নিবা
অরেম্বদা তাহল্লোইসিকো হায়নখিবা ॥

**********

# (১৪২)

## ঙাইহ্রিবনি ঙাইহ্রিবা ঐনা মাবু

ঙাইহ্রিবনি ঙাইহ্রিবা ঐনা মাবু
তারমদাই কোরৌ মশেক্কী মঙালদা
লাক্লনি তম্লরৈ মাগী মপাউখোলদি
অদুঙৈগী থাবল ফিজোল শেংলদুনা ॥

পুস্রেনে পেন্নাইদ্রবা পৃক্লীংসে মফমদুদা
অঙৌবা লৈচিলগী ফিরাংজিনা কুপ্লিবা
অহাঙবা অতিয়া লোইনাইদ্রবা
চীংশাং নাপোম নুংশিনা চিক্লবা ॥

অমুকসু য়ৌস্রেনে পৃক্লীং অসে
চীংনুং লোক্লুং চীংজুম মরক্তা
নীংশিংদুনা নুংশি য়াবা পাউদম্লখিবা
মদোম ইদোম কনা য়াওদনা ॥

**********

# (১৪৩)

## ঙাওম্ববসু নশুংলাংগীনি খল্লুকো

ঙাওম্ববসু নশুংলাংগীনি খল্লুকো
ঙাওরক্কবা ইশুংলাংগীনি খল্লগেকো ।।

অহিংবা ঐনা অশিবা ওনম্ববসু
নহাক্তি অহিংবা ওইবীয়ুকো মালেমচুপপা
মোমোন নোক্লগা পৃক্লীং মকা লামলগা
ঙাওম্ববসু নশুংলাংগীনি খল্লুকো ।।

ঐনা শিরববসু হিংলববসু নহাক্তি হিংগনি
করি করম হায়না শৈথাগনি নহাকপু
শোক্লরোইকো শোকহল্লীংলবসু নহাক্লা
য়েংলরোইকো য়েংহল্লীংলবসু নহাক্লা ।।

চংলবনি ঐ ইন্নরকউ নহাক
লাক্লবনি ঐ ঙাইরমউ নহাক
শোক্লরোই য়েংলরোই নঙবুদি
ঙাওম্ববসু নশুংলাংগীনি খল্লুকো।।

**********

# (১৪৪)

## ঙাওজবী নঙগী নতৌদা

(পূন্না শকমিন্নবা)

ঙাওজবী নঙগী নতৌদা
চমজরম্বা ঐগী পুন্সি ঙাওদা ঙাওরে পুন্দুনা পুখরে ॥

লৈজরম্বী ঐগী থম্মোই লৈরমদরে
হো নঙনিদা নঙনি থম্মোই হুখিবা
ঙাওদা ঙাওরে পুন্দুনা পুখরে ॥

থম্মোই লৌরুরে থম্মোইদি মাঙখরে
হো নঙনিদা নঙনি থম্মোই হুখিবা
ঙাওদা ঙাওরে পুন্দুনা পুখরে ॥

ঙাওজবা নঙগী নতৌদা
চমজরম্বী ঐগী পুন্সি ঙাওদা ঙাওরে পুন্দুনা পুখরে ॥

লৈজরম্বা ঐগী থম্মোই লৈরমদরে
হো নঙনিদা নঙনি থম্মোই হুখিবা
ঙাওদা ঙাওরে পুন্দুনা পুখরে ॥

(পূন্না)ঙাওজবা ঙাওজবী অনি চমজরম্বা চমজরম্বী অনি
অমত্তা ওইনা পুনশিল্লেদো ঙসিগী নুমিৎসে॥

*********

# (১৪৫)

## চনলম্মে পুন্সিগী পাউখোঙ অমা

চনলম্মে পুন্সিগী পাউখোঙ অমা ॥

যৌবনগী পুন্সি খোঙচৎ পুদুনা
চিক্লবা হাংলবা তাঞ্জা অমদা
নোংমা থেংনখিবী শকখঙদবী অমনা
চনলম্মে পুন্সিগী পাউখোঙ অমা ॥

অদুঙৈগী ফোংখিদ্রবা পাউখোঙনা
ঙসিসে নৌহৌনা নীংশিংবা পীরদুনা
নীংহন্নরবা ঐগী থম্মোইবু লক্লরি
নুংশিদকো হে লোম্থোক্তবা থম্মোই ॥

নীংশিংলরি চনখিবা পাউখোঙশিংদো
খঙনপ্রবী মাগী লোম্থোক্তবী মিৎম্লানা
মিৎচান্ননা চুংশিন্নখিবা মিৎয়েংশিংনা
মমি তাখরে পুন্সিগী লামাই খুদিংদা ॥

*********

# (১৪৬)

## চৎখ্রবদা নঙনা তাক্লমদনা ঐবু

চৎখ্রবদা নঙনা তাক্লমদনা ঐবু
লেলহৌরে ঐদি পিরাং পিরোয়ননা ॥

নীংশিংদবা লৈতে থম্মোইদা নঙবু
শকচবনি কায়ন ঈশৈ তেংথাদুনা
ঝারৌবা লৈতে নঙোন্দা ঐহাকনা
নীংজবতনি তোয়না বিধিনা তম্লমদ্রবসু ॥

কৌজৈ তত্তনা থম্মোইনা নঙবু
লাকখো শাখিসি লাউ নীশিং ফুরা
চৎখ্রবদা নদোম ঐবু তাক্লমদনা
লেলহৌরে ঐদি পিরাং পিরোয়ননা ॥

ঐগীনি হায়না তম্লমদ্রবী নঙবুদি
ঙাইখিনি মপোক লাংওন খুদিদা
থাজ মঙালনা পীরিবা পামেল মমিদা
হংখিনি নঙগী কায়দোংফম খঙননবা ॥

**********

## (১৪৭)

# চৎনরোল অসিগী ৱাংমদা

চৎনরোল অসিগী ৱাংমদা
শেমলসি চৎনবী অমা ।।

পুন্সিবু ফাগিরা ফাগিবু পুন্সিরা
শক্তমবু খোরিরা খোরিবু শক্তমলা
চৎনরোল অসিগী ৱাংমদা
শেমলসি চৎনবী অমা ।।

অকনবনা অচুমবা ওইরবা
অন্তৌবনা ফজবা শক্লবা
অপামবনা নুংশিবা জয় তৌরবা
অমুবনা অরংববু কুপলবা ।।

চিংহল্লগুমসি নুংশিবগী মচু
অপামবা কৌবা তুরিনা
লৈহল্লসি খেন্নবা মচু মচুগী
উহল্লসি অরংবা মশেক মরিক চুমনা ।।

**********

## (১৪৮)

## চৎলি চৎলি তপ্না তপ্না ঐনা

চৎলি চৎলি তপ্না তপ্না ঐনা
মফম উদনা মায়কৈ খঙদনা
ঙসিগী থাবল ফরবা অহিংসিদা
লুপলদুনা নীংশিংবগী ঈচেল অমদা ॥

নীংশিংলরি নুংশি নুংশিরবা
কাউঙমদ্রবা থৌদোক কয়া
থৌদোক্কী ব্রারীবু লামশিনজরুবা
থম্মোই লাইমন ওইহৌরে।।

নীংশিংলরোই অমতা নীংশিংলরোই
পুবিরো পেনবা নাইদ্রবা পূক্নীংবু
পেন্থোকপা ঙন্নদবা মফম অমদা
হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিং নীংশিংলুদনা ॥

*********

# (১৪৯)

## চৎলো অথৌবা হল্লকখো অথৌবা

চৎলো অথৌবা হল্লকখো অথৌবা
নোক্লা নোক্লা বিদায় পীজরবনি
নীংশিং নীংশিং হল্লগে ইমাগীদমক।।

মিংলুদগী পি মরিক শিন্থুরোই
নীংঙমদবগী মৈশাসু লাংলোই
পাঙদবগী শাগৈ মুৎথৎলবনি
চৎলো অথৌবা হল্লকখো অথৌবা ।।

অকাউবা নঙদি ইনাক্তা লাক্কনু
নীংশিংবখক্তনা অথৌবা নহাকপু
ঈকাইখুম্নবা শকচগনি মতম গুম্বদা
চৎলো অথৌবা হল্লকখো অথৌবা ।।

সংস্কারগী অরোইবা মৈরি চুরবনি
লৈগী অপাইবা দোলাই তোংদুনা
নোক্লা নোক্লা স্বর্গ কাবিয়ুকো
চৎলো অথৌবা হল্লকখো অথৌবা ।।

*********

## (১৫০)

# চৎলোনে কায়নরসি মপোকসিমদি

চৎলোনে কায়নরসি মপোকসিদি
অমুক হন্না উনরগুমসি পুন্সিদা ॥

নঙ ঐগী মপোক লাংওন অমদা
কোলোয় মিংলেন হোংনদনা
ঙসিগী চেংলৌ শক্তম পুদুনা
ঙাইনসিকো অমনা অমবু ॥

ঙসিগী শিন্থনরিবা মিৎলু পিরাংসিনা
চামথোক্লসি মুক্তিফাওবা ৱারীশিংদো
নঙ ঐগী থম্মোই থম্মোইদা থম্লখিবা
নঙ ঐগী পূক্লীং পূক্লীংদা পুন্নখিবা ॥

মপোক লাংওন অদু য়ৌরক্লবা
শেমসিকো নঙ ঐগী নুংশি-ৱারী
থমসিকো লেঙদনা থম্মোই থম্মোইদা
নুংশিবা অনিগী নুংশি-মুর্ত্তি অমমম ॥

**********

# (১৫১)

## চান্নবী নঙবু করম লেল্লিবগে

চান্নবী নঙবু করম লেল্লিবগে
মীনোক মীশা হৈনা পাল্লুকো।।

লমদম তাল্লা লৈহৌরবী
মিৎয়েং ৱাংমা লালহৌরবী
ঐগী থায়নগী লৈনুংশি
ঐগী থম্মোই লৈরাংও !!

লৈখোঙসু শেংবীদে ঈশিংসু চায়বীদে
খোইমুসু তাম্থোকপীদে নামিবসু কৌবীদে
ঐগী থায়নগী লৈনুংশি
ঐগী থম্মোই লৈরাংও !!

পুন্সি পামেল ওইঙমদরে
পুন্সি থৌদাংনা লুমথরে
থবায়না ঈরৈারবাক্কী লেপচরগা
পুন্সিসে লেল্লেদো লমখৈসিদা।।

**********

## (১৫২)

## চান্নবী মাবু করি ওইরিগবা

চান্নবী মাবু করি ওইরিগবা
চান্নবী মাবু করম লেপ্লিগবা ॥

কুমওন কয়া থেংনখিদ্রবা
চান্নবী মাবু করি ওইরিগবা
চান্নবী মাবু করম লেপ্লিগবা ॥

পুন্সিগী লৈকোল অমদা
চেংলৌ শকফম তিন্নখিবা
পূক্নীং থম্মোই শিন্নখিবা ॥

চিক্লবা অহিং কয়া কয়াদা
থম্মোই থম্মোইগী ৱাকৎ তম্নখিবা
পূক্নীং পূক্নীংগী ৱারী লিনখিবা ॥

খুৎশেমগী ফজবা মরক্তা
মোমোন মীনোক কয়াগা
পুন্সি পম্বুং লেপ্নখিবা ॥

**********

# (১৫৩)

## চাংদম্নরুবদা

চাংদম্নরুবদা . . . . . .
নুজাই ঈকায় নুংশি মতৌগা
পুন্সি মীনোক মীশা-খৌদোক্তা
চাংদম্নরুবদা . . . . . .
পুন্সি অসে করিনো হংলি ॥

চাংদম্নরুবদা . . . . . .
বিদায়না থল্লবা হাংলবা থম্মোইগা
নুংশিবনা থাদোকপীরম্লবা কায়রবা আশাগা
চাংদম্নরুবদা . . . . . .
পুন্সি অসে করিনো হংলি ॥

মোমোন মীনোক্লবী মায়খোঙ নঙগী
নুংশুক নুংজানরবী মায়খোঙ মাগী
কয়াদা খেন্নরিবা কয়াদা লাপ্নরিবা
অনিশী মমি তাহৌরে থম্মোইদা ॥

নুংশিদা নুংশিনা পাম্মুদা পাম্মুনা
মিংচানরসু নুংশিনা পাম্মুনা
অরেম্বা ওইরে হাংহৌরে থম্মোই
চাংদম্নরুবদা . . . . . . ॥

**********

## (১৫৪)

## চিক্লবা অহিং থেংলফাওবদা

চিক্লবা অহিং থেংলফাওবদা
করি মরমগী তুমখুন তান্দ্রিবনো
নীংজরুবগী নীংজমন থিরিবরা
কনাগীদমক্তা পাংলিবনো হে মিংম্না ॥

মিংলু পিরাং শিঙ্থরিবা করিগীনো
থম্মোইসে থম্মোই অমদা চংশ্রবরা
নৌহৌরবা পূক্লীংনা পূক্লীংবু থেম্লিবরা
হৌশ্রবা পুন্সিগী লাইমন কাংলিবরা ॥

হে অহিং নহাক্লা পুবীরি ঐবু
মফম অমদা য়ৌবসু ঙম্নরোইদবা
উহনবীরি মতম অমগী মরূপলোই অমবু
করিদি কান্নরি ঐঙোন্দা অহিংসে ॥

**********

# (১৫৫)

## চিক্লবা অহিং পোথাফম খণ্ডদ্রবদা

চিক্লবা অহিং পোথাফম খণ্ডদ্রবদা
চৎখি নীংজবা কনাগী নাক্তা
হৌখ্রবা নীংশিং মমি পুদুনা
হল্লকখি মিৎম্না পিরাং পিরোইননা ॥

কুন্দো পরেং য়ৌরকখি মাঙদা
তনৌ তনৌরবী খূৎশালক্তগী
মোমোন মায়থোঙনা শমজিরৈগা লোয়ননা
মাঙখি অমুকসু কল্পনা ঈপাক্তগী ॥

নুমিৎতুগী বজাই বেঙ্গুন খোঙ্গেল্লক্তা
মিৎলু পিরাং শিম্ফুনা কপখিবা
তুমিন্না ইদোম কনা য়াওদনা
করিগী নীংশিংহল্লিবা হে চিক্লবা অহিং !!

* * * * * * * * * *

# (১৫৬)

## চিক্লবা অহিংগী চিরবা মিংকৃপতা

চিক্লবা অহিংগী চিরবা মিংকৃপতা
করিগুম্বা লাক্লম্বী শাঙ্গিন ফংলবা
ঐনিকো ঐনিদা কনা য়াওজনা
লান্না খন্না লাকপদি নত্তেকো ॥

মচুদনি উগদবা মশক্তি থৌরক্করোই
মচু মচু নঙগী মচুনি পামজরিবা
মচুসিদনি ভাওজরিবা কনানি নঙনা খঙনিবা
লান্না খন্না লাকপদি নত্তেকো ॥

চান্নবা-চান্নবী নুংশিবা-নুংশিবী কয়ানা
নুংশি খূদম থমনবি মালেমদা
খঙবা-খঙবী নীংজবা-নীংজবী অনিমীদি
খঙবা খূদিং খঙজনা নীংনখরে
খঙবিদনবা কনানা মালেমসিদা ॥

**********

# (১৫৭)

## চেনখিদ্রবা ঈচেলনা চেল্লরে

চেনখিদ্রবা ঈচেলনা চেল্লরে
লিরি লিরিনা তপ্না তপ্না ।।

নীংশিংলি নোংমগী মল্লক্লবা মতমদা
শারবা কালেনগী নুংশানা নেমথখিবগা
লম্বী লমজিনদা ওইগী খুবী চীক্লদুনা
ঈকাই নুংশি য়াননা মায়োক্লখিবী ।।

করিবু নীংশিংলকপনো করম্বা ঈচেলনো ?
ঐবু পুবিরিবা অকাউ-পরেনা কুপশ্লবা
মমি শাগ্লিরবা থৌদোক কয়া কয়া
ঙসিগী নুমিদাংবাইরমসিগী ঈচেলদা ।।

মীগী ওইশ্লবী মহাক্কি মতমসে
মহাক্কী ওইরম্বা ঐনি মতমদো
হো নীংতম্না পাইরিবা চেক্লাও পাম্মুবী
নোংমদি পুল্লম্মিকো থম্মোই-অক্লাদা ।।

**********

# (১৫৮)

## তম্বীরু থাহৈসে নঙগী নুংশিবদা

তম্বীরু থাহৈসে নঙগী নুংশিবদা
লাওদবী ঐনি নঙগী নুংশিবদা
নকাদা য়েংচদে মতৌদা ঙাওজবীনি ॥

খোঞ্জেল তাজে অমুবা খোইমুগী
য়েংজবদনি কৌশিল্লদে কৈদৌঙৈদা
নকাদা য়েংচদে মতৌদা ঙাওজবীনি ॥

খুংনবা নৈরোই কায়নবা ফংলোই
ঙাওরবী ঐনি ঙাওরবীনি ঐদি
মাবু য়েংজরগা ঙাওজবীনি ঙাওজবী ॥

অবাংবা পামেল নৈরাংও
নৈরাং নৈকা শোকচদে
নৈনম নৈশাং য়েংনা শাংলুকো
নৈনমনা হেলখিনি নৈশাংনা থাংহৌনি ॥

**********

# (১৫৯)

## তৎস্ত্রবা পুন্সি লৈপুননি

তৎস্ত্রবা পুন্সি লৈপুননি
নৌহৌনা পুনশিনবা য়াররোই ॥

বিনাগী তৎলবা তারানি
মিরবা খোঞ্জেল থোক্লরোই
তৎস্ত্রবা পুন্সি লৈপুননি
নৌহৌনা পুনশিনবা য়াররোই ॥

পূর্ণিমাই থাবল তন্ত্রনা লাক্লিবা
অদুম মমহৌরনি থাশিগী অহিংসিমদি
কুমওন কয়াগী বসন্ত কয়ানা
হাপলরোই মঙাল ঐগী পুন্সিদা ॥

মৃৎলবা থাউমৈনি মন্নবা পুন্সিনি
অমুক হন্না লাক্লরোই মঙাল
লন্মী মাঙলে খোঙথাং লেপলে
পম্বুংফম লৈতে পল্লেপফম খঙদে ॥

**********

# (১৬০)

## তাইবং মীরল্লেন ঝাংমদা

তাইবং মীরল্লেন ঝাংমদা
নুংশি শক্তমসে পুদুনা
ইদোম চংলগে নুংশিবা
কায়নৌ তল্লল্লে লাইবক্তা ॥

নোংদম চৈথেংনা য়েবদা
কেনখরে লৈনাসু চোইজাইনা
থম্মোই লৈরাংসু কংঙমদরে
নুংশি মঙলানসু কায়খরে ॥

নুংশি লংলাগী লংজিনদি
চেংনা কিহৌরি থম্মোইদা
মথং মপোক্তা শল্লসি
নঙবু ঙাইরমগে চাল্লবা ॥

**********

# (১৬১)

## তাখিদবদি নত্তেকো নঙগী নুংশিবা

তাখিদবদি নত্তেকো নঙগী নুংশিবা
কখোকপ্রবী নিঙোল ঐগী থম্মোইদা
থঙখিদবদি নত্তেকো ঈকায়নুংশি মতৌদা
মরুক মরক্তা করিগুম্বদা ওইনবীরকপা ॥

লাইবকথীবী নিঙোল ঐগী মপোক্কি
পখৌনা পাউতাক্তে পলেমনা পাউমেন্দে
করিগী লাক্লিবা নিঙোল শঙাইদা
বিখিনা তম্নমদে নঙ ঐগী পম্বুং ॥

নুংশিদে হায়খিদে পামজদে পনখিদে
লোম্লোক্তবী ওইখিবা পাখঙ নকাদা
লাম্লোকপ্রবী নিঙোল থম্মোই ওইবননি
থারৌনগুমসিক্তে লাইবকথীবা পাখঙও ॥

**********

# (১৬২)

## তাংজফম পীবীয়ু তাংজবনা পুন্সিনি

তাংজফম পীবীয়ু তাংজবনা পুন্সিনি
শিজনীংই ননাক্তা হিংজনীংই নকাদা
তাংজবী মপোক্তা পোক্লবীনা নিজরি
তাংজফম পীবীয়ু তাংজবনা পুন্সিনি ॥

আশাগী মৈরি মৃৎলবী তাংজবীনা
পুন্সিসিমগী কায়দোংফম থিরকপা
মহূ চেনবা মৈরি মৈশালক্তা
চাকওমদ বানা খাঙলে পুন্সিসে ॥

ফজবা খুদিংনা ফজববু পামজবনি
অথীবা অমত্তনা অথীববু পামজদবনি
পুন্সি অমনা পুন্সি অমবু মীরাইবীরবরা
লাচ্চরিবা থম্মোই কখোকপ্রবরা অমদা॥

*********

# (১৬৩)

## তাংজবী উরিগী মপোক্কি ঐদি

তাংজবী উরিগী মপোক্কি ঐদি
তাংজনীংখি নাক্তা হৌরি উপালসিদা
উপালদুদি উপালদুদা তাংজনা শাংলিবী
মেলৈ লৈশ্না লৈরাংলেনগী ওইরম্লে ॥

তাংজবী উরিনা কনাবু বারৌগনি
তাংজবী উরিগী করি উপায়নো
অনুতাপকি মৈশা লাংলবা মৈরি
ইদোম চুখৎচর বাজবা তাবনি ॥

য়েংবিয়ু য়াংনা পাইরিবা মৈরিসে
নোংমদোন খেংনা চাকখংলক্লিবা
মৈরিসিদা য়াওরিবনি শক্তম ওইনা
লাইবকথীবী উরিগী নীংশিং বারী ॥

**********

# (১৬৪)

# তাংজহৈবী উরিনি নওগীনা

তাংজহৈবী উরিনি নওগীনা
খাদেক্লবী খাদোইনি ঐগীনা ॥

লৈনমদি ফংজখি লৈশক্তি উজখিদে
মীতাংজখিনে পামজনা নুংশিনা
তাংজহৈবী উরিনি নওগীনা
খাদেক্লবী খাদোইনি ঐগীনা ॥

লৈরাংগী লৈনম্না ওইরবে য়েক্লবা
খম্মোই খম্মোই নওগী ঐগী মরক্তা
পৃক্লীং পৃক্লীং নওগী ঐগী মরক্তা
চওখরে মীচং লৈরাংসু লৈনমসু ॥

নীংশিংবগী পৃক্নৈনা মক্লেং তারমদ্রবা
কাউগে খল্লবসু কাউবা ঙম্লরোই
নুংশিবগী পান্দম্না চংদমবীনবা লৈরমদ্রবা
লান্দবনি নুংশিরবা তাংজবী উরিবু ॥

**********

# (১৬৫)

## তেংথারুনু চান্নরম্বী কায়নখ্রবীদা

তেংথারুনু চান্নরম্বী কায়নখ্রবীদা
নুংশিবগী মলোমনি খনখিনি
পৃক্লীংগী পোৎলুম খাঙজবনি
খনবীবা লৈরোই হায়জবা তারোই ॥

চিক্লবা অহিংগী নুংশিবা দৃশ্যাদা
য়েঙ্থোকউ নঙনা নঙগী নুংশি পোৎলুম
নীংশিংঙু অদুগুৈ নুংশি থৌদোকপু
শিঙ্থহল্লু লেপগা লৈতনা পিরাং ॥

নুংঙাইবা ওইয়ু য়াইফবা ওইয়ু
শোল্লিবা চীনবাননা নীংজবা কনাগীনো
খঙবীনবা লৈরোই তাবীনবা লাক্লোই
পাল্লমগদরনে চান্নরম্বী অমগী থম্মোইদদি ॥

**********

# (১৬৬)

## তোবর্বান অনিনা উনখিদ্রবসু

তোবর্বান অনিনা উনখিদ্রবসু
পুন্সি ঈচেলদি ঈপাক য়ৌখিনি
তোবর্বান অনিনা ঙাক্ল-ঙাক্লদুনা
হো ঐসে নঙগী পুন্সি তোবর্বান্নি ॥

লাকচগে তোবর্বান অমদগী
লাকপীয়ু নহাকসু বাংমদগী
ওইবীয়ু ঈচেলনা নঙগী পুন্সি
ওইজগে ঈচেলদুবু পুরিবা লাইজ ॥

চেনখরো ঈচেল লাইজবু পুদুনা
য়ৌরুরসি ঈপাক ঈয়ায় তাত্রমবা
নঙনা ঈচেল ঐনা লাইজ ওইনা
ঙাল্লগে থাজগী থাবলগুম ঈপাক্তা ॥

**********

# (১৬৭)

## থম্বাল কৌগে নহাকপু

থম্বাল কৌগে নহাকপু ঙসিদি
চীংগী থম্বালনি তাংনা শাৎচবীনি
ঋানা ফংজবা লৈরাংগী লৈনমনি
ইনাক্তা য়ৌরক্লিবা লিরিক লিরিক্লা ॥

ইংজবী লৈনমসিবু ফংজবা ঙম্লবদা
যৌবন পুল্সি নৌহৌনা হৌরগুম
উরিসে মায়খোঙনা উৎলদুনা নঙসু ঐসু
অসিসু নুংশিবনিদা নহা অহল খায়দবা ॥

য়েংঙুনে শাৎলগে শাৎলিবী থম্বালসে
মশকসু মচুসু মনমসু লৈরিকসু
ঙম্লা তিল্লরে থম্মোই থম্মোইদা
ঙম্লা মকা লাল্লরে পূক্লীং পূক্লীংদা ॥

**********

# (১৬৮)

## থম্মোই অক্লাদগী থাদোকপীব্রবী

থম্মোই অক্লাদগী থাদোকপীব্রবী
নাম্থোকপনি খনগনু থাদোকখিবনি ॥

পুনখিগেদি নীংলি পুল্লরোই লেপলে
থাদোক্লরোইদি খল্লি থাদোক্লগে লেপলে
থম্মোই অক্লাদগী থাদোকপীব্রবী
নাম্থোকপনি খনগনু থাদোকখিবনি ॥

থাদোক্লরোই খল্লা মপোক অসিমদি
হৌমিন্নরকপী নঙগী থম্মোইবু পুঙখিবনি
যৌবন পুন্সি বসন্তগী ইথিননা লাকপগা
নীংখীরমদরে ঐবু ঐতনা নীংজবা নত্তনা ॥

নীংশিংখীরমদরে ঐতনা নীংশিংজবা নত্তনা
অদুঙ্গী খুল্লোকপী মুমশাবী অমাঙ কোয়রেং
নীংখীরমদরে ঐবু ঐতনা নীংজবা নত্তনা
করিদি ওইহৌরনি ঐগী পুন্সিসে হো থাদোকপীব্রবী ॥

*********

# (১৬৯)

## থম্মোই থম্মোই লোয়নরিঙৈ

থম্মোই থম্মোই লোয়নরিঙৈ
নোকচখিবনি ঐগী পুন্সিসে ॥

থম্মোই থম্মোই লাপ্নরবদা
বাহল্লে হেন্না হেন্না পুন্সিসে
থম্মোই থম্মোই লোয়নরিঙৈ
নোকচখিবনি ঐগী পুন্সিসে ॥

থম্মোইনা থম্মোইবু য়েক্লহল্লে
নীংশিংহল্লনু করমনা ওইখিবনো
মচেং তানশ্রবা থম্মোইগী পাউনা
ওইররে পুন্সিগী অরোইবা পাউদম ॥

কাউশ্রসনু চীংয়াগী নুংশি বারী
উহল্লনু নুংশি পাউদম মায়থোঙ
নুংশি-ঈচেল লেপশ্রবা তোবর্বানদা
লেল্লগে পুন্সিগী পোলোয় ফাওবা ॥

**********

# (১৭০)

## থম্মোই পান্দবীনি হায়বীনু

থম্মোই পান্দবীনি হায়বীনু
নুংশি থজবীনি ভাকপীনু ॥

কথোক্লুরে মপোকসিদি নুংশিজবা কনাদা
থাদোকপীরো ঐগী ওইবা নুংশিবা
থম্মোই পান্দবীনি হায়বীনু
নুংশি থজবীনি ভাকপীনু ॥

মপোক লাংওন অমদা
ঙাইজগে তোল্লবী ননাইনা
কোলোম্ন মিংলেন হোংদনা
মিথয়েং মীনোক লোয়ননা ॥

লাংওনবীমুকো ঙসিগী নমলানবা
নঙগী ওইবা মপোক অদুদা
চেংলৌ শকথম হোংদনা
ইশানৌ খোঞ্জেল কায়দনা ॥

**********

# (১৭১)

## থম্মোই পান্দে হায়রসিরা

থম্মোই পান্দে হায়রসিরা
মিংয়েং থঙদে থল্লসিরা
তৌশিন্নবদি ওইরমনুকো
থম্মোই পান্দে হায়রসিরা ॥

নুংশিবসু পীবিবা ঈকায়বসু তশ্বীবা
করিগী থঙবীদে করিগী উবীদে
নূজা ওইবীগী বসন্তগী থাকৎ
লিশাং থারবা যৌবন পুন্সিদা ॥

ননাক্তা অমুক্তি লাক্লম্বনি কাউরবরা
করিনো থরদি হায়রগে থল্লদুনা
ঈকায়খীবী মপোকনি নীংশিংদনা
হায়জবদি ঙমজদ নমাঙদা লেপখিবনি ॥

নুংশিরবসু নুংশিবা শাদবা
তৌশিন্ননা উশিন্নদা ওইরবা
য়ারোইকো য়ারোই থাঙমিন্ননি মৈচাকসে
মৈরোয়রক্লিবা ঐগী থম্মোই লকানুংদা ॥

**********

## (১৭২)

## থম্মোইগী থম্বাল

থম্মোইগী থম্বাল নঙবু কৌরিয়ে
লাকখো লাকখো অমুক্তনি উনবিসি ॥

নুংশি নুংশি চংখ্রবী
অশাম নুংশি লমদা
নুংশি খূদম্লা মাঙওইবী
থম্মোইগী থম্বাল নঙবু কৌরিয়ে ॥

ইশুংলাংগী লৈমন চনখ্রবী
অহাংবা মালংদে য়েংলক্রিবী
নুংশিমল শিংলখো উংলিবী
থম্মোইগী থম্বাল নঙবু কৌরিয়ে ॥

বাখলগী তুরিনা নুংশিবা মচুগা
থম্মোইগী লৈমায়দা য়েক্লিবী
পূক্নীংগী পেন্নখম ওইহনিবী
থম্মোইগী থম্বাল নঙবু কৌরিয়ে ॥

*********

# (১৭৩)

# থম্মোইগী মৈরিসে কৈদৌঙৈ মৃৎকনি

থম্মোইগী মৈরিসে কৈদৌঙৈ মৃৎকনি
চাকখংলক্লিবা মৈরি নাইনা থম্মোইনুংদা
কায়নবগী তেংথাখোলসে কৈদৌঙৈ লোইগনি
ফাউরক্লিবা থম্মোই শিনবা থুংনা ॥

অনৌবা পুন্সিনা অরিবা পুন্সিবু নীংশিংলমদ্রবা
মৃৎলমগনি থম্মোই মৈরি থম্মোই থম্মোইদা
লৈরম্লোই থম্মোই তেংথা থম্মোই থম্মোইদা
নুংশিদকো অদুঙৈগী পুন্সি পাম্মুইদকো ॥

করম্না তাখিবা করম্না লাকখিবা থম্মোই থম্মোইদা
খাঙনখিনে অমসু অমসু তনিক তনিক্লা
তত্তনা কায়হৌবিরে তত্তনা ইরাং হৌহল্লে
নুংশিবগী তুংনফম ওইরিবা থম্মোই থম্মোইদা ॥

**********

# (১৭৪)

## থম্মোইদা পানখিদ্রবদা

থম্মোইদা পানখিদ্রবদা নুংশিজৈ ফোঙজবা
করম্বা থম্মোইনা কায়রোইদবা লৈবগে ?
পাল্লেনে থম্মোইদা খাঙজরনি চৈনাখোল
কায়রো মচেং মচেং কেল্লোনে হে থম্মোয় !!

লেপ্লো হায়ররোই থবায়না লৈরি'মখৈ
লাকখো হন্না হন্না থম্মোই কায়নবা
য়ৌরকখো নীংলরোই মপোক'সিদদি
নহাক্কী মীনুংশিগী মিংয়েংদুদি ॥

নুংঙাইবা ওইয়ু য়াইফবা ওইয়ু
পুন্সিগী চিরবা মিংকৃপ খৃদিংদা
পীনবিয়ু পোত্থাকমদি লাংলবা পৃক্লীংবু
লূপচদুনা নঙগী কম্লনা ঈপাক্তা ॥

**********

# (১৭৫)

## থম্মোইনা থম্মোইবু থেমখরে

থম্মোইনা থম্মোইবু থেমখরে
পূক্নীংনা পূক্নীংবু পুনখরে ॥

মায়থোঙগা মায়থোঙগা মোমোন্নখরে
মিৎম্নাগা মিৎম্নাগা মিৎচানখরে
পাখঙ লৈশা অনিমদি
পুক্নীংনা পূক্নীংবু পুনখরে
থম্মোইনা থম্মোইবু থেমখরে ॥

যৌবন পুন্সি বসন্ত মতম
লেংগা লেংগা হৌন হৌন
পুল্লপ পুল্লপ চৎমিন্নে নোকমিন্নে
অমগা অমগা ইখঙ খঙনখি ॥

নীংজবা য়াওনৈ হায়দোকপা ঙম্মদে
পামজবা য়াওনৈ অমদা অনি অহুমনা
পাখঙ লৈশা অনিমদি
পূক্নীংনা পূক্নীংবু পুনখরে
থম্মোইনা থম্মোইবু থেমখরে ॥

*********

# (১৭৬)

## থব্রায় হাপলি নুংশিবা নঙনা

থব্রায় হাপলি নুংশিবা নঙনা
খৌনা পীরি পাইমা ৱাখলসু
করিদি কান্নরি নুংশিবা নঙোন্দদি
হো শোকপা ফংলরোইদবা নুংশিবা ॥

হিংলিবরা ঐ ওইরিবরা মীওইবা
করিগীনো নীংশিংহল্লিবা নঙবু
পাপ পুন্য লৈবরা নুংশিবদা
য়ুম্লাক শাগে ৱায়বরা নুংশিবদা॥

পেল্লোবা পৃক্লীং খেল্লোবা থম্মোই
নীংলদুনা নুংশিবা নহাক্তি নুংশিবদুনি
হংলি পামলিবসি করিনো ঐনা
খুন্নি নুংশিবনি নুংশিবা নুংশিবনি ॥

*********

# (১৭৭)

## থবায়গী শনারৈ কেল্লেদো ঙসিদি

থবায়গী শনারৈ কেল্লেদো ঙসিদি
মতম্সী নোংলৈ নুংশিংনা হন্দ্রদা
ইস্ফাল কৌবী ভুরেলগী লাইজনুংদা
তিল্লেদো সনা হকচাং মালেম লৈরোন্নুংদা॥

কৌরকখিনু নঙগী অপাইবা থবাইনা
হিংখিগে ঐদি কায়ন মৈশা মরক্তা
লমন শিংলমগে লমনসু শুন্নমগে
কংলক্কে লৈশরেং মোংফমদা নুংতিগী ॥

মঙলানদা লাকখিনু নুংশিনা য়েংলকখিনু
পুন্সি থৌদাংনা লুমলি থবায়দগী
লাকনি ঐসু নতুং ইন্নকখিনি
নোংমদি শোয়দনা নঙগী ননাক্তা॥

**********

# (১৭৮)

## থাদোকপীনু ঐবু

(পূন্না শকমিন্নবা)

থাদোকপীনু ঐবু ননাক্তা পুন্সিগী নাওকোনবীয়ু
লৈজবা পুম্বা ওইবীয়ু নঙগী ॥
থাদোকলোই নঙবু
ঐগী পুন্সিসি নঙগীনি নঙগী পুন্সিসি ঐগীনি ॥
থবায়সিসু নঙগী থম্মোইসিসু নঙগী
ঐগী হায়ববু নঙসে ঐগীনি ॥
হো নুংশিবী ॥
অশেংবরা ॥
অশেংবনি ঐগী নুংশিবী থাদোকপীনু ঐবু
ননাক্তা পুন্সিগী নাওকোনবীয়ু
লৈজবা পুম্বা ওইবীয়ু নঙগী ॥
থবায়সিনা নঙগী ওইরবা ॥
হকচাংসিনা নঙগী ওইরবা ॥
হো নুংশিবা ॥
অশেংবরা ॥
অশেংবনি ঐগী নুংশিবা থাদোকপীনু ঐবু
ননাক্তা পুন্সিগী নাওকোনবীয়ু
লৈজবা পুম্বা ওইবীয়ু নঙগী॥

**********

# (১৭৯)

## থাবল মমি অমতা তাখিদ্রবা

থাবল মমি অমতা তাখিদ্রবা
চিক্লবা পূর্ণিমাগী অহিং অমদা
লুপচখি কনাগী নুংশি কল্পনাদা
অদুঙৈগী নীংশিং মমি থল্লদুনা ॥

পূর্ণিমা থাজনা থোক্লকপা ঙাইখিবনি
লেপ্লদুনা লৈনমচেনবী কুন্দোই লৈকোন্দা
য়ৌরকখি চেংহী মনম শল্লাংগী
নিঙোলনা থারকপা পাউজেলগুম ॥

উররোই থাবলসু পূর্ণিমা থাজগী
মাঙখরে কুন্দো পরেংসু খুংশালক্তগী
অদুঙৈগী পিরাংতনা য়োমদুনা লেংশ্রবা
থাবলনা চাল্লবা পূর্ণিমাগী অহিংদা॥

**********

## (১৮০)

## থাবলনা য়ৌরমদ্রবা মালেমদা

থাবলনা য়ৌরমদ্রবা মালেমদ
নৈরমলোই থাজমী নুংশিবা
কোক্করোই শংদ্রবা মচুনি
চাযথোক্কসু লাক্ত্রবী পিরাংনা॥

মিরবা সুমদা শক্লিবা ঈশৈমী
অউথনরি অসুম সুর মিচন য়ৌনবা
শাউখুম মংখিদ্রবা নুংশিবা কমানা
শিহুরি পিরাং অয়নবম খওনা॥

থারৌরবা মশেমোই মিশিং মিশিংনা
পুন্সি কয়া কয়াদু করিনো হংসি
থাজমী থাবল থাবলমী থাজ
অনিমী খেরবদা দুশমি অমসু অমসু ॥

**********

# (১৮১)

## থাশিগী অহিং অমদা

থাশিগী অহিং অমদা
অতিয়াগী খিঙমদ থবানলক্তা
ঐহাকসু অমা ওইরুরি
অমম্বা মালেমবু য়েংলদুনা ॥

চিক্লা ইংনা ফজরবা অহিংনি
কনানা করিগী খুৎলাম তোইখিবা
নীংশিংলি পুম্নি মপান সিরিথক্তা
য়েংলদুনা অতিয়া মকোয় শিনথুংনা ॥

খরাই থোঙ্গান লাল্লদুনা
থাজগুম থবানগুম ঙাল্লিবী
চান্নবী নহাক নংতরা
অদুগুম্বগী ঐবু লমজিংখিবা ॥

হো নুংশিরবী মরূপ পুন্সিগী মরূপ
মপাঙ কায়নগ্রবা চেক্লা অমনা
চাক্তাকম নৈতনা করম্না লেন্দোইনো
পাউখুমসিমদি ঙাইহরি পুন্সিগী ঐনা ॥

**********

## (১৮২)

## থুপচগে থম্মোইগী মন্দিরদা

থুপচগে থম্মোইগী মন্দিরদা
লোৎপীয়ু পূক্নীংগী মন্দিরদা
শাৎচগে লৈরাং ওইনা
ঙংবীয়ু খোইমু পূকফবা ॥

নঙগী শেংলবা মন্দিরসিদা
শাৎহনবীনু লৈরাং অনিশুনা
পূক্নীংগী লোৎলবা লৈকোলদা
ঙংহনজরোই খোইমু অনিশুনা ॥

লৈশক চুম্বীনি তনৌজরিবীনি
লৈকাগী লৈরিক কংদ্রিবীনি
চিংনদুনা লৌশিনবীদবা তৌবীনু
পামজনা চিংনদনা লৌশিনবীয়ু ॥

**********

# (১৮৩)

## নকাদা য়েৎলরোই নতৌদা ঙাওররোই

নকাদা য়েৎলরোই নতৌদা ঙাওররোই
নীংশিংবা অকাউবা পুর্ণিমাগী থাবল নখোয়না
তশ্বীয়ুকো নকাদা য়েৎলরোই নতৌদা ঙাওররোই ।।

চান্নবীগী শক্তম লৌরিবী হো নীংশিংবা
তশ্বীয়ু নকাদা য়েৎলরোই নতৌদা ঙাওররোই
অদুগা পুবিনু ঐবু নঙগী ইহ্মদা
লেপতনা শিঙ্গুরক্লিবা মিংলু পিরাংনা
হাপলরোই ঈনোং নঙগী ঈচেলদা ।।

লাংওনগী শক্তম লৌরিবী হো অকাউবা
তশ্বীয়ু নকাদা য়েৎলরোই নতৌদা ঙাওররোই
অদুগা চৎখিনু লেঙদনা লৈবীয়ু ইনাক্তা
লাইবক থীবা মপোক অসিমদি
শেন্নসি ঈচেল নঙভগী ওইবা ।।

হে পুর্ণিমাগী থাবল অথোইবী
তশ্বীয়ু নকাদা য়েৎলরোই নতৌদা ঙাওররোই
অদুগা ঙাল্লুকো লুপা অহিংবা মচুগুম
অহিং চুপপা পাখঙ পুক্লীং হুনা
লক্লগে খনগনু তোল্লবা ঐবুদি ।।

*********

# (১৮৪)

## নঙোন্দা ঙাওজবীনি

নঙোন্দা ঙাওজবীনি ঙাওজবিনি ঙসিসু
ইনীংতম্বা থম্মোইগী ইহৌরকপা
ইবৌলাংবা নুংশিবা পুন্না ॥

অহেনবা পামজদে অরাংপা নৈজদে
নঙতনিকো ঐগী থম্মোইগী মণি
থম্মোইদা লেঙদনা ঙানবিয়ু মতম্চুপপা ॥

ঙাওজবী নঙগী মীনোক অমদা
পুন্সিবু অসুম কাউথোকহল্লি
ঙাওজবী নঙগী মিংখ্রেং অমনা
পুন্সিবু অমুক নীংশিংহল্লি ॥

ঙাওজগেকো পুন্সিনা নৈবা তাল্লিরৈ
ওইনজগেকো পুক্লীংগী আশা নৈরিরৈ
নঙোন্দা ঙাওজবীনি ঙাওজবিনি ঙসিসু ॥

**********

# (১৮৫)

# নঙ ঐদি তোবর্বান অনিনি

(পূন্না শকমিন্নবা)

নঙ ঐদি তোবর্বান অনিনি
নুংশিবা ঈচেলবু ঙাকলিবা ॥
ঈচেলনা ঈপাক য়ৌখি
শম্লখিদে তোবর্বান অনিনা অমগা অমগা
নুংশি ঈচেলবু ঙাক্ল ঙাক্লদুনা ॥
করিগী নঙনা ঐবু নুংশিরিবা
নুংশিবগী পন্থুংদি নুংশিবসু নত্তনা
থাগোন্নজবদনি নুংশিববু তোবর্বান অনিনা ॥
করিগী নঙনা ঐবু নুংশিরিবা
নুংশিবগী পন্থুংদি নুংশিবসু নত্তনা
থাগোন্নজবদনি নুংশিববু তোবর্বান অনিনা॥
করিগী ঐনা নঙবু নুংশিরিবা
মসিনি থম্মোইনা হংলিবা তত্তনা ॥
করিগী ঐনা নঙবু নুংশিরিবা
মসিনি থম্মোইনা হংলিবা তত্তনা ॥
(পুন্না) হংউ নদোম নথক্তা
থম্মোই থম্মোইদা ফাউনরিবা
তোয়না তোয়না য়েংনীংলিবা
মসিবু নুংশিবা নত্তরা ॥

**********

# (১৮৬)

## নঙ লাকঅবোইরে

নঙ লাকঅবোইরে ঐদি তুমথরুরমানে
নঙবু ঙাইনা মঙলানসিদা
নঙগা ঐগা হো মঙলানসিদা ॥

থংনবা মালেম অমদা
মচু মচুগী লৈকোলদা
মনম মনমগী লৈরাংনা শাংলি
খোইমু ঙংলি ইন্নি তোংলি ॥

শকলি ঈশৈ কয়া মঙলানসিদা
মখল মখলগী সুরদা
ঐগী ঈশৈনা নঙবু কৌরি
নঙ লাকঅবোইরে ঐদি তুমথরুরমানে ॥

করিনো খরদি হায়য়ু
ঐসু তমগে পাউ অমা
পান্নরা চান্নরা নুংশিনরা মঙলানসিদা॥

**********

# (১৮৭)

## নঙগা ঐগা য়েংনৈ

(পূন্না শকমিন্নবা)

নঙগা ঐগা য়েংনৈ
নঙগা ঐগা নুংশিনৈ
নুংশিনবসি পকচদরা ?

পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নসি
নোক্নে নোকমিন্নসি কপ্নে কপমিন্নসি ॥

পুন্সিগী অৱা নুংঙাইনি নঙ ঐসে
অমনা ঈচেল্নি অমনা ঈপাক্নি ॥

ঈচেলনা ঈপাক তন্নি
ঈপাক্না ঈচেল ঙাইরি
শোয়দনা উননি শোয়দনা তিন্ননি ॥

য়েংলু য়েংলুরগা মীনোক তিন্নেনে নঙ ঐসে
উরু উরুরগা খোয়দামিন্নেনে নঙ ঐসে ॥
কোয়রু কোয়রুরগা নুংশিনৈ চান্নেনে নঙ ঐসে ॥

**********

# (১৮৮)

## নঙগী অব্রাবদা য়াওঙমদে

নঙগী অব্রাবদা য়াওঙমদে ॥

নাইতোম্লবী পলেমশীংদা চলহৌরবী
চংত্ররবা মাঙ মাগী নুংশিবদা
কুমজা কুমওন খাঙলক্লবী
নঙগী অব্রাবদা য়াওঙমদে ॥

পাপ চেল্লবা খুননাইনি
চংনবী খুননাইবু কিজবা ঐনি
মীনোক মীশা চাউইদো
কনাবু নোক্লহৌনি খঙবরা ॥

মীকিথী মীচেননি পাঙদবনি
থৌনা লৈতে পাঙ্গল য়াওদে
পীনীংবা লৈনে নুংশিবা ফাওইনে
করম্না পীগনি করম্না নিগনি ॥

**********

# (১৮৯)

## নঙগী থম্মোইনা ঐগী পৃক্লীংনি

(পুন্না শকমিন্নবা)

নঙগী থম্মোইনা ঐগী পৃক্লীংনি
নঙগী পৃক্লীংনা ঐগী থম্মোইনি
নঙগী মাযথোঙনা ঐগী নুংশিবনি ।।

হেন্না ফজবা উরগা ওইনীংবা ঐগী
পৃক্লীংদা তাদে থম্মোইদা নৈতে ।।
নুংশিজবা খেংনরগা থাদোক্লে ঙমদবা
মীনম্বা থম্মোইনি হায়বীনু ।।

মরক মরক্তা ফজবদা ঙাউরুবা
ইরাঙ লাঙই থম্মোয়সে ঙাকপিফমদি থোকইদা
হো ঙাকপিফমদি থোকইদা ।।

থম্মোয় অনি পান্নগুমসি
পৃক্লীং অনি লোংনগুমসি ।।
নঙনা অদুম্না তৌরগা
শাউদবা ঙমদে থম্মোইনা
নৈতাবা ঙমদে পৃক্লীংনা ।।

করিগুম্বা শাউদুনা চৎখিবা থোক্লবা
খরাই থোঙ্গাল য়ৌরুনি
কাঙঙ কাঙঙ য়েংলুনি
ঐ লাক্লে খঙহল্লুনি ।।

# (১৯০)

# নঙগী মিৎচী লমহেনবী

নঙগী মিৎচী লমহেনবী
করিগী মিৎচানসি হায়রিবা
হো নঙগী মিৎচী লমহেনবী ॥

ফোঙনা য়েংলে করিগী মিৎফম হোংলিবা
লোন্না লৈরে কনাদা মিৎয়েং হুরিবা
হো নঙগী মিৎচী লমহেনবী ॥

লোম্হোক্তবীরা নঙবু ঈকায় খঙবীরা নঙসে
নোকমি নোকমি মোমোন মোমোন
করিগী ঙাওহল্লিনো ঐবু নতৌনা
হো নঙগী মিৎচী লমহেনবী ॥

নাপগী লৈরাংনা নীংতমজরি
নুজা মায়খোঙনা ঈকায়খীরি
নুজা শম্লাংনা পুক্লীং শুল্লি
হো নঙগী মিৎচী লমহেনবী ॥

**********

# (১৯১)

## নঙগী ৱাখলদা তাউরি

নঙগী ৱাখলদা তাউরি
নঙবু ঙাইনা ঙাইনা ॥

থাবলগী খোঞ্জেলদা লুপলি
লৈরাংগী লৈনমদা ঙাওরি
নঙগী ৱাখলদা তাউরি
নঙবু ঙাইনা ঙাইনা ॥

লেংজুম নীক্লা চোংবা থাবল
পাখঙ থম্মোই হনা নুংশিবা
নুরাই চেংহী শন্নাং মনম
অনি পূন্না তিন্নরে থম্মোইদা ॥

মোমোন মোমোন নুজাই মায়খোঙনা
পাখঙ পূক্লীং হনা য়েংলম্বী
হো হো নুংশিবদা লুপলে
নুংশিনা পাম্মুনা নুংশিনা পাম্মুনা ॥

**********

# (১৯২)

## নঙগী ৱাহৈ অমদা

নঙগী ৱাহৈ অমদা ঐনা লুপলি ঈপাকসিদা ।।

কনা লাক্কে ইনাক্তা করি তৌদে ঐহাক্তি
নঙগী ৱাহৈ অমদা ঐনা লুপলি ঈপাকসিদা ।।

নুংশিবা মালহল্লিবা ফজবসু ফজরিবা
য়েংনীংনবা ইথিনসু পীবীরিবা
নঙগী ৱাহৈ অমদা ঐনা লুপলি ঈপাকসিদা ।।

শাশিন্নবা কৌবা ৱাহৈসে
নঙগী থম্মোইদা লৈরমদ্রবা
পুক্নীংগী সুর মন্দিরদা ঐনা লুপলমদ্রবা
ঐসে নঙগী নতুং ইঙ্গরমগদবনি ।।

অমুকসু ইন্থোকপীবি অমুকসু কৌবগুম
পুন্সিবু ফাগীরা হংজরি ইথন্নতা
নঙগী ৱাহৈ অমদা ঐনা লুপলি ঈপাকসিদা ।।

**********

# (১১৩)

# নঙদি অয়েকপা শক্তম ওইরবোইরে

নঙদি অয়েকপা শক্তম ওইরবোইরে
ঙসাইমখৈ ওইনজরকবা খুন্নক্তে খল্লুবা ॥

অবাবগী ঈথক মপৈ মপৈ
নুংঙাইবগী ঈহৌ কয়া কয়া
নীংশিংবগী মিংকুপ মরোল মরোল
খাঙনা ঙসাইমখৈ ঙাইজরকপা ॥

কদোমদনো য়েংলিবা মূনা মূনা
করিগী নোক্লিবা লোন্না লোন্না
কনাদনো চিরোল তুমিন তুমিন
করিগী কৌরি মোমোন মীনোক্তা ॥

খুয়া থম্বালদা খুরুমজরকবনি হন্না হন্না
ইথানুংদা কোঙরকবনি পেন্না পেন্না
করিনো খর হায়রকদরা ঙাইরকবা
ঙাইজমন অরেম্বদা তারদরা ॥

**********

# (১৯৪)

## নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে

নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে ॥
নুংশিবা মরক্তা হেন্না হেন্না নুংশিবা
হো হো হেন্না হেন্না নুংশিবা
পাম্মুবা মরক্তা হেন্না হেন্না পাম্মুবা
হো হো হেন্না হেন্না পাম্মুবা ॥

নুংশিবসি নুংশিবনি পাম্মুবসি পাম্মুবনি
হো হো হেন্না হেন্না নুংশিবা
হো হো হেন্না হেন্না পাম্মুবা
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে ॥

নুংশিবা মঙলান অমদা ঙাউবগুম
পাম্মুবা তাইবঙ অমদা তাউবগুম
ঙাউইদা তাউইদা নুংশিবা মকাদা
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে ॥

লৈরাংদা য়েংলে লৈনম্না হরি
থাজদা য়েংলে মঙালনা শুন্নি
ঈশাক্তা য়েংলে ঈচেলনা পুরি
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে ॥

**********

# (১৯৫)

## নঙদি পুন্সিগী মরূপনি

নঙদি পুন্সিগী মরূপনি
হো মরূপ হো মরূপ ॥

ঐগী ৱাবদা ৱাবীবা পুন্সি লম্বী তাকপীবা
নঙদি পুন্সিগী মরূপনি হো মরূপ হো মরূপ ॥

নোক্কে নোকমিন্নসি ৱারে ৱামিন্নসি
ঐগী থম্মোইবু খঙবীবা
নঙদি পুন্সিগী মরূপনি হো মরূপ হো মরূপ ॥

থানগুমসি পুনমিন্নসি তিন্নমিন্নসি
খাঙমিন্নসি অৱা মৈশা মৈরি
নঙদি পুন্সিগী মরূপনি হো মরূপ হো মরূপ ॥

পুক্নীংদা তারিবা মমি
থম্মোইদা থল্লিবা মুর্তি
কনাগী নত্তে ঐগীসু নত্তে
নঙদি পুন্সিগী মরূপনি হো মরূপ হো মরূপ ॥

**********

# (১৯৬)

## নঙদি লাইবকথীবীনি লাইবকথীবী

নঙদি লাইবকথীবীনি লাইবকথীবী ॥

হরাউমীনোক অমতসু নোক্লবী
অপামনুংশি অমতসু উক্লবী
মিৎচী মিৎয়েং অমতসু হৈত্রবী
নঙদি লাইবকথীবীনি লাইবকথীবী ॥

মিৎলুই পিরাংনা লৈতেং ওইবী
ফনেক খোঙদাইনা থৌগনবী
চোয়জাইনরবী শক্লাংনা পকচবী
নঙদি লাইবকথীবীনি লাইবকথীবী ॥

লৈকাফন্না লৈশাৎসু তমলে
নামিবসু লিরিনা হুমলে
মতমদুগী নীংশিংবা লৈত্রবী
নঙদি লাইবকথীবীনি লাইবকথীবী ॥

*********

# (১৯৭)

## নঙনা ঐগী থবায়নি হকচাংনি

(পূন্না শকমিন্নবা)

নঙনা ঐগী থবায়নি হকচাংনি ॥
নঙনা ঐগী লম্বীনি আশানি ॥
নঙনা ঐগী পুন্সিনি পম্বুংনি ॥

হোনমিন্নসি পুন্সি নৌরেন পায়দুনা
লানমিন্নসি পুন্সি-ঈপাক নঙ-ঐ
শেংলবা নুংশিগী ঈচেল পুদুনা ॥

চঙমিন্নসি লৈকোল নুংশিরবা
য়েংমিন্নসি লৈরাংনা শাংপা
তামিন্নসি খোইমুনা ঙংবা ॥

মিংয়েংমিন্নসি লোইরোয়না শান্নরিবা
ঈপাকথক্তা শাংচবী থরো-থম্বাল
মলয়া নুংশিং নামিবনা হুম্বদা ॥

**********

(১৯৮)

## নঙনা চৎলে ঐনা চৎলি

নঙনা চৎলে ঐনা চৎলি
নঙনা শাউরে ঐনা শাউরি
নঙনা নোকলে ঐনা নোকলি
নঙনা কপলে ঐনা কপলি ॥

সিদকাও সিদকাও সিদকাও
নঙনা ঐবু নুংশিবীদে
হে করিগীনো হে করিগীনো
নঙনা চৎলে ঐনা চৎলি ॥

নমলানবা কনাদদি যোযোন যোযোন
নঙবু নুংশিরিবা ঐবুদি
ফ্রেংলসু ফ্রেংদ শাশিন্নবা
সিবু করি মতৌ কৌবনো ॥

অমত্তা হায়রুবা ঐনা অমনবা
অমত্তা হায়রুবা নঙগী অপাম্বা
থম্মোইদা চুদুনা লৈহৌগে
থবায় হকচাং কথোক্কে নঙগীদমক ॥

**********

# (১৯৯)

## নঙনা মাবু নুংশিবা

নঙনা মাবু নুংশিবা নঙসু মানা নুংশিবা
অমর ওইয়ুকো নুংশিবা
কায়নবদি মৈচাক পুবনি
পৃক্লীং কিশি কিননু ।।

খোইমুনা ঙংলি লৈরাংদা
লৈরাংনা শাংলি খোইমুগী
লৈকোন শঙবা মালিনা
লৈরাংত্তবু নুংশিবনি লৈরাংত্তবু নীংজবনি ।।

কনাগী নাপদা চিবোন চিবোন
ওম্নরোই কাংলুবা কায়ন মৈশা হাপ্নবনি
থম্মোইগী ইহুন থম্মোইদা পীসনু
পৃক্লীংগী বা পৃক্লীংদা লৈসনু ।।

মায়খোঙনা মিংশেলনি নুংশিবগী
মমি অনি তাফদে মিংশেল অনি শুফদে
কায়নবদি মৈচাক পুবনি
পৃক্লীং কিশি কিননু ।।

**********

# (২০০)

# নঙবু ঐগী কনানো

নঙবু ঐগী কনানো ??

নিংথিবনা লৈতেং ওইবী
ফজবনা থৌগল তৌবী
পামজবা মচু থোল্লিবী
নঙবু ঐগী কনানো ??

মকা লাম্লবা মায়থোঙদা
ইংনা ফজবগী মমি তারিবী
মিৎস্না শম্বালনা মূনা য়েংলিবী
নঙবু ঐগী কনানো ??

কোমগোম পুনবী শম্বুলদা
তখেল্লে নাচোমনা কেজরিবী
শমজিরৈনা শম্লাংলক্তা ওইনজরিবী
নঙবু ঐগী কনানো ??

তবারবী চিনবালনা
মোমোন নোকপগুম উরিবী
তনৌরবী খুৎশানা
ঐবু কৌবগুম তৌরিবী
নঙবু ঐগী কনানো ??

**********

# (২০১)

# নঙবু ঐগী থম্মোই থম্বাল্লা

নঙবু ঐগী থম্মোই থম্বাল্লা ??

লোক্লুংগী চেক্লা কযাদা
ফোংঙমদ পাউখোং ওইরিবী
মদোম নাইতোম শাৎকে শাৎলিবী
নঙবু ঐগী থম্মোই থম্বাল্লা ??

লৈকায় লৈরাং অথোয়বী
পম্বৌ পামেল মখোঙদা
পলেম লৈকোলনুংদা তনৌ তইং শাৎলিবী
মশক্তা মমিংদা নুংশিবদা থম্বাল
নঙবু ঐগী থম্মোই থম্বাল্লা ??

অপাম নুংশি থাদোক্লুনা চৎলবী
নুংশিবদা কখোকপতনা মাঙওইরবী
থুপত্রবা থম্মোইগী থম্বালও
নঙবু ঐগী থম্মোই থম্বাল্লা ??

**********

# (২০২)

## নঙবু উরগা
(পূন্না শকমিন্নবা)

নঙবু উরগা
থম্মোইসিনা কয়াদা ঙাউরিবা ?

নঙগী মায়খোঙনা শুমখরে ঐবু ॥
নঙগী খোঙ্গেলনা পুখরে ঐবু
সূরনা থল্লবা সূরমিলন অমদা ॥

নঙগী শন্নাংনা পুন্নেনে ঐবু ॥
নঙগী মিংস্লনা হখরে ঐবু ॥

নঙবু উরগা
থম্মোইসিনা কয়াদা ঙাউরিবা ॥

য়াবা খোঙ্গেল অখিদবা থেক্লকসু ॥
চেংলৌ শক্তম উখিদবা তারকসু ॥
কোলোয় মিংলেন হোংখিবা তারকসু ॥
শায়োন হোংল্রকসু লাংওন অমদা ॥

(পূন্না)নঙ ঐগী নুংশিবদি
অমর ওইনা নৈহৌরনি ॥

*********

# (২০৩)

# নঙবু কাউখিদ্রনে ঐনা

নঙবু কাউখিদ্রনে ঐনা ।।

অওনবা লৈচিনগী শত্তম অমদা
নঙনা য়েংখিবা ঐনা হায়খিবা
খিক্রি খিক্রি চুখিবা নোংজুদা
মালেম লৈমগুম মোযোন্নখিবা ।।

থাবলগী মঙালদা তোবর্বান য়াংমদা
নঙনা লেপখিবা অঙৌবা ফিজোলদা
তনৌ তইংনা কয়াদা নুংশিনা
থাজনা মালেমদা খোঙদারগুম উখিবা ।।

নঙতননি শুমহৎখিবা ঐগী থম্মোই
মতমদুগী ঐবু ননাক্তা নাউশুমবীখিবা
ঈহৌরকখি বসন্তসু ঈপোক নাইনা
মিরবা সূরগী নুংশিরবা শৈহেক্তা।।

*********

# (২০৪)

## নঙবু নুংশিজৈ শোঙবা নত্তনা

নঙবু নুংশিজৈ শোঙবা নত্তনা
ফোংঙমদনা লেল্লে মপোকসিমদি
থম্মোই পান্দবীনি খনখিবা লৈতে
নুংশি খঙদবীনি নীংখিবা লৈতে ।।

ঈশৈদা লুপচবী ঈশৈদা ঙাওজবী
করমনা কৌরসিগে নঙবু মপোকসিদা
ঙাওরবনি ঐদি নুংশিবা সুরদা
থাবলগী ঈপোমদা শক্লিবা ঈশৈগী ।।

থাজগী মঙালদা খোয়দাজবী থরো
কোরৌগী মশেক্তা লুপচবী নুমিৎলৈ
শাৎলুকো ফুগায়না কল্লনা ইহুমলক্তা
নীংজ মপোক লাংওন অমদা ।।

*********

# (২০৫)

## নঙবু নুংশিবা ঐনি
(পূন্না শকমিন্নবা)

নঙবু নুংশিবা ঐনি ।।
ঐগী নুংশিবা নঙনি ।।
অহানবা উনবা ।।
অহৌবা নুংশিবা ।।

(পূন্না) অরোইবদি থমনগুমসিকো ।।
উনসি হায়নখিবা ঙাইবদা

কয়াদা রাজখিবা থম্মোইনা
য়ৌরক্লদরা য়েংলিঙৈ য়ৌরকপনা হানখিবা
হৌজ হৌজ কয়ানিদা
নুংশিবা হো নুংশিবা নুংশিবা ।।
উনরে হেন্না হেন্না নুংশিবা
উনদরে হেন্না হেন্না নুংশিহনবা ।।

(পূন্না) ননাক্তা লেংদনা লৈজরগে
নুংশিবা হো নুংশিবা নুংশিবা ।।

**********

# (২০৬)

## নঙবু লাইরিক ময়েক্লা

নঙবু লাইরিক ময়েক্লা
নুংশিবৈ নুংশি মুর্ত্তিরা ॥

তুম্লে তুম্লা চারে চানা
উদুনতা উরে নোক্নুনতা নোক্লে
পারে পানা ইরে ইনা
য়াওদুনতা য়াওরে হায়নীংবতা হায়রে ॥

করি ময়েক কৌবনো
কয়াশুবা পারা ওইরিনো
করি বাহং কৌবনো
অমুক্তা হংদে পরিক্ষাদা ॥

য়াওবদি য়াওই লামায় খুদিংদা
পরেং খুদিং ময়েক খুদিং
নঙবু লাইরিক ময়েক্লা
নুংশিবৈ নুংশি মুর্ত্তিরা ॥

**********

# (২০৭)

## নঙবু য়েংনা য়েংনা

(পূন্না শকমিন্নবা)

নঙবু য়েংনা য়েংনা
হংলি ব্রাহং অমা
হো নঙবু ঐগী কনানো ॥
শাংলিবী নৈরাং ওইরগে ঐসে ॥
ঙংজগে খোইমুগুম ॥
খোকলিবী থাজ মানবরা ঐসে ॥
ওইজগে মঙালগুম ॥
নঙগীদি ঐগীদি হো নঙগীদি ঐগীদি
নৈমিন্নরসি লেংদনা অমতগুম
নুংশিবগী মন্দির অমদা ॥
নঙবু য়েংনা য়েংনা
হংলি ব্রাহং অমা
হো নঙবু ঐগী কনানো ॥
অমুবা খোইমু ওইরগে ঐসে ॥
শাংচগে নৈরাংগুম ॥
খোকলিবা কোরৌ মানবরা ঐসে ॥
ওইজগে মঙালগুম ॥
মপোক লাংওন খুদিংদা উননি নঙগা ঐগা
ঙসিগী মতৌগুম মিংকৃপসিগী নুংশিবনা
পুন্সিবু শেমলিবা পম্বুংবু ফংজরিবা ॥
হোংলোইনে নঙগী ঐগী নুংশিবা
ঙসিগী মতৌগুম মিংকৃপসিগী নুংশিবনা
পুন্সিবু শেমলিবা পম্বুংবু ফংজরিবা ॥

**********

## (২০৮)

# ননাক্তা লাক্করোই ঐদি

ননাক্তা লাক্করোই ঐদি
তত্তুনা লাকউকো নওদি
পিরাংদি শিন্থরক্কনু নীংঙমদবা মতৌগুম
অরোইবা উনখিবা কাউররোইদবা অহিংগী ॥

ননাক্তা লাক্কুনা উনখিদ্রবসু পুন্সিগী
তন্নক্কে খুদোল কুমওন খুদিং
লৌশিনবিয়ু পূক্রীং কিশি কিদনা
পুন্সিগী তেংথারোলনি খল্লবা য়ারোইকো ঐ ॥

নুংশিবনা নঙগী মীচঙদা লেপখিবা
পাম্মুবনা ইনাক্তগী লাপথোকখিবা
নীংঙমদবা থল্লোই লাক্কিবা পুন্সিদা
নুংঙাইনা নোক্লা হিংলগেকো ঐ ॥

**********

# (২০৯)

## নরাল ইরাল খঙনা কায়নখ্রবী

নরাল ইরাল খঙনা কায়নখ্রবী
পাউজেলসি পীজরি খৃদোলনি নীংবীয়ু
য়াইফবা ওইয়ু নুংঙাইবা ওইয়ু
হো নরাল ইরাল খঙনা কায়নখ্রবী ॥

নীংশিংবা অমনা পুদুনা
মবুংঙোগী বাখল মিংয়েং চোইহননু
তথক তহা মিংয়েং অদুঙৈগী
পাখংচবী মতৌদো য়ারোইকো ॥

জগৎকী মবুংঙোনি নঙগীদি
উহনগনু অনম অহা অয়ো নাহে
অব্রাবা লাক্লবদা মোমোন্নবা তম্মু
নঙগী মবুংঙোগী সেবা কায়দনা ॥

**********

# (২১০)

## নরোল থোক্লো লৈকোল খোইমু

নরোল থোক্লো লৈকোল খোইমু
লৈকা ফল্লো লৈকোল লৈরাং
পাউখুম পীরো ঐগী ব্রাহংগী
হায়য়ু মাবু লাকখিদরা হায়য়ু ॥

মখৃৎমক্লা থারম্বা চারগী লৈরাংও
করি চিরোল তৌরমই নঙোন্দা
করি ব্রাশক পরে থম্লখি নঙদি
লৈশাং শুদ্রিবা লৈচু শেংদ্রিবা ॥

হো লৈকোল শঙবা খোইমুও
নঙদি তুমিন লৈবা হৈতবনি
নঙনা তুমিন শুঙ্ডদনা লৈবদি
করি মপাউ তম্লকপগে হায়য়ুনে ॥

**********

# (২১১)

## নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে

নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে।।

উরমগনি নীংই য়েংবীরক্তে
তারমগনি খল্লি খুন্বীরক্তে
হায়রগদবোই খল্লুই হায়বীরক্তে
নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে।।

ঈশৈগী সুরদা ওাওজবী কনাদা
শকপীরক্তে সুর সুরগী শৈহেক
লোম্থোক্তবা ওইনা লৈখিদো
নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে।।

মহৌশাগী ফজবদা নোকচবী কনাদা
নোকমিন্নজগে খননা কায়হৌরুবী কনাদা
উহনবীদে নহাক্না মিত্তাংবা ওইখিবনা
নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে।।

য়েংবীরকউ মিত্তাংবী ওইরগে ঐসে
শকপীরকউ নাপঙবী ওইরগে ঐসে
হংবীরকউ লোম্থোক্তবী ওইরগে ঐসে
নহাক নত্তবরনে ঐগী ঈশ্বরসে।।

**********

# (২১২)

## নহাক্লা য়েংলি খঙদনা

নহাক্লা য়েংলি খঙদনা
ঐনা নহাকপু য়েংজবনি
তুমিন মরুমদা লেপ্লদুনা ॥

যৌবন পুন্সি অপাম নুংশিগী ৱাংমদা
নঙোন্দগী অসিমা ফংগনি খল্লুদনা
ঙাওজবনি নঙোন্দা নঙবু খঙহন্দনা
নুংশিজবনি নুংশিগী পোলোয় থিদনা ॥

নঙগী অৱা মায়থোঙ উরগা
পুজবা ঙমজদে ঐগী থম্মোইসে
ৱারে খঙলবা নঙগী নতেংসু
পাংঙমদে চৎনবীনা থৎলবা ঐনা ॥

খল্লুদে নোংমতা নহাকসে ঐগীনি
মিৎতারুদে নঙগী ঈকায়থীবী মিৎয়েংদা
ঙাওজবনি নঙোন্দা নঙবু খঙহন্দনা
নুংশিজবনি নুংশিগী পোলোয় থিদনা ॥

**********

# (২১৩)

## নাকেম্থানা লাক্লবদা

নাকেম্থানা লাক্লবদা থাজদনা য়ৌরক্লবদা
ওইনদরে মহৌশাগুম মায়থোঙসু
হাংনরে ইহাং হাংনরে থম্মোইসু ॥

লাইজ ঈপাল লাংলে মিংম্নাদা
খোম্লাং ইল্লিবী পলেমগী
কায়নরে বসন্ত উনা উনা
নাকেম্থানা লাক্লবদা থাজদনা য়ৌরক্লবদা ॥

শাংখিদরে কোরৌ মশেক মঙালদা
খোয়দানা ঙাওজবী নুমিৎলৈ
শাংখিদরে লাইজ ঈথক ঈপোমদা
তনিক্লা লিরিক্লবী থরো থম্বাল ॥

যৌবনগী মকা লাম্লবা পূক্লীং
শাবি শানৌগী নুংশি নুংওল
ফাউখিদরে উখিদরে তাখিদরে
নাকেম্থানা লাক্লবদা থাজদনা য়ৌরক্লবদা ॥

*********

# (২১৪)

## নাকেম্থানা লাক্লবদা বসন্তনা লোইশ্নবদা

নাকেম্থানা লাক্লবদা বসন্তনা লোইশ্নবদা
নীংশিবা ঙমদরে নুংশিবৈ নুংশিমল
উনদুনতা লৈরে কায়নবৈ কায়ন মৈচাক ।।

নুংশিবা খঙলুবা বসন্তে খোঙলোয়দা
কায়নবা পীরবদা নাকেম্থাই পোলোয়দা
মোমোননা শাৎচবী তনৌবী লৈরাংশিং
খঙহৌদে খুইথখিবা অমগী মথংদা অমা ।।

নুংশিবা মতৌ বসন্ত ঋতুগী
ফজবা মশক য়েন্নীং থাগী
নুংশি নুংঙল শাবি শানৌগী
উখিদরে হো হো উখিদরে
নাকেম্থানা লাক্লবদা বসন্তনা লোইশ্নবদা ।।

*********

# (২১৫)

## নিজরি নঙোন্দা নঙগী নুংশিবা

নিজরি নঙোন্দা নঙগী নুংশিবা
কচ্চরি নফমদা ঐগী নুংশিবা
উহল্লসি অনিবু অমত্তা ওইনা
থম্মোই অনিনা শেম্বা নুংশিবা ॥

ওইবিয়ু লেঙদ্রবা আশাগী উপাল
য়েৎচগে উরিরৈনা পুন্সিগী উরিগুম
লাম্বোকপিয়ু নহাক্কী শেংলবা থম্মোই
কচ্চগে নঙোন্দা তাংজবীগী পুন্সি ॥

ইংলবা থাবলগী ইপোম কয়াদা
শানখিবা লোয়নাইদ্রবা নুংশি বারী
শক্লখিবা নুংশি বাশক কয়াদো
কাউনরোইসি নীংশিংনসি কাউনরোইসি ॥

*********

# (২১৬)

## নিশানা কৌরি নখোয়বু

নিশানা কৌরি নখোয়বু
লাকখো লাকখো উনখিসি অমুক্তি
অরোইনা ওইনা উনখিসি অমুক্তি
নিশানা কৌরি নখোয়বু ॥

ঐনি নিশা নখোয়গীদমক লেপলিবা
চৎথ্রবদা নখোয়না তাক্লস্বা তৌদনা
ওইহৌরে নিশা ঐদি কান্নদ্রবা পুন্সি
অমুকসু শোল্লুরি নিশা ঐনা চৎথ্রসনু ॥

করিগী য়েংবীরি হন্থনা ঐবু
মপোকনি অমর খুভমসে নিশা ঐগী
পীবিরম্লবনি নিশা ঐঙোন্দা তাইকংনা
নিশানা কৌরি নখোয়বু ॥

থাদোকপীনু নিশা ঐবু হিংজবা ওমজরোই
ইদোম কনা য়াওদনা নিশা ঐনা
য়ারোইকো য়ারোই থাদোকপীরম্বা
নিশানা কৌরি নখোয়বু ॥

**********

# (২১৭)

# নীংঙমদ পিরাংগী চৈথেং য়ৌরবী

নীংঙমদ পিরাংগী চৈথেং য়ৌরবী ॥

মোমোন মীনোক্তনা পকচরম্বী
ঙসিনা মায়থোঙ মকা লামজদ্রবী
য়েংঙমদরে নুজা নঙগী নতৌসে
হো নীংঙমদ পিরাংগী চৈথেং য়ৌরবী ॥

থব্রায়গী থব্রায় মাবু শোল্লদুনা
পন্থৌ মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙারদুনা
তৌরুরনু পাম্মু-নুংশি চিন্তা
হল্লক্লরোইদবা লাই ওইখ্রবা মাগী ॥

মতমদো
মিৎয়েং মিৎয়েংদা ঙাওনখি
খোয়দা খোয়দানা য়েংনখি
পাম্মু পাম্মুনা লাপনখি
নুংশি নুংশিনা কায়নখি ॥

ঙসিগী লম্নানবা ওইরবা ঐনি
বিধিনা তম্বিবা মপোক ঐগী
কখোক্লগে নকাদা উজবা থোক্লবা
নঙগী মোমোন মীনোক্তো অমুকহন্না ॥

*********

## (২১৮)

# নীংঙমদবগী পিরাংসে শিন্থররোই

নীংঙমদবগী পিরাংসে শিন্থররোই
নীংশিংদবা ঙমদ্রবসু থম্মোইনা
য়েৎচররোই হন্না য়াইফরবী নকাদা
নীংশিংজবা নত্তনা নীংশিংলোই ঙমদ্রবা থম্মোইনা ।।

পুর্ণিমা থাজনা লক্করি পাঙদবা ইতৌদা
তত্তনা ঐগী তোল্লবা থম্মোইবু
লাকখিনি পুর্ণিমা থাজদি থাওন খুদিং
লক্করখিনি লোইবা নাইদনা অসুম অসুম ।।

নীংশিংদবা তম্মুকো অথোইবী নঙদি
পুর্ণিমাগী থাজ থাবল অনিমকপু
ওইহনগনু মায়হিং কারবী মায়থোঙ
নঙগী ঈশ্বরগী খাখলগী ঈপাক্তা ।।

*********

# (২১৯)

# নীংঙমহৌদ্রবী অমদি য়াওরি

নীংঙমহৌদ্রবী অমদি য়াওরি ।।

ইচিক হুল্লবা অহিং অমগী
ইংনা লিরি লিরি হুল্লিবা
মালংবগী তাম্বা নাইবা শউমদা
নীংঙমহৌদ্রবী অমদি য়াওরি ।।

মৈশা লাংলবী থম্মোইনা খিরমগনি
শান্তিগী লৈকোল পূক্লীংগী পেন্নফম
ফংলরোই লৈকোলসু পোখাফমসু
করিগুম্বা থম্মোই পাল্লম্বা থোক্লবা ।।

লৈনাগুম থোংলবী থম্মোইনি
কনানা লৈনানি হায়গনি মতমদুদা
করিগী তাবীদে নুংশিবগী মপাউ
করিগী খঙবীদে থম্মোইগী পাউদম ।।

**********

# (২২০)

## নীংজবা আশা থুংজগে

(পূন্না শকমিন্নবা)

নীংজবা আশা থুংজগে
আশাগী পামেলদা শাৎচগে
লৈনমচেনবী লৈরাং লৈস্না লৈনুংশি ওইনা
ঙংবিরকউ লৈরাং লৈকা য়েংনা য়েংনা
নীংজবা আশা পুদুনা
হো নীংজবা আশা থুংজগে ।।

আশাগী পামেলদা ঙংজগে
লৈনম্বা খোইমু খোইস্না খোইরাবা ওইনা
শাৎপিয়ু লৈরাং লৈনমগা অথোইবী
নীংজবা আশা পুদুনা
হো নীংজবা আশা পুদুনা ।।
নীংজবা আশা থুংজগে ।।

(পূন্না) মঙলান্দা লাক্লম্মী নুংশিনা কৌরম্মী
অদুঙৈগী অহাংবা থম্মোই ঙসিদি
নঙগী ওইখরে মঙলানসু তাইবংসু ।।

*********

# (২২১)

## নীংজবা নত্তনা নীংজমনদি ফংলরোই

নীংজবা নত্তনা নীংজমনদি ফংলরোই
খঙনদ্রিবগে নীংজখিবা পৃক্লীংদা পানজখিবা
খঙনরবদা নীংজমন ফংলনি খল্লুবা
নীংজবা নত্তনা নীংজমনদি ফংলরোই ॥

খঙনদ্রিবগে মিংয়েং হনা য়েংল নুংঙাইজবা
খঙনরবগী বারবা লিপুননা পুল্লে
লেপ্লবা পৃক্লীংনা থম্মোইবু ফাখিদে
অশেংবা বাগী অয়েংপা মায়োক্লজে ॥

পল্লেপফমসু খঙদে পম্বুংফমসু য়ৌদে
হৌখিবনি পুন্সিসু অসুম্না অসুম
করিনো খরদি হায়রগে খনখিবা
ফোঙদোকপা শুমজদ তুমিন লৈজবীনি ॥

নুংশিবা পুদুনা ননাক্তা লেপ্লদুনা
নীংজমননা হংখিবা অরোইবা বাহংগী
পীখিদে পাউখুমসু থম্মোইদা তাদ্র'গুম
হংখিদে নীংজমননা অনিরক হল্লা ॥

**********

# (২২২)

## নীংজবা মপান তাংনা হিংলি

নীংজবা মপান তাংনা হিংলি ॥

শোঞ্জবনা নীংজবা কনাবু পুন্সিসিমগী
অরোইবা পুন্সি লাইশোন ওইরি
নীংজবা মপান তাংনা হিংলি ॥

নীংশিংবা নঙনা নোকহল্লি কনাবু
অমুকসু নঙনা কপহল্লি ঐবুদি
চিরবা পুন্সিগী মিৎকৃপ কয়া
পুরি নঙনা মঙলানদা মঙলানগুম ॥

পুন্সিগী মঙলান কয়া কয়া অমদা
কৌজবনি তোয়না তোয়না কনাবু
তাবীদনা চৎলিবা করিগীনো মদোম
হন্না য়েংবীরমদনা মাবু নীংজবা কনাবু ॥

**********

# (২২৩)

## নীংজরুবা ঐনা লানখ্রমানে নঙোন্দা

নীংজরুবা ঐনা লানখ্রমানে নঙোন্দা
নীংলরোই নীংগে খন্না নৌহৌননা
নুংশিবই নুংশিনা শাজবা মন্দিরসে
নীঙ্খায়রসনু অমুক শাজিনবা য়াদনা ।।

খঙবিবা লৈতে করিগী ঐগী ৱাকৎ
খঙশিন্নদবা নত্তরা করিগী খঙবিদে
উবিবা লৈতে করিগী ঐগী নুংশিবা
উশিন্নদবা নত্তরা করিগী উবিদে ।।

থম্মোই অমদি পাল্লম্মি খঙ্জরুই
ওইনজরুবা নত্তরা করিগী লৌবিদে
নুংশিবা কৌবসু লৈরম্মি নীংজরুই
হায়জরুবা নত্তরা করিগী তাবিদে ।।

**********

# (২২৪)

## নীংশিং নীংশিং শুম্লি ঐনা

(পূন্না শকমিন্নবা)

নীংশিং নীংশিং শুম্লি ঐনা
ইমোম লাংলেন অখোইবী
থবায় নঙবু গুইনা গুইনা ॥

হুম ! হুম!
নুংশিদ নুংশি শাশিন্নবা নুংশি'দা নুংশি হায়দবা
যৌবন পুন্সি মেলানি পুন্সিগী শান্নবুনি
হায়ঙমদ্রিঙৈ অরেম্পনা লেপখিদে ॥

লাক্লে ঐ লাক্লে পন্থৌ ঐনা লমজিংনি
ইমোম লাংলেন অখোইবী ইচা'ই করিসু ব্রান্তে
ইমোমদি লাংলেনদি ইচাদি হুম ! হুম !

নুংশিদ নুংশি শাশিন্নবা নুংশি'দা নুংশি হায়দবা
যৌবন পুন্সি মেলানি পুন্সিগী শান্নবুনি
হায়ঙমদ্রিঙৈ অরেম্পনা লেপখিদে ॥

অবায় অখুম তৌরনু
হায়গদবা হায়হৌদে হায়রোইদবা হায়রকখি
যৌবন পুন্সি মেলানি পুন্সিগী শান্নবুনি
হায়ঙমদ্রিঙৈ অরেম্পনা লেপখিদে ॥

**********

# (২২৫)

# নীংশিং নীংশিং হিংজরি

নীংশিং নীংশিং হিংজরি
পুন্সি পন্থুং য়ৌনবা
বাশক পরৈ লোম্লবিবা
খঙনা খঙনা খাঙজরি ।।

চংনবী খুন্নাইগী যৌইনশিননা মাঙওইরবী
থম্মোই পুক্লীংগী য়ারাখোলনা তুংওইরবী
পাঙজদ্রবী লাঞ্জদ্রবী তাম্নবী নহাকপু
নীংশিং নীংশিং হিংজরি পুন্সি পন্থুং য়ৌনবা ।।

থাজগী অইংবা মায়খোঙ কল্লক্লরোই
তনৌরবী নৈরাং নৈকা য়েংলরোই
পুন্সি অসে থাশিরমদাই থাজগুম্নে
অমুকী থানিল মশেক মঙালগুম্নে ।।

**********

# (২২৬)

## নীংশিংবগা লোয়নরিঙৈ

নীংশিংবগা লোয়নরিঙৈ মিংকৃপ খুদিংদা
হেক্তা লেপলমই নহাক্না ইনাক্তা
মমি শান্নবা নীংশিংবগী ঈশাক্তা
খুংলাম তোয়না কৌবসু নহাকনি ॥

শুসিনা করি হয়েংনা কদায় খল্লুবা মিংকৃপতা
হেক্তা লেপলমই মহাক্না ইনাক্তা
নোকমি নোকমিরবী মায়খোঙদা
ঐগী অবাবা পুরিবগুম মহাক্না ॥

নুংশিবা করিনো হংলুবদা থম্মোইনা
অনিমক্না খুমলকইনে ঐনি ঐনি হায়রদুনা
অদুঙৈগী ফিজোলদা থুপত্রবী থম্মোইগা
তিল্লরি অনিমক ঐগী থম্মোইদা ॥

**********

# (২২৭)

# নীংশিংবগী ইতিহাস ইরুরনু

নীংশিংবগী ইতিহাস ইরুরনু
নীংশিংবনা থম্মোইগী য়েক্লবা ওইরনি ॥

হো হো কনানো নঙবু কনানো
ঈচেল লেপশ্রবা তোববানসিদা লেপলিবা
হৌগ্রবা পুন্সিবু নীংশিংলবরা ??

তোববানসিদা ফল্লদুনা চেপ্থখিবা ঈচেল অমদা
লুপখিনে ঐসু নোংমা অদুম্না
হল্লকখিদ্রবা থৌদোকনি হঙংখিদ্রবা ঈচেলনি ॥

থম্মোইদগী লেঙথোকশ্রবা আশা'ই পামেলদা
অনৌবা ময়োল নৌনা চোংলরোই
হাংহৌরবা থম্মোই অদুম ওইহৌরনি ॥

চান্নজবা চান্নজবী পাম্নজবা পাম্নজবী কয়াগী
নুংঙাই ঋরীনা হরাউ মীনোক্লা
তত্তনা ঋাহল্লিবা হো শকখঙদবা নঙবু ॥

**********

(২২৮)

# নীংশিংবগী মমি তারি মায়খোঙদা

নীংশিংবগী মমি তারি মায়খোঙদা
মিংলু মিংম্না ঈরা চেননা
নীংশিংববু ইরাংচরগা য়েংজরি
মায়োক্লনা লেপ্লিবী নহাকপু
লমদা থানা পুরকপা থাবলদা ॥

করিগী ঈকাই নুংশি য়ান্নবনো
নঙনা শাউখিবা ঐনা খেমখিবা
ঙসিগী থাবলগুম ঐ নঙগী মতমদো
ব্রারৌ পুরৌ থম্নদনা লৈনসিকো॥

পুদুনা চংলেনে থাবলগী খোঙ্লেনা
নপাম লমদম লমনুংশি নহাক্কী
অদুঙৈগী থাবলদা অমত্তা ওইখিবা
মিংম্না মিংম্না মোমোন মোমোন ॥

**********

# (২২৯)

# নীংশিংবা অঙকপনি নহাকসে

নীংশিংবা অঙকপনি নহাকসে
নুংশিবগী ললগৈনি অবাবগী পুক্কৈনি
পুন্সিগী লেঙদ্রবা পুন্সি ললনি
নোংমদি পাম্মুনা নুংশিনা থাদোক্লনি ॥

অমুকসু নোকহল্লি অমুকসু কপহল্লি
শিরাংসু শিরোইনরি মীনোকসু মোমোন্নরি
মিংকপসু খোকহল্লি অমুকসু তুমথহল্লি
অবাবদা অবাবনি নুংঙাইবদা নুংঙাইবনি ॥

নীংশিংবা লৈত্রবা পুন্সিদি
পন্থুংফম লৈত্রবা খোঙচংনি
থবায় য়াওদ্রবা হকচাংনি
পেম্ফোকপা হৈত্রবা পূক্নীংনি ॥

**********

## (২৩০)

# নীংশিংবা নুংশিবা অনিমক পুদুনা

নীংশিংবা নুংশিবা অনিমক পুদুনা
লাক্লমবনি ননাক্তা অমুক্তি উননীংনা ॥

নীংশিংবা নুংশিবা অনিমক পুদুনা
লাক্লমবনি ননাক্তা অমুক্তি উননীংনা
উনদনা হল্লকই গাইরুবা তৌরুদনা
শিন্নরম্মী শিরাংসু খঙহৌবা নৈতনা ॥

নোংমা থাজদনা লাক্লম্না ইনাক্তা
হায়নীংবা হায়হৌদে হংনীংবা হংহৌদে
লোয়োক্তবী মতৌগুম নৈহৌইদো
খারৌগে খল্লমলসু খারৌরম্নুকো ॥

নুংশিবদা মলোম থমবীনুকো
নুংশি ভিক্কাসু হাপ্পীরম্নুকো
পুন্সিদা বিখিনা অসুমনা তমলমবা
কনাদা তায়নগনি নীংতমদবা থমদেকো ॥

*********

# (২৩১)

## নীংশিংলকই নীংঙাইদবী নঙবু

নীংশিংলকই নীংঙাইদবী নঙবু
নীংঙম্মক্তে নীংশিংলগা থম্মোইনা ॥

পুন্সিগী কোন্নবা মিংকৃপ থিরিঙৈ
ইদোম তুমিন নুংওননরিঙৈ
নীংশিংলকই নীংঙাইদবী নঙবু
নীংঙম্মক্তে নীংশিংলগা থম্মোইনা ॥

হৈনীংবা পোক্তে নীংশিংলুবদা
খোয়রাং খোয়শাউই তগুনা
খঙইনে ইরালদো ঐগীনি
লাণ্ড্রবী থম্মোইনা নঙগীনি ॥

লাল্লমদবা তারবা নঙোন্দা
ফংলমগনি ঐগী পুক্লীং শান্তি
লাল্লুবনা নঙোন্দা ঙাকপিক্ষম খোক্তনা
মৃৎঙমদরে মৈচাক থম্মোইনুংগী ॥

## (২৩২)

## নীংশিংলরোই খল্লি নীংশিংদবা ওমদে

নীংশিংলরোই খল্লি নীংশিংদবা ওমদে ॥

থাবলগী পৃক্লীং হুর খোঞ্জেলনা
অনৌবা ঈনোং হাপলরি পুন্সিদা
হঙ্গংলু য়ারোইদবা পুন্সি ঈচেলবু
ঙৈহাক ঙৈহাক্কী ওইনা য়েংলরি ॥

বাখল ঈরৈ অমা শেমলুরি
অমুকসু হনগংনা চেল্লুরি
ঈরৈদি ঈচেল অদুম ওইবিনি
লেপত্রবা ঈচেলদা য়ৌক্ল য়ারোইনে ॥

থাবলগী থাবলদা য়েংশিল্লনা নীংশিংলরিবা
হো নুংঙাইবা হো অবাবা হো অবা নুংঙাই
খায়দোক্লরগা চংনরসি য়ায়রোইনে
নীংশিংলরোই খল্লি নীংশিংদবা ওমদে ॥

*********

# (২৩৩)

# নীংশিংলি অদুঙৈ মতমদো

নীংশিংলি অদুঙৈ মতমদো
লৈকোল লৈরাংনা লৈকা ফল্লিঙৈ
শিঙেলনা নারক্তা লোৎলিঙৈ
নীংশিংলি অদুঙৈ মতমদো॥

ফংজগে খন্দুনা লৈরাংগী লৈনম
উজগে খন্দুনা শিঙেলগী লৈশক
লেনখিবা বসন্ত লৈকোল্লক্তা
নীংশিংলি অদুঙৈ মতমদো ॥

লুপলগে খন্দুনা থম্মোইনা
লৈরাংগী ফজবদা শিঙেলগী নীংথিবদা
হঙ্জিন হঙ্জিননা য়্যারেকচখিবনি
লৈরাংগী লৈখোঙদা শিঙেলগী শজাইদা॥

**********

# (২৩৪)

# নীংশিংলি ঙসিসু নতারোই ঐনা

নীংশিংলি ঙসিসু নতারোই ঐনা ॥

নঙনা থোঙজিনদা লেপলদুনা
নীংঙমদবগী পিরাংনা লুপলদুনা
মায়থোঙ লুরুক্লনা চৎপ্রবা মাবু
য়েংলদুনা মুরুম মুরুম শোঙ্গখিবা ॥

ওইনজখিবা কয়া শাউনখিবা কয়া
নখোয় অনিগী হৌপ্রবা পুন্সিগী
নীংশিং লামায় খুদিংদা তিনপ্রবা
শাউজ কেজ নৌজ খৌদোক্কো॥

হায়নবা ঙাইনবা শিন্নবা খুদিংদা
চিংখদনা নতুং ইনজখিবী ঐনি
মতমদুগী ঐগী ৱাবু য়াবীবী নঙবু
নীংশিংলি ঙসিসু নতারোই ঐনা ॥

*********

# (২৩৫)

# নীংশিংলিবরা নঙবু

নীংশিংলিবরা নঙবু ॥

অঙাংবা গুলাপকী লৈকোলদা
শাখপ তোয়বা খোইমুনা ঙংখিবা
মায়খোঙদা পিরাং পিরোয়মিন্নদুনা
হায়নখিবা ৱারোল থম্মখিবা পঙ্গুং ॥

কোকিলগী শৈহেক্লবা সুরনা
তাম্না তাম্না কুহু কুহু খোঙখিবা
মতমদুদা ঐনা পামজনা হায়খিবা
নঙনা পামজদনা চিনবাল মেনখিবা॥

পুর্ণিমাগী অহিং অমদা নৎতরা
শাৎলিবী লৈরাংগী লৈনমলক্তা
কুন্দোনা লেংলবা লৈপরেং হুক্লদুনা
হায়নখিবা ৱারোল থম্মখিবা পঙ্গুং ॥

*********

(২৩৬)

## নীংশিংলুই হৌগ্লবা পুন্সিবু নৌহৌননা

নীংশিংলুই হৌগ্লবা পুন্সিবু নৌহৌননা
লুপচরুই তামগ্লবা ঈচেল অমদা
মাবু উরুরগা কুইরবগী তুংদা ॥

নোংমা ইথা থাজদনা চংখিবা
পাখঙ খরাই থোঙ্গাল মপা লান্না
করিবু থোক্লিগবা তামগ্লবী মাঙোন্দা
মহৌশাগুম য়েংঙমদে অদুঙৈগুম হরাউদে ॥

য়েংজখিবা মিংয়েং হোংদবমখৈ
নীঙজু য়ৌবী তুংগী শন্নাং ফজবী
করিবু থোক্লিগবা তামগ্লবী মাঙোন্দা
মহৌশাগুম য়েংঙমদে অদুঙৈগুম হরাউদে ॥

য়েংনা য়েংনা অসুম তামখিবা
তাম্না তাম্না অসুম য়েংলুবা
তাম্না চংগ্লবী মাবু য়েংলদুনা
নীংশিংলুই হৌগ্লবা পুন্সিবু নৌহৌননা ॥

**********

# (২৩৭)

# নীংশিংহল্লনু ঐবু লাক্লনু নীংশিংবা

নীংশিংহল্লনু ঐবু লাক্লনু নীংশিংবা ॥

ওংলনু খোইমু শাংলনু লৈরাং
খোক্লনু থাজ হল্লনু মালংবা
নীংশিংহল্লনু ঐবু লাক্লনু নীংশিংবা ॥

তবা তবারবী চীনবানদা
থুংলিবা মুরি মুরিবা শমত্রু
নাপগী নাইনগী মশেক্লা
মিংস্রা থম্বাল থকহল্লখিবা
নীংশিংহল্লনু ঐবু লাক্লনু নীংশিংবা ॥

অমুবা শন্নাংগী শমজিরৈনা
নুজাগী নাপদা লৈতেংবা
শমুলথকী নাচোম লৈনমনা
ঐগী থম্মোইবু হল্লুনা পুখিবা
নীংশিংহল্লনু ঐবু লাক্লনু নীংশিংবা ॥

**********

## (২৩৮)

## নীংশিংহল্লেনে ঐবু নাকেন্থাসিনা

নীংশিংহল্লেনে ঐবু নাকেন্থাসিনা ॥

নীংখায়রবা নুংশিবগী মুত্তি
লোইশিনবিদ্রবা নুংশি থারী
পম্বুং য়ৌবিদ্রবা নুংশি খোঙচং
নীংশিংহল্লেনে ঐবু নাকেন্থাসিনা ॥

খায়ন মৈচাক নুংশি লাইমন
পেন্নাইদ্রবা পৃক্লীংগী মলোম
খেমবীদ্রবা থম্মোইগী থাকং
থাজগী মুশিরবা মশেক মঙাল ॥

পেনঙমদ্রবা থারৌচাউবা পৃক্লীং
লংলা লংজিন ফংঙমদ্রবা থাখল
মোমোন মীনোকঙমদ্রবা মায়খোঙ
মচেং তানা কায়রবা থম্মোই ॥

*********

# (২৩৯)

## নুজা ওইবীনা ঙাইজবা নত্তনা

(পূন্না শকমিন্নবা)

নুজা ওইবীনা ঙাইজবা নত্তনা
লৈরাংসু মালংসু য়াওনা ঙাইহিরি
হো নুংশিবা নঙবুদা নুংশিবা ॥
অকোয়বা হো অকোয়বা তম্বীয়ু
নঙগা লোয়নজরিবা লৈরাং নঙসু মালংবা নঙসু
তম্বীয়ু য়ৌরক্লনি নুংশিবী মাগী মনাক্তা ॥
নুজা ওইবীনা ঙাইজবা নত্তনা
থাজসু ঈচেলসু য়াওনা ঙাইহিরি
হো নুংশিবা নঙবুদা নুংশিবা ॥
অকোয়বা হো অকোয়বা তম্বীয়ু
নঙগা লোয়নজরিবা থাজ নঙসু ঈচেল নঙসু
তম্বীয়ু য়ৌরক্লনি নুংশিবী মাগী মনাক্তা ॥
ঐগী করম্বা বাহৈদা
নঙনা করিগী বারৌথিবা
লাকথিদরে ইনাক্তা য়ৌরকথিদরে মপাউ ॥
ঐগী করম্বা বাহৈনা
মানা করিদা বারৌথিবা
লাকথিদরে ইনাক্তা য়ৌরকথিদরে মপাউ ॥

**********

# (২৪০)

## নুংশি করম্না হায়গনি

নুংশি করম্না হায়গনি ইচিলসিনা
নুংশিবদি নুংশিদা পাম্মুবদি পাম্মুইদা
নাইতোম লুব্রাশিংদা চল্লবী নঙবুও
পাম্মু কাদা য়ৌরবী নঙবুও ॥

হায়রোইদবা ৱানি নীংলুবদা পাপনি
পল্লুবদা য়েক্লবা ওইনি খুন্নাইগী
নুংশি করম্না হায়গনি ইচিলসিনা
নুংশিবদি নুংশিদা পাম্মুবদি পাম্মুইদা ॥

নুংশিবা নঙসে শীকপদি শীকইনে
কোঙদোকপসু য়াদে য়েংলুবসু য়াদে
নদোম মৈচাক খাঙজুনে তুম্মিন্না
পজুংফম য়ৌরয়োইদবা ঈচেল পুদুনা ॥

নুংশিবা নঙদি চাউদ চাউইদা
পুরি প্রেমি প্রেমিকাবু পুনীংবদা
পুবিরে ঐবু নুংশিবনা লৈরিবা
নুংশিবগী তুংনফম নুংশিবা সামল্লবা ॥

**********

# (২৪১)

## নুংশি নুংশিনা নুংশিদ্রবী

নুংশি নুংশিনা নুংশিদ্রবী পাম্না পাম্না পামদ্রবী
য়েংনীং য়েংনীংনা য়েংনীংদ্রবী
খোয়দা খোয়দানা খোয়দাদ্রবী
পাঙদে খনবীনু লাল্লে নীংবীনু ॥

অমুবা কালিগী অরংবা মচুনা
বিদায় কৌবা বাহে অসে
হনজিন হনজিননা ইরদুনা
থমল্লমানে নুরাগী থম্মোইদা ॥

চঙজরব্বা অশেংবা থম্মোই পুদুনা
মতমগী মীনোক মীশা কিজবনা
হনজবনি চন্নদ্রবা নুংশিবা পুদুনা
পাঙদে খনবীনু লাল্লে নীংবীনু ॥

করম্না হায়রনি নুংশিজবীনি
করম্না পম্মুনি খোয়দাজবীনি
পম্মুং নৈতেনে পল্লেপকম খঙদেনে
পাঙদে খনবিনু লাল্লে নীংবিনু ॥

***********

## (২৪২)

## নুংশি পম্বুং থিজবা লাকপনি

নুংশি পম্বুং থিজবা লাকপনি
ঈরাক্লরে নুংশি ঈশাক্তা ॥

পুক্নিংগী অপাম্বা শক্তম অমা
উৎনীংলুবনি নুজা কনাগী মাঙদা
অওই ওইদ অনিগী চাংয়েংদা
মায়থীহৌরে নুংশি কন্দী ওইনা ॥

করি হায়না শৈহৌশিগে
করি হায়না শৈদমশিগে
শৈরেংবা ঐনা শৈয়াংবা ঈশৈসে
লোয়শিন্দনা লেপলগদরা ॥

কায়নববু পম্বুনি হায়গদরা
থুংনববু লমবাংনি হায়রসিরা
কায়নবগী থুংনবা থুংনবগী কায়নবা
পামজদ্রবা নুংশি কল্লনা ওাক্তনি ॥

**********

# (২৪৩)

## নুংশি হায়বা ঙমদবা কনাদা

নুংশি হায়বা ঙমদবা কনাদা
নুংশিবী কৌনীংই পাম্মুবী হায়নীংই
লোন্না লোন্না তুমিন্না য়েংজনীংই
নুংশি হায়বা ঙমদবা কনাদা ।।

ফজবদি ফজৈদা নুংশিবদি নুংশিদা
করিগীনো খঙদে করম্লনো খঙদে
থম্মোইসে ঙাওবগুম পৃক্লীংসে পোথাদগুম
নুংশি হায়বা ঙমদবা কনাদা ।।

উদবা মিংকুপতা কনাবু উনবা
তুমিন তুমিন মথোঙ মরম খঙদনা
চংসু চংলিয়ে য়েংসু য়েংলিয়ে
নুংশি হায়বা ঙমদবা কনাদা ।।

বাবদৈ বাবদি উদবদুনি
বাজবী কনাবু উদবদুনি
নুংশিবদৈ নুংশিবদি য়েংজবদুনি
নুংশিজবী কনাবু য়েংজবদুনি ।।

**********

# (২৪৪)

## নুংশি হায়বা ময়েকসে ইরবনি

নুংশি হায়বা ময়েকসে ইরবনি
থম্মোইগী হাংলবা লৈমায়দা ॥

চন্দ্রবা নুংশিবনি খঙনা খঙনা
নুংশি হায়বা ময়েকসে ইরবনি
থম্মোইগী হাংলবা লৈমায়দা ॥

তেংথাজবদনি নুংশি তোবর্বানদা কমদুনা
লোয়্যোক্তবী থম্মোইদা চাক্লিবা মৈচাক
নৌজবদনি নুংশিকী বৃন্দোল কায়নবা
বিথিনা তপ্পীবা মশোক অসিদা ॥

মায়থীবা ফংলবী নায়িকা অমনা
লেংলবনি নৈচন শুদ্রবা নৈপক্লেংসে
নীংশিংদুনা হৈত্রবা নুংশি মঙলানবু
শক্লবনি সুয়না থক্লবা কায়ন ঈশৈসে ॥

**********

## (২৪৫)

# নুংশিগী পোৎলুম পুদুনা

নুংশিগী পোৎলুম পুদুনা
খাঙঙমদ্রবা ঐগী থম্মোইনা
থম্মোই অমা লোন্না হরুবা
পুম্সিগী ওইনা খঙখিদরে ॥

মংলমবা নুংশিগী নোংলিকসু
লোৎখরে কায়ন লৈচিল্লক্তা
নুংশিজবী মাবু পামজবনা
থম্মোই লাইমন ওইহৌরে।।

নুংশি লাইজ খিকখিদরে
তাল্লবা পোইরৈ লমদমদা
হৌরক্লিবা নোংহৌনা মমশিনম্ভবদা
নুংশিবগী ঈথংসু কংশিল্লক্লে ॥

**********

## (২৪৬)

## নুংশিদা নুংশি ফোংখিদবা

নুংশিদা নুংশি ফোংখিদবা
নুংশিদা নুংশিনা ফেংঙমদবা
করম্বা নুংশিবনো মীনম্বা নত্তরা ??

মরক মরক্তা মিংথেং লান্না চংলিবা
য়েংনীংবা য়েংহৌদে য়েংদশিন্নু নত্তনা
শাইনোন শওমদি মহৌশাগী মহৌশানি
অমুকসু হয়রকই অমুকসু য়েংহৌদে ॥

মাগী অরাবদা ঐনা হাজবনি
পীনীংবা মতেং করম্না পীরনি
মাগী নুংঙাইবদা ঐসু য়াওজে
উংনীংবা মতৌ করম্না উংনুনি ॥

ফজরশিন্ন হায়ররি মিংশ্রানা মায়থোঙনা
মিংশ্রাদা তারি ঠৌদোক অফগী মখি
পুন্সি অমনা অমবু করিনো হংলিবগুম
নমথাংগী নমনানবা ওইরবা ঐথোন্দা ॥

**********

# (২৪৭)

## নুংশিদে উৎলিবা নতাংনি

নুংশিদে উৎলিবা নতাংনি
নুংশিবা উৎলিবা মীনম্বনি
নুংশিবগী হৌনশারা সিবু
নুংশিরিনিদা নুংশি হায়রি নৎতরা ।।

নতাং তৌনু লৈম্না লৈরাংলেন
অদুম্না তৌরগা ৱাহনগনু ঐবু
নীংঙমজরোই খঙঙু ৱাজহৌনি নঙসু
নিঙোল পুন্সি লম্বী পিকপনি ।।

কল্লকপা কনানা মীতাখিনি মীপায়জৈ
পামজবা কনানা য়েংখিনি ৱাজৈ
লোন্না লোন্না থমজনীংই ইথানুংদা
ঐগীতা ওইনীংই নঙসে হো নঙসে ।।

ৱাজবা কনাগী মতৌবু য়েংলগা
নিঙোল থম্মোই পেল্লনি খল্লবা
নীংঙমজরোই খঙঙু ৱাজহৌনি নঙসু
নিঙোল পুন্সি লম্বী পিকপনি ।।

**********

# (২৪৮)

## নুংশিদে হায়খিবরা

নুংশিদে হায়খিবরা নুংশিবনা লোইরে
শন্নাংদা য়েংলে শমজিরৈনা শুন্নিবা
মায়থোঙদা য়েংলে মিৎস্নানা কৌরিবা
হকচাং শউমনা খোঙথাংদা য়ৈরিবা।।

নঙগা ঐগা তৎনররোই থানররোই
করিবু হায়রিনো মোমোন মায়থোঙনা
ঐবু তত্তনা য়েংলিবা তত্তনা পুল্লিবা
থম্মোইসু পুক্লীংসু খোঙথাংসু মিৎয়েংসু ।।

মিৎস্নাদা মিৎস্নানা চিনবানদা চিনবাননা
পুক্লীংদা পুক্লীংনা থম্মোইদা থম্মোইনা
জগোই শার শারদুনা কৌরিবা ঐবু
করি মতৌ কৌবনো নুংশিবা নৎত্ররা।।

**********

# (২৪৯)

## নুংশিদে হায়জদে পামজদে পঙ্গদে

নুংশিদে হায়জদে পামজদে পঙ্গদে
নুংশিজে হায়বসু ওল্লরোই
পামজজে হায়বসু পল্লরোই
নুংশিদে হায়জদে পামজদে পঙ্গদে ॥

বসন্ত লোইগ্রবা উপালদা
তাংজগে খঙ্গবী উরিরৈবু
নোংলৈ নুংশিংনা হুমদোক্লি
লাপ্না থাপ্না উপালদগী ॥

শাংলরোই লৈরাং লৈপালদা
য়েংলরোই উরি উপালদা
নিররোই কনাদসু তাংজক্ম
তাংজনা পোক্লকবী পুন্সিসে ॥

বিথিনা লেপ্লবা মায়কৈদুদা
লাইবক্তা তল্লবা মকমদুদা
চংচবদনি করিসু খঙ্গন্দনা
নুংশিদে হায়জদে পামজদে পঙ্গদে ॥

**********

# (২৫০)

## নুংশিনা কায়নত্রবী

নুংশিনা কায়নত্রবী কায়নরো তমত্রবীও
পুন্নিনে মিংকৃশসিসু নঙবী ৱাহৈ অমনা
নাইতোন্নবা চেক্লাওয় শোনবী অক্লাদা
হো নুংশিনা কায়নত্রবী কায়নরো তমত্রবীও ॥

লৈকোলগী লৈরাং লৈরাংগী নীংথিবা
অনি চঙনা শুমথিবা ঐগী থম্মোই
লৈহৌরে ওসিদি অহাংবা মানংওয়
হো নুংশিনা কায়নত্রবী কায়নরো তমত্রবীও ॥

পুন্সিগী য়েন্দাইদা হাশচমে ঙক্নবী
লৈরাং নাচোম বৃইশিল্লকে ইহয়না
মতমগী মৈশাগী কায়ন-খীনোকপী
হো নুংশিনা কায়নত্রবী কায়নরো তমত্রবীও ॥

থাদোকপীরোনে ঐবু নীংশিং অক্লাদগী
শাইজরগে ইনীংতম্না মালেম থুনা
অহাংবা অৱাংবা অতিয়া মকোয়দা
হো নুংশিনা কায়নত্রবী কায়নরো তমত্রবীও ॥

*********

# (২৫১)

## নুংশিনা নুংশি হায়ঙমদবা

(পূন্না শকমিন্নবা)

নুংশিনা নুংশি হায়ঙমদবা
নঙবু করম্বা পাখঙনো
য়েংনীংনা য়েংবা ঙমদবা
নঙবু করম্বা পাখঙনো ॥

নঙনা করিনোমা হায়রকলবা
ঐসু কৈনোমদি খুমগনি ॥

নঙনা য়েংশিন্নদবা শারিবা
ঐনা করমনা নুংঙাইদোইনো ॥

নুংশিনা নুংশি হায়ঙমদবা
ঐসে করম্বা পাখঙনো
য়েংনীংনা য়েংবা ঙমদবা
ঐসে করম্বা পাখঙনো ॥

খুমজগে খৌরাংনা ঙাইহিরবা
করিসী হংলদে নুংশিবা মাহং ॥
হংগেদি খল্লি ঙাওইদা
শমলাং শউম ফংবদা ॥

(পূন্না) নঙগী করমবা মীনোক্তা
ঐবু করমনা পুখিবনো
লাপথোক্তে ঙমদবা হেন্না নকশিনবা
নুংশিবা কৌবরা সিবু ॥

*********

# (২৫২)

## নুংশিবগী ওমখৈ লৈতে

(পূন্না শকমিন্নবা)

নুংশিবগী ওমখৈ লৈতে
	পান্নবা সমুদ্র ঈশাকনি ॥

হৌরকফম খঙদে পহুংফম লৈতে
	শাংলবা ঈচেল পূরিবা খোঙচংনি
অহৌবা খঙদে অরোইবা লৈতে ॥

	খুংনবা হো খুংনবা খুংনবা
খুংনবনা পহুং ওইবা নুংশিবা
	হো নুংশিবা নত্তে পামজমীন্নবনি ওইজমীন্নবনি
কখোকপা য়াওদ্রবা ঈচেলনি ॥

(পূন্না) নুংশিবগী চাং ওনবা ওমদ্রকসু
খঙজিনে নঙগী নঙগী নুংশিবা
উরিনে মাগী মাগী নুংশিবা
ফাউরিনে ঐগী ঐগী নুংশিবা ॥

**********

# (২৫৩)

# নুংশিবগী পন্থুংদি নুংশিবনি

নুংশিবগী পন্থুংদি নুংশিবনি
নুংশিখিনি পুন্সিনা পুন্সিরিবমখৈ
নুংশিখিনি ওইজরম্বা ঐগী কনাবু
শোল্লদুনা নুংশি পন্থুং য়ৌনবা ।।

নুংশিবগী মমিদি নুংশি মুর্ত্তিনি
কৈদৌনুংদা শামদে কৈদৌনুংদা মূত্তে
নুংশিবগী পন্থুংদি নুংশিবনি
নুংশিখিনি পুন্সিনা পুন্সিরিবমখৈ ।।

নুংশিবনা পন্থুংনি কায়নবনা লমখাংনি
থম্মোইগী ব্রাদি থম্মোইনা খঙগনি
থম্মোইদা হংঙু থম্মোইনা খুমগনি
নুংশিবগী ঈচেল হন্থবা লৈতে ।।

*********

# (২৫৪)

## নুংশিবদি ঙাওবনি

নুংশিবদি ঙাওবনি ঙাওরবদি নুংশিবনি
য়েংনীংবা য়েংঙমদে হায়নীংবা হায়ঙমদে
পীবীখো মীগী ব্রাহংগী পাউখুম
খুমখোনে নুংশি নুংশি হায়না ॥

পোত্থাদরে তাক্লিনে মায়খোঙনা
লাক্লগসু য়েংলিনে থীনা চৈবীগ্রগা
পাউখুমসু পীবীদনা ব্রাহং অমগী
নুংশিবগী মতৌ অসুম্না তৌবরা ॥

মিৎম্নানা লোত্তে মায়খোঙনা হায়নে
ব্রাহংগী পাউখুম মায়খোঙনা পীরেনে
মিৎম্নানা তাক্লি লানখিবা মীচৈনি
ইরালবু ঙাক্লসি নুংশিনা নুংশিদা ॥

লাকখো অমুক্তদি মিৎম্নামাঙদা
মোমোন মোমোন নোক্ল খুমজগে
ব্রাহংগী পাউখুমদা মিৎম্নাগী মিৎয়েংদা
নীংলিবা নঙনা তারিনে মায়খোঙদা ॥

**********

# (২৫৫)

## নুংশিবনা হূ ওনখরে

নুংশিবনা হূ ওনখরে
হূবু অমৃতগুম উরি ।।

হূ ওনব্রবী নুংশিবী
শোঞ্জরি ঙসিসু নতৌদা
নুংশিবনা হূ ওনখরে
হূবু অমৃতগুম উরি ।।

চিংনবনা হূ ওনখিবনি
থাজবনা অমৃত ওল্লকই
চিংনবা থাজবা অনিনা
অসুম অসুম নুংওন্নহল্লি পৃক্লীংবু ।।

হো চিংনবা নঙতনা য়েংলিয়ে
নুংশিবগী পল্লেপফম থিরকপদা
নুংশিবনা হূ ওনখরে
হূবু অমৃতগুম উরি ।।

**********

## (২৫৬)

## নুংশিববু লান্না লৌগনু

নুংশিববু লান্না লৌগনু
নুংশিবা কৌবা লৈতবনি ।।

ফজবগী শক্লোননি পাম্মুবগী মায়ানি
থম্মোইগী খোল্লাউনি পৃক্লীংগী পান্দম্নি
মায়থোঙগী লাঞ্জাউনি মিৎয়েংগী জগোইনি ।।

কায়রবা থম্মোই কনাগীনো
পেন্নাইদ্রবা পৃক্লীং নঙতগীরা
তয়াং তশোয়রবা ৱাখল মাগীদরা
থৱায় য়াওদবা আত্মাগী ওইদবরা ??

খৃদোলনি নুংশিবদি ইবুংঙোগী
মায়ানি পাম্মুবসু ইবুংঙোগী
মীনুংশি কৌবনি অথোই অহেনগী
পাপ চেল্লবা নখোয়-ঐখোয়গীদি ।।

*********

# (২৫৭)

## নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে

নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে হো নুংশিবা
নীংজবা হায়সিরা খল্লিঙৈ ঈকায়বনা হেক্তা হাল্লি
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে হো নুংশিবা।।

লেপলেনে থম্মোইনা পুল্লেনে পুক্লীংনা
ফোংদোকপদি ঙমদে করিগীনো খঙদে
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে হো নুংশিবা।।

তুমিন্না য়েংজৈ হুরানবী অমগুম
নাশোন পীক্লা মাঙদবু চৎচরুই
মিৎচীনা য়েংলুই লাল্লুরবী অমগুম
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে হো নুংশিবা।।

হায়রোইদবনা হায়খি হায়নীংবনা হায়হৌদে
নীংজবনা পুক্লীংদা পামজবনা থম্মোইদা
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে হো নুংশিবা।।

তুমিন্না নোকলুই ঙাওরবী অমগুম
কনাসু লৈরমদে ঐগী ইনাক্তদি
মাঙদবু উরকই মাগী মায়খোঙবু
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে হো নুংশিবা।।

**********

## (২৫৮)

# নুংশিবা করি থোক্কে ঐগা

নুংশিবা করি থোক্কে ঐগা
থাদোকে খল্লুই থাদোকপা ঙমদে
নীংশিংলরোই খল্লে নীংশিংদবা ঙমদে
খল্লুরগা হো হেল্লো হেল্লো নুংশিরে ॥

মঙলানগী লিলা কমবাক্তা
নৈকোল চিদায় অমদা
নুংশি-পায়েল মখোঙদা
জগোয় শারি নুংশিবা নঙগা ॥

মমি শামখরে খম্মোইদা লাক্চবা
নৈরাং নৈশক নৈচু ফজবী
নৈনম চেনখিদরে নৈরিক মাঙখরে
নৈনা কংখরে নৈশক ওনখরে ॥

**********

# (২৫৯)

## নুংশিবা খণ্ডদবী তারনি

নুংশিবা খণ্ডদবী তারনি
থম্মোই পান্দবী হায়রনি
অসুমনা অসুম হৌত্রনি
চিঙ্কবা অহিং অসিমদি ।।

পঙ্খৌ ইজ্জং কিবনা
পলেম ৱারক কনবনা
মপোকসিদি নুংশিবা নঙদি
হৃমত্রেনে চংনবী ইথিননা ।।

মপোক লাংওন অমদা
শাচ্চগে থরো ওইনা
ঙাম্নুকো থাজ পুকফবা
মালেম শিনবা থুংনা ।।

শাচ্চগে লাইবকথীবী থরোনা
নাম্নিবা মালংবগী তাম্বাদা
পাইথোকখো মচু মচুগী লৈচিলও
খুমজিনগে খনগনু থাজবু ।।

**********

# (২৬০)

## নুংশিবা খঙদবী হায়রনি

নুংশিবা খঙদবী হায়রনি
থম্মোই পান্দবী তারনি
পঙ্খৌ লৈকোলদা শাৎচবী
পলেম লমন তোল্লিবী ঐবু ॥

পঙ্খৌ শঙ্গাইনুং নিঙোল কাদা
পাখঙ য়াবা-পূক্নীং কাংবীরকপা
লাইবকথীবী নিঙোল তোল্লবীনা
পাউখুম পীদনা লৈহৌবা ঝারৌনুকো ॥

লৈনমনা হেনখিনি কিজনা শাৎচবীনি
পাউমেনদেনে পলেম-শকপী কনানা
লোম্বোক্তবী ওইখিবা মাঞ্জ নকাদা
ওইরগে নীংনা ওইখিবা নত্তেকো ॥

*********

# (২৬১)

## নুংশিবা খণ্ডদবীনি হায়রোই

নুংশিবা খণ্ডদবীনি হায়রোই ।।

থম্মোই পান্দবীনি নীংলোই
কিশ্লবা কিশিদি থোক্লরোই
নুংশিবা খণ্ডদবীনি হায়রোই ।।

তাখিদ্রমানে নীংজখিবা থম্মোইদা
ওইহৌরমানে অরেম্বা নীংজমল
লৈথোক্লগে নীংঙাইদনা পুন্সিসে
বিধি-বিধাতাগী য়াওলদা লুপ্লদুনা।।

নীংজনি পানখিদরে থম্মোইদা নুংশিবা
খঞ্জনি থুংবীরমদরে নুংশিবা ইফমদা
থমজদে মলোম লৈজদে ঝারৌবা
কপচদে খোঞ্জেল শিল্লুদে শিরাং ।।

মপোকনা থীরে লাইবকনা তমদে
নফমদা ঐগী হায়বা লৈতরে
কনা খণ্ডহন্দ লাচ্চবদি লেপলোই
নুংশিবা খণ্ডদবীনি হায়রোই ।।

**********

# (২৬২)

## নুংশিবা নঙনা পুরি কনাবু

নুংশিবা নঙনা পুরি কনাবু
নুংশিবা নঙনা শুন্নি কনাবু
নুংশি নুংশিবা মরক্তা ।।

নুংশিবা নত্তবা য়াওদবা মরকসিদা
করিবুনা করি ওইহৌদোইনো
নুংশিবা নঙনা পুরি কনাবু
নুংশিবা নঙনা শুন্নি কনাবু
নুংশি নুংশিবা মরক্তা ।।

হো নুংশিবা ঐবু নুংশিবা নঙবু
হো নুংশিবা নুংশিয়ে নুংশিয়ে
হো নুংশিবা নঙবু নুংশিয়ে
নুংশিবা নঙনা পুরি কনাবু
নুংশিবা নঙনা শুন্নি কনাবু
নুংশি নুংশিবা মরক্তা ।।

করিনো খঙদনা কদায়দনো হংদনা
নুংশিবা নঙনা পুরি কনাবু
নুংশিবা নঙনা শুন্নি কনাবু
নুংশি নুংশিবা মরক্তা ।।

**********

# (২৬৩)

## নুংশিবা মরক্তা
(পূন্না শকমিন্নবা)

নুংশিবা মরক্তা হেন্না নুংশিবী
পাম্মুবা মরক্তা হেন্না পাম্মুবী
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা পাম্মুরিসে ॥

নুংশিবা মরক্তা হেন্না নুংশিবা
পাম্মুবা মরক্তা হেন্না পাম্মুবা
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা নুংশিরিসে
নঙদি খঙলিনিদা ঐনা পাম্মুরিসে ॥

মচু মচুগী মখল মখলগী
ফিজোল মরক্তা তোপ তোপ্পা
তোঙাননা তারিবী ঈকাইখসু খঙলিবী
হো নঙনিকো নঙনিদা ॥

করিগীনো খঙদে নঙনা নোক্লে ঐসু নোক্লি
নঙনা য়েংলে ঐসু য়েংলি
নঙনা য়াবা উরগা ঐনা করিগী পোখাদ্রিবা ॥

থম্মোইদা ফাওরিবা মায়খোঙদা তারিবা
নুংশিবা করিনো উংলিবা
অতৈদা তাদে নঙতনিদা নঙতনি/
করিদা য়েংলিবা করিবু উরিবা ॥

*********

# (২৬৪)

## নুংশিবা হায়বা ময়েকসে তারম্লবা

নুংশিবা হায়বা ময়েকসে তারম্লবা
নিঙোল ওইবী কনাগী থম্মোইদা
পাবঙ ওইবা ঐহাকনা কয়াদা
থম্মোই পেননা নুংঙাইজগনি ।।

করিগী লোম্থোক্তবী ওইখিবনো ইফমদা
পাবঙ পুক্নীং থেমলমদনা চংখিবা
করিগী য়ুমলেপ চার লিংখিবনো
ইরালদি লংশিনখিদেকো নিঙোলদা ।।

নীংজবদা ইনীং তমজখিবা মতমদো
পাবঙ ঐহাক্কী ইরাল ওইরদ্রনে
মীনমবদি নত্তবরা নিঙোল মিংস্না
করম্না পাউখোঙনো খলহৌবা ঐবু ।।

**********

# (২৬৫)

## নুংশিবা য়াদে পুগনি ইরাল

নুংশিবা য়াদে পুগনি ইরাল
লান্না লৌবীনু নুংশিজরুবা ঐবু
চংলি মপোক লাংওন অসিমদি
নুংশিবা য়াদে পুগনি ইরাল ॥

খঙনা খঙনা চঙজরকপা নত্তে
চঙজরবা তুংদা খঙলকপনি চংনবী
মীনম্বা নত্তে অশেংবা নুংশিবনি
নুংশিবা য়াদে পুগনি ইরাল ॥

নীংজ মপোক লাংওন অমদা
নীংজ নীংজ লাংওনমিন্নসি
নুংশি নুংশি পম্বুং য়ৌমিন্নসি
চংনবীগী মরুমদা চংনবীবু পুদুনা ॥

**********

# (২৬৬)

## নুংশিবা য়াম্না বাই নঙসে

নুংশিবা য়াম্না বাই নঙসে
উনজরে ঐ কুইরবগী তুংদা
থম্মোই থম্মোই নৌনা বঙনৈ
মিংয়েং মিংয়েং নৌনা চুংশিননৈ
নুংশিবা য়াম্না বাই নঙসে ॥

ঐ নোক্নিবরা ঐ কপলিবরা
ঐ তুমলিবরা ঐসে ঐ ওইরিবরা
করিনুংগীনো খনখিবরা
নুংশিবা য়াম্না বাই নঙসে ॥

শিঙ্গুরিবা পিরাংসে করিগীনো
পাউখুম পীয়ু হে থম্মোই
নুংশিগী পিরাং নংতবরা
পাউখুম পীয়ু হে থম্মোই ॥

নুংশিবগী ওমখৈ লৈতবগুম
পিরাংগীসু ওমখৈ লৈরমদরে
শিঙ্গুরি পিরাং শিঙ্গুরসনু পিরাংসে
হাল্লসনু হেল্লা হেল্লা মৈচাকসে ॥

**********

# (২৬৭)

## নুংশিবী ইতা নঙনা চৎপ্লবদি

নুংশিবী ইতা নঙনা চৎপ্লবদি
ওইহৌরনি মহাক্তি পুন্সিগী অঙাওবা
য়েংঙমলোইকো ইতা ঐদি মাবু
মীগী অৱাবা য়েংঙমদবী থম্মোইনিকো ।।

চৎখিনু নুংশি পিরাং পুদুনদি
লাইবক ফবা মাগী মরানয়াইদা
থনম্মু চিংখদনা শিন্নবদবা পিরাংদুদি
মাগী মফমদা নীংশিং মমি তাহৌনবা ।।

ৱারৌ ৱাহৈ থম্মখিবা কাউনরসি
নঙগা নতারোই ওইবী ঐগা
হংলক্কনি তত্তনা নহাক্কী নপাউ
খুমখিগেকো নুংঙাইরি য়াইফরি হায়না ।।

**********

(২৬৮)

# নুংশিবীনি হায়খিনি নীংশিংলিমখৈ

নুংশিবীনি হায়খিনি নীংশিংলিমখৈ ।।

পামজবা কয়াদি পুম্রে ননীংতম্না
পীনীংবা কয়াদি লৈহৌরে ইনাক্তা
লাক্লরোই নুমিৎতো লাক্লিবা পুন্সিদা
হো নুংশিবীনি হায়খিনি নীংশিংলিমখৈ ।।

তাবীনবা লৈত্রবসু ঐগী নুংশিবা
হিংখিনি থম্মোইগী ঝাকৎ পুদুনা
নীঙাইদনা চৎত্রবসু ঙাইখিনি নঙবুদি
হো নুংশিবীনি হায়খিনি নীংশিংলিমখৈ ।।

কপখিনি কাউদ্রিফাওবা কায়নখিবা
তৈথোক্লরোই পিরাংদি মিংলুদ্দগী.
নোকউ নহাক্তি থাদোকগুমদ থাদোক্লবদা
হাংদোক্লুনুকো কায়ননা কুপলবা থৌদোক্তি।।

**********

# (২৬৯)

# নুংশিবীনু ঐবু নুংশিবিয়ু হায়জদে

নুংশিবীনু ঐবু নুংশিবিয়ু হায়জদে ॥

নুংশিবদা ননীং তমজবা
কনানসু খিংদবা কনানসু য়েন্তবা
হো ঐঙোন্দদি ননীং তল্লক্কনু
হেল্লা হেল্লা বারৌনিকো
নুংশিবিনু ঐবু নুংশিবিয়ু হায়জদে ॥

মীগী থম্মোই শঙবীদনা
করিগী কায়হৌবীরি তাঙ্গা ঙাইনা
শোং শোং মাঙদা হেক্তা
হৃরানবা নংতরা নঙবু ॥

লৈরমনি য়েংলুচো লৈরাং অমা
নহাক্কীনি নীংনা খোয়দানা শাংচবী
লৈরমনি য়েংলুচো লৈরাং অমা
হো মাগা নঙগা পক্লনি পক্লনি ॥

**********

# (২৭০)

## নুংশিবীরনু ঐবু মপোকসিমদি

নুংশিবীরনু ঐবু মপোকসিমদি
পীজবা ঙম্নরোই নিজবা
থুংহনবা ঙম্নরোই নীংজবা
কুমজা কুমওন খুদিংদা ॥

কখোক্লুবা নত্তে কনাগুম্বীদা
পীথোক্লুবা নত্তে প্রেমি অমদা
হো হো ঐদি বিশ্বপ্রেমনি
শন্দোক্লি বিশ্বপ্রেম মালেম শিঙ্থুংনা ॥

নঙগী নুংশি মিৎয়েংদা
নঙগী থম্মোই তাবুনুংদা
লাৎপীরনু ঐগী থবায়বু
মপোক লাংওন অসিমদি ॥

*********

# (২৭১)

## নুংশিহল্লে ঐবু মাগী মতৌসিনা

নুংশিহল্লে ঐবু মাগী মতৌসিনা
জি জি চুরিবা নোংজুসিদা
লৈতেংবীদ্রবী মাগী নাপনি
লোইশিনবীদ্রবী মাগী শন্নাংনি ॥

ঈমায় চোল্ল-ঈচেলনি মাগী ঐগী মরক্তা
ঈকায়নজ য়েংদ শাশিন্ন মিংয়েংনা
থেংখাং কয়ারক্কি মিংচীনা য়েংলিবা
অমুকসু লৈথোক্কি ঈনবু শোল্লদুনা ॥

ঈরাউখোলগী মরক্তা ঈচেলসিবু য়েংলদুনা
থম্মোই ইরাং হৌরি মাবু য়েংনা য়েংনা
হো নোংজুসিবু থুপলিবা শঙ অসিদা
থম্মোই ইরাং হৌরি মাবু য়েংনা য়েংনা ॥

**********

# (২৭২)

## নোংজুগী অহিং অমদা

(পূন্না শকমিন্নবা)

নোংজুগী অহিং অমদা
লেল্লি য়ুমদোকপোক অমদা
ঙাইনা ঙাইনা মানা য়ৌরকপা
খন্না খন্না মানা ৱারিবা ।।

নোংজুগী অহিং অমদা
লেল্লি য়ুমদোকপোক অমদা
ঙাইনা ঙাইনা নোংনা হাংখিবা
খন্না খন্না মানা ঙাইরিবা ।।

চুরিবা অহিংগী নোংজুও
ঙৈহাক্তি হাংবীয়ুবা হাংবীয়ুবা
ঙাইরিবা ঐবু মানা য়ৌরকপা
খল্লিবা ঐবু মানা ৱারিবা
ইংহল্লোনে য়ৌরক্কুনা য়ুমদোংপোক অসিদা ।।

চুরিবা অহিংগী নোংজুও
ঙৈহাক্তি হাংবীয়ুবা হাংবীয়ুবা
ঙাইরিবা ঐবু নোংনা হাংখিবা
খল্লিবা ঐবু মানা ৱারিবা
ইংহল্লোনে চংখিদুনা য়ুমদোংপোক অদুদা ।।
(পূন্না) ইংহল্লোনে ইংহল্লোনে
ঙাইরিবা ঐবু নোংনা হাংখিবা ।।

**********

# (২৭৩)

## নোংমতসু থোঙ্গান্দা লেপ্লরুরাও

নোংমতসু থোঙ্গান্দা লেপ্লরুরাও
মপোক মহৈ য়ানবা ওইজগে
মোমোন মোমোন  নোকমিন্নরুলাও
ঐগী য়ুমগী নুংশিজবী কনাগা ॥

বারী শিংবুন থোক্ল থোক্লদুনা
পুন্সি কুম্মৈ লিনরুদনা খণ্ডনরুলাও
ঐগী য়ুমগী নুংশিজবী কনাগা ॥

লোন্না লোন্না য়েংজগে নহাকপু
নাশোন  নাশোন তাজগে অনীগী বারী
নোংমতসু থোঙ্গান্দা লেপ্লররুাও
মপোক মহৈ য়ানবা ওইজগে ॥

ঐগী ওইবা মপোক অসিগী
শরুক অমা ওইরবী নহাক্লি
নীংশিংবতা শাইরবা পুন্সি অসিনা
নওবু করম লেল্লি খণ্ডখিদরে ॥

**********

# (২৭৪)

## নোংমদি লাক্কে ননাক্কা

নোংমদি লাক্কে ননাক্কা
তরাম তরাম কৌরকউ
ঈকায়থীবী নতৌ উৎলক্কনু
হায়ফেৎতং মোমোন নোক্ককউ ।।

খোখোয়বা অমুবা শম্লাং লৈরমখিনি
লৈনমচেনবী শমজিরৈ চিল্লম্লরোই
নুজা নওগী নুরা মিৎম্না থম্বালদি
ঙাওদ-ঙাওরমখিনি মহৌশাগী মতৌদা ।।

নওনা ফনেক ফিগোন শেংলদুনা
পারবা ইন্নফীগী মরুম থুপ্লদুনা
যুমলেপ্লবী মৌবু মান্দ মাননা
লৈরম্মুকো মায়থোঙ মকা লাম্লদুনা ।।

**********

# (২৭৫)

## নোংমা মায়থোঙ লাঙশিন্না চৎখিবা

নোংমা মায়থোঙ লাঙশিন্না চৎখিবা ।।

করি অশোয়বা য়াওবনো
হংহৌগে খন্না হংহৌদে
খামখিগে খন্না খামহৌদে
নীংঙমহৌদে ঐ নীংঙমহৌদে ।।

চমন্না করি তৌরবনো খল্লিংঙৈ
লাল্লন্নে মিংয়েং বাংমা লাল্লন্নে
খঙশিন্নদবা মান্না লৈহৌবা নত্তেকো
কাউজদে ঙাক্লুসি হায়নখিবা ব্বারোল ।।

নোংমা লাক্কে হংলগে নপাউ
তম্বিরকউ অশেংবা ব্বা থুপ্তুনা
পাঙজগে নতেং ঙমজবা পাঙ্গলনা
য়াজগে শরুক নঙগী অবাবদা ।।

**********

## (২৭৬)

## নোংমা হায়দু হায়রনু

নোংমা হায়দু হায়রনু
করিগী লাংতক্রুহল্লিনো
নঙনা নোংমা হায়রদুনা
ঙাইঙমদবা থম্মোইবু ৱাহনলনু ॥

নঙগা ঐগা খৃৎকা খৃৎকা
নঙগা ঐগা মিৎকা মিৎকা
ঐখোয় অনি অমত্তা ওইবদো
ঙসিনি হায়যু মিৎকৃপসিনি হায়যু ॥

লেপ্লি নঙগীদমক ঙসিফাওবা
নীংজখিবা পরৈ হল্লরোইকো
নীংহন্নরনু নঙসু ৱাশকচেৎপী
থম্মোই শেংবীনি হায়রগে ॥

কনাগী য়েংদুনা নোংমা হায়রিনো
পৃকচেল লেপতবী নত্তৌ উৎলনু
ইতুং ইনবীররো পুন্সিগী ওইনা
লমজিংলগে নঙগী পুন্সি ঙসিদগী ॥

**********



'জে এস কোনসম'গী 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স'না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং:

| | | | |
|---|---|---|---|
| (১) | তেংথারোল | (শৈরেং) | ২০০৬ |
| (২) | অমুবা ফি গী আনোক | (ৱারী মচা) | ২০০৬ |
| (৩) | অচাইবা লৈ | (শৈরেং) | ২০০৭ |
| (৪) | তুম্রেদনা উজাওসে | (শৈরেং) | ২০০৭ |
| (৫) | লৈ মচা মচা | (শৈরেং) | ২০০৮ |
| (৬) | লৈদো শাংখিদো | (শৈরেং) | ২০০৯ |

ইমাখোল পব্লিকেসন্স